থোমাস হার্ডিগী

# কাষ্টরব্রিজগী মেয়র





মণিপুরিদা শম্না ইথোকপা

মোইরাংথেম রাজেন্দ্র সিংহ

থোমাস হার্ডিগী



# কাষ্টরব্রিডজগী মেয়র




মণিপুরীদা শম্না ইথোকচবা

মোইরাংথেম রাজেন্দ্র সিংহ



অহানবা ফোঙবাঃ ওক্তোবর, ১৯৯৯

অফোঙবাঃ সনসম ভোরোত না

লমজিং পব্লিকেসনসকীদমক নম্বা অমসুং ফোঙবা

মশিংঃ ১০০০



মমলঃ লুপা ২৫

নম্ফমঃ এডভান্স ওফসেত প্রিন্টর্স, ইরাবট ভবন কমপ্লেক্স, ইম্ফাল

# থোমাস হার্দিগী মরমদা খরদং

**থো**মাস হার্দি মমিং চংলবা কাওরবা ইংলিস উপন্যাসকার অমনি। মহাক খৃষ্টগী কুম ১৮৪০গী জুন ২দা খাথংবা ইংলেণ্ডদা লৈবা দোরচেষ্টরগী মনাক অপর বোখামতোন্দা পোকই। অদুগা খৃষ্টগী কুম ১৯২৮দা মশাগী চহী ৮৮শুবদা তাইবঙপান থাদোকখি। মহাক্কী মিং হেক পন্নরকপদা মহাক্কী উপন্যাস *দ মেয়র ওব কাষ্টরব্রিজন্* হেক্তা নীংশিংনৈ। তৌবগীদি মহাক্কা ইরম্বা উপন্যাস অসি হায়রিবা উপন্যাস অসিদা নত্তে, অতৈময়াম অমসু ইরম্মী। মসিদসু নত্তনা শৈরেং অমসুং ৱারী মচাগী লাইরিক কয়ামসু ইরম্মী। সেক্সপিয়ারনা নাটক্কী লমদা শক্লায়রবা মীশক অমা ওইখিবগুম উপন্যাসকী লমদা থোমাস হার্দিসু শকনায়রবা মীশক অমা ওইখি। উপন্যাসকী লমদা ৱেসিক্সকী লংলবা থৱানমিচাক অমা ওইখিবতা নত্তনা গ্রেট ব্রিটেনগী লংলবা থৱানমিচাক অসি মালেমগী উপন্যাসকী অতিয়াদা শজিক থবাগুম ঙানখিবা মীশকনি, হৌজিকসু ঙাল্লি, ঙানসু ঙানখিগদৌরিবনি।

অহল লমন্না মাবু গির্জাগী থবক্তা পুশিননীংবা মতুংইন্না খৃষ্টগী কুম ১৮৫৭তা গির্জাগী আর্কিটেক্ট মি: হিক্সতা য়ানবা অমগী মখাদা থাপ্লবা মনূং হুক্লিন্না লৈবা খুঙ্গংগী গির্জাদা থবক তৌহনখি। অঙাং ওইরিঙৈদগী হৌনা য়াম্না লাইরিক পাগল্লবা অমসুং থবক কন্না শৃ-নোন্নবা হার্দি খৃষ্টগী কুম ১৮৬০দা লণ্ডন্দা চংতুনা কিংস কলেজদা মোর্দন লেংগ্বেজগী ছাত্র অমা ওইখি অদুগা অর্থর ব্লুমফিল্ডগী লমজীং মখাদা মোর্দন গোথিক আর্কিটেক্টচর তম্বা হোংনখি। খৃ: কুম ১৮৬৩দা *কলরদ ব্রিক এণ্ড টেরা কোট্টা আর্কিটেক্টচর* হায়বা রচনা অদু ইবগী ইনস্টিট্যুট ওব ব্রিটিশ আর্কিটেক্টকী মনা অমসুং তকমান ফংবগা লোয়ননা অর্কিটেক্টকী নমুনাগা মরী লৈননা টাইটস প্রাইজসু ফংখি। অদুগা মাগী ছাপা তৌদুনা ফোঙবা ৱারেংদি খৃ: কুম ১৮৬৫গী মার্চ ১৮দা চেম্বর্স মেগাজিন্দা অইবগী মিং পন্দনা ফোঙখিবা *হাও আই বিল্ট মাইসেল্ফ এ হাউর্স* হায়বা ৱারেং অদুনি হায়নৈ। অদুগা মমিং চংলবা উপন্যাসকার মি: জর্জ মেরেদিথকা মরী লৈনরকপগা লোয়ননা খৃংই লাইরিক *দ পুওর ম্যান এণ্ড দ লেডি* অমসুং *দিসপেরেং রিমেদিজ* হায়বা লাইরিক অসিগী মতাঙদা নুংঙাইরবা থৌদোক অমা লৈখিসু হায়নৈ।

মহাক্কা ইরম্বা উপন্যাস, ৱারীমচা অমসুং শৈরেংগী লাইরিকশিং অসি কাঙলূপ ৬ থোক্লা অখণ্ড-অহে কয়ানা খায়দোকপিরম্মী। মখোয়শিং অদুদি :

১) খুল্লক-লৈরক্কী সুখান্ত/মিলান্ত (নুংঙাইবা/থুংনবনা লোইশিনবা) উপন্যাসশিং (পাস্টোর‍্যাল কমেদিজ): *দ হেণ্ড ওব এথেলবর্টা* (১৮৭৫), এ *লাওদিসিয়েন* (১৮৮১), *টু ওন এ টাৱার* (১৮৮২)।

২) **খুন্নক-লৈরক্কী দুঃ খান্ত (অন্নাবনা লোইবা) উপন্যাস (পাষ্টোর‌্যাল ট্রেজেদি)ঃ** *দ রির্টন ওব দ নেটিভ* (১৮৭৪), *দ মেয়র ওব কাষ্টরব্রিডজ* (১৮৮৬), *টেস ওফ দ ডি'উরবরভিলিজ* (১৮৯১), *দ সিমপ্লিটিজ এণ্ড হার্টস ইন্সরজেন্ট* (১৮৯৪, ১৮৯৫দা মথং মনাও নাইনা ফোঙলবা মতুংদা ১৮৯৬তা জুদ দি ওবসক্যুয়র হায়না ফোঙবা।*

৩) **খুন্নক-লৈরক্কী অকন-অথৌ, নুংশি-নুংঙনগী উপন্যাস (পাষ্টোর‌্যাল রোম্যান্স)ঃ** *অন্দর দ গ্রীনরুদ ট্রি* (১৮৭২), *ফার ফ্রোম দ মেদ্দিংক্রাউদ* (১৮৭৪), *এ পিয়ার ওব ব্লু আইজেস* (১৮৭৫), *দ ত্রমপেট মেয়র* (১৮৮০), *দ রুদ লেন্দরস* (১৮৮৭)।

৪) **খুন্নক-লৈরক্কী নাতে চাদবা হ্নারেং-শৈরেং (পাষ্টোর‌্যাল এক্সত্রাভেগেঞ্জা)ঃ** *দ বেলবিলব্দ* (১৮৯৭)- ১৮৯২দা মথং মনাও নাইনা *দ পরসুঁইদ ওব দ বেল বিলবদ*হায়না হান্না ফোঙখিবা।

৫) **মথক্কী কাওলূপশিং অসিবু পুনশিন্নবা হ্নারী অতৈনবশিং :** *বেসিক্স টেলস* (১৮৮৩), *এ গ্রুপ ওব নোবল দ্যাম্স* (১৮৯১), *লাইফস লিটল আইরনিজ* (১৮৯৪), *এ চেঞ্জদ ম্যান* (১৯১৩), অদুগা অরোইবা ভোল্যুমদা *দ রোম্যান্টিক এদভেঞ্চর্স ওফ এ মিল্কমেইদ* অসি য়াওখি।

৬) খৃ: কুম ১৮৯৪দগী ১৯১৩ ফাওবগী মনুংদদি থোমাস হার্দি শৈরেংগী লাইরিক ইবদা পুক্নীং চিংশিনখি। *বেসিক্স পোয়েমস* (১৮৯৮), *পোয়েমস ওব দ পাষ্ট এণ্ড প্রজেন্ট* (১৯০১), *দ দাইনেষ্টস* (১৯০৩, ১৯০৬, ১৯০৮দা পার্ট অহুম থোক্ল ফোঙখিবা), *টাইমস লাভিং ষ্টোক্স* (১৯০৯), *স্যাটায়ার্স ওব সারকমস্টেন্সেস* (১৯১৪) নচিংবা মমিং পনবা য়াই। অদুগা খৃ: কুম ১৯১৭তা মাগী *মোমেন্টস্ ওব ভিজন* অদুগা ১৯২২দা *লেট লিরিক্স এণ্ড দি আর্লিয়র* ফোঙখি।

হার্দিগী উপন্যাসশিং অসি মরুওইনা ইংলেণ্ডগী শরুক অমগী মরমদা নৈনদুনা ই। মহাক্না ইরিবা লমদমদুদি বেসিক্সনি। ইতিহাসকারশিং অমসুং থায়নগী অরিবা থিদুনা নৈনবশিং নত্তনা অতৈনদি রোম্যান কনক্কেষ্ট মতমদগী হৌনা বেসিক্সপু কাউথোক্লরুবনি। ফজরবা খা থংবা ইংলেণ্ডগী শরুক অমা ওইরিবা মমাঙৌগী অরিবা মিং বেসিক্স অসিবু নৌহৌননা নীংশিংবদা ঐথোয়না মঙোন্দা শিংবা ঙমদ্রবা লমন

তোনশিন্নবনি। মহাক্কী ৱেসিক্স হায়বা লমদমসিগী চপচাবা লমখৈ তশেংনা খঙবা ঙমদে। লমদম অসি হাইফেং অশেংবা লমদম ওইনসু তৌই অদুগা মাগী ৱাখলদগী পুথোকপা লমদম ওইনসু তৌই। মহাক্কী পোক্লফম লমদম দোরসেট অসি মহাক্কী উপন্যাসকী ৱেসিক্স অদু ওইনা তৌরে। হার্দিগী কলাগী অশেংবা মফমদি মাগী পোক্ল ফম দোরসেট অসিনি। ৱেসিক্সঅসি মানা নুংশিজরবা দোরসেটসায়ার হায়বা লমদমদুদা শীবা মিংনি। মহাক্কী উপন্যাসশিং অসি ৱেসিক্সকী খুঙ্গংগী পুন্সি মরেনগা মরী লৈনবা য়াম্না য়াওই। সার ৱাল্টর স্কোটকুম্না মহাকসু রিজন্যাল নোভেলিষ্টগী মনুং চল্লি।থোমাস হার্দি খ্বাইদগী থোইদোক হেন্দোক্লবা ইংলিশ উপন্যাসকারশিংগী মনুংদা অমনি। মি: জর্জ মেরেদিথনা মহাকপু থংমু নাউমু ওইখিবা ইংলিশ উপন্যাসকারশিংগী লুচিংবনি হায়না শীংথাখি। কুইল্লর-কৌচনা মাবু উপন্যাসকী গুরুনি হায়না লৌখি। উপন্যাস ইবগী কলাদদি মহাক অসি চিংননীংঙাই লৈতনা খ্বাইদগী থোইদোক হেন্দে দাক্লা খঙলবশিংগী মনূংদা অমনি। বিজ্ঞান্না খূমাঙ চাওশিল্লকপদগী লাই-তীন্দা থাজনরম্বা কয়া মাঙথরকপগী মহয় ওইনা লাই থাজনরক্তবা অমসুং অন্ধবিশ্বাস থাদোক্লনা অশেংবা মশক খঙনরকপা মতমদা পোকখিবা হার্দিনা মাগী উপন্যাসশিংদা নুপা-নুপী নুংশিনবগী পূক্লীং ঈথিলগী মরমদা ফজনা ই। মহাক্লা সহরগী নিল খোংবা অমসুং চরাংনবা পুন্সি মরেল অদু পামদদুনা লণ্ডন্দা আর্কিটেক্ট অমগী পুন্সি মরেন্দু লেল্লনগা ৱেসিক্সতা খুঙ্গংগী পুন্সি মরেন্দা চঙজফম লৌখি। অসুম্না মীবা ঙাঙনবা ৱাংলবা, মীগী অশোয়বা য়েংশিনবগী শরূক হৃষ্বরবা খুঙ্গংগী পুন্সিদা শাংলবা মতম লেনখি। অদুবু কঙাওনরবা মীয়ামগা লোয়নবদগী মঙোন্দা থূপ্না লৈরিবা কাঙওনরবা বুদ্ধি অদুবুদি থাদোকপা ঙমখিদে। মসিগী মহয় ওইনা মহাক্লা মাগী খূঙ্গংগী চন্নবা মীৱা ঙাঙনদ্রবা পুন্সি ফাওবা চমহন্দদুনা মীগী অশোয়বা য়েংশিনবা মীবা ঙাঙবা কয়া উবা ঙমখি অদুগা অহোইনদুম য়েংলিবা মীংয়েং অদু দর্শনিক ওইহনখি। মহাক্লা মাগী মমিং চংলবা উপন্যাস দ মেয়র ওব কাষ্টরব্রিডজদা লমচংতি লাইবক্লি (করেক্টর ইজ ফেট) হায়বসি মাইকল হেনচার্ডকী পুন্সিগী থৌদোক ৱাথোক য়েংলগা অপাবদা খঙহল্লি। মীওইবগী পুন্সিদা বিধিগা কর্মগা কনানা কল্লি, লাইবক্লা তম্বা য়াওদনা কর্মতনা মায় পাকপা ঙম্লগদ্রা, লাইবক্লা ফনা ফজনা তন্নবসু কর্ম য়াওদনা হেক্তা মায় পাক্লগদ্রা অসিনচিংবা কয়া নৈনবদা মাগী উপন্যাসশিং পারগা পূক্লীংদা চাউরবা ঈথিল অমা শী। লমচংনা পুন্সিগী লাইবক শেম্বদা য়াম্না মরুওই হায়বদুসু লাইবক্লা ময়াদ্রবদি পুন্সিদা মায়থীবা ফংই। অদুগা মীগী লাইবক অসি সমাজনা ওইহল্লকপগী মমিসু মাগী উপন্যাস খরদা মমি তাই। পুম্নমক য়েংলুরগা মহাক অসি থোইদোক হেন্দোক্লা ফাওরবা উপন্যাসকার অমনি হায়বসিদি কনানসু য়েংলরোইদবনি।

**থোমাস হার্দিবু করিগী পামজরুইঃ**

থোমাস হার্দি পোক্লফম লমদমবু নুংশিজবা উপন্যাসকার অমনি। লণ্ডনদা পুন্সিচুপ্পা লৈদুনা সহরগী পুন্সি মরেল অদু পামখিদে। চীক্লবা খুঙ্গংগী পুন্সি মরেনগা ঈরোয়ননা অচিকপা মফমদা চঙজফম লৌখি। মসিগী ওন্নতৈনবদা মীওই কয়া অমদি খঞ্জিক্তং য়াইফরকপদা নংত্রগা করিগুম্বা তঙায় ফদবদগীনি খঙদে করিগুম্বা অমদগীনি খঙদে পোক্লফম খুঙ্গংগী লমদম থাদোক্লগা সহরদা লৈনবা কয়া য়াওরি অদুগা মখোয় মশামক খুঙ্গংদগী হৌখিবনি হায়বসি হেক হেক কাউথোকতুনা খুঙ্গংগী লমদমবু তৌশানদে। ঐখোয়গী মণিপুর অসিদসু অসি মঙায়। খুঙ্গংদগী ইম্ফাল সহরদা হোংগৎখ্রগা নোং-ফাদোক পোক্লফম মরমদমদা চংপদা *লম্বায়দা চংলুখিপে, লম্বায় কুপ্পুগে*হায়বা বাঙাঙ অসি তত্তনা শীজিন্নবা থেংনৈ। চুম্বুদি চুম্মী হায়ববু করিগুম্বা মওং খরা মখোয়গী থম্মোয়দা লৈব্রা খল্লি। অসিগুম্বা পোক্লফম মখুঙ্গংবু থৌশাদবা অসি থোমাস হার্দিগী মফমদা লৈতে। অদুগা অমুক মীওইবগী পুন্সিদা অম্বা অনা কয়া থেংনবা তাবা, লমচংনা মীওইবগী লাইবক শেম্বা, লাইবক্লা ময়াম্রবদা হোৎনরুবগী কান্নদবা, সমাজনা মীগী লাইবক ওইহনবা, হোৎনবগী মপান্না মীথোই-মীহেনবা ওইবা গুম্বা কয়া মাগী উপন্যাসশিংদা মমি তাহনবা, পোক্লফম লমদম্বু শৈথাদুনা মীয়াম খঙহনবা,সহর মচানি হায়ববুদি পোক্লফম খুঙ্গং মচানি হায়বদা নুংঙাইজবা, পুন্সিগী খুদোংথীবা কয়াবু মায়োক্লবা তাবা অসিনচিংবা কয়া মহাক্কী পুন্সি মরেন অমসুং মহাক্কী উপন্যাসতা ইরম্বা থেংনবদা মহাকপু অসুক্কী মতীক নুংশিজে, পামজে। মরম অসিদগী মহাক্লা ইরম্বা *দ মেয়র ওব কাষ্টরব্রিজ*বু য়াম্না তেম্না ইমারোল দা হৈ হৈতে খঙদনা ইজবনি। পাবিরিবশিংনা মাগীসি পামজমনবদগী তৌরিবনি হায়বসি খনবীদুনা অশোয় অঙাম খুদীংমক ঙাকপিগনি খঞ্জে।

*মোইরাংথেম রাজেন্দ্র সিংহ*

# ৱামাঙ য়ানবা

ফাওরবা ইংরেজী উপন্যাসকার থোমাস হার্দিগী মমিং চংলবা ইংরেজী উপন্যাস *দ মেয়র ওফ কাষ্টরব্রিজ*বু ইমালোন মণিপুরীদা শম্না ইথোকচবা অসি য়াম্না খণ্ডলে-হৈরে হায়দুনা তৌজবা নচচদে। ফজন্নবা উপন্যাস অসি কাহেন্না পামজরুবদগী মণিপুরী সাহিত্যদা খুদোল তমজনীংবনা হেনমনখিদুনা করি থোক্লগদগে খণ্ডদনা অমসুং খল্লুদনা অপণ্ড-থৌনাদা খুৎ-থাজরুবনী। উপন্যাস অসিগী অশম্বা ৱারী অসি খৃষ্টগী কুম ১৯৬৩ দা ঐহাক্না ইম্ফাল কলেজদা বি- এ অরোইবা তমলিঙৈদা ইজখিবনি। মতম অদুদা হায়রিবা উপন্যাস অসি *টু য়ার্স ডিগ্রী কোর্সতা* ইংরেজীগী তম্না লাইরিক ওইনা শীজিন্নরম্মী। মতম অদুদা কলেজ অদুগী ইংরেজী ওঝা আইচ বি সেন্না তম্না-লাইরিক অসি লাইন বাই লাইন পাদুনা চখ্বরবদি সিলেবস কোবর তৌবা নংথৌদবা য়াই হায়দুনা অহানবদা চেপ্টর বাই চেপ্টর ওইনা অশম্বা ৱারী লীবিখী। ইংরেজী লোন্দা অশম্বা ৱারী লীবিবদুদা অসুক্কী মতীক নুংঙাইমনখিদুনা য়ুমদা হল্লক্লগা চেপ্টর বাই চেপ্টর, নোংমা নোংমগী লীবিখিবা তম্বীখিবা ইংরেজী লোলগী ৱারী অদু ইমারোন্দা হন্দোক্তুনা ইশিন্দুনা থমখি। য়াম্না নুংঙাইবা মতাঙদদি চুম্না শম্না ইমারোন্দা হন্দোকপতা নত্তুনা তম্না-লাইরিক অদুগী ৱাহৈ-ৱাতা চপচাবা অর্থ ঐনা খণ্ডজবদা হন্দোক্লবা হোৎনদুনা হাপচিনজখি। অসুম্না ইমারোন্দা শম্না অর্থ হন্দোক্তুনা ইজবা খাতা অদু অদুম থমজিনম্ব্রে, হন্না য়েংলুবা তৌদনা চহী ৩৫ রোম ফাইল কোবর অমগী মনুংদা হাপ্লগা লোৎতুনা লৈরুরে। খৃষ্টগী কুম ১৯৯৮ গী আগস্ট থাগী তাং ৮ দা *থৌবাল কলেজনা চহী ৩৫ মপুং ফারকপগা* লোয়ননা কলেজগা মরী লৈনবা লিফ-লেট অমতং পুথোক্কে খন্দুনা কলেজ লিংখৎখিবগী চে-চাং খরদং থিগে হায়দুনা, নমশিন্দুনা থমল্লবা অরিবা ফাইল কয়া ফাক ফাক্তুনা থিরুবদা, থিরীবা পোৎতুদি কংদ্রগা হায়রীবা খাতা অসি ওইনা থেংনরুরে। হায়রিবা চহী অসিগী সেপ্টেম্বর থাগী অরোইবা চয়োলগী নোংমা নুমিদাং অমদা ঐগী ইনাও থৌবাল কলেজগী ইংরেজীগী ওঝা ডাঃ মোইরাংথেম প্রিয়োবর্ত্ত সিংহ, ইউনাইটেড কলেজ চান্দেলগী মণিপুরী ওঝা ইবোসনা য়াম্লেম অমসুং ককচিং খুন্নৌ কলেজগী পোলিটিকেল সাইন্সকী ওঝা নিংথৌ নাওরিয়া মখোয় অহুম্না ঐগী য়ুমদা করিগুম্বা থবক অমগী লাকপদা ঐনা মখোয়দা চহী ৩৫ রোমগী মমাঙদা ইখিবা উপন্যাস অসিগী অশম্বা খুৎই ৱারী অদু পুথোক্তুনা

উৎখি। করি বাখন্দগীনো খণ্ডদে ডাঃ এম প্রিয়োবর্ত্ত সিংহনা তুমিন্না ওাইহাক খুৎই লাইরিক অদু য়েংলুরগা ছাপা তৌদুনা ফোঙসি হায়রকখি। ঐহাক হায়কম খণ্ডখিদে। হৈবোই হৈতবোই ইখিবনি, উপন্যাস অদুগী অশেংবা মণিপুরী অনুবাদসু নত্তে, অশম্বা বারীনি। অশেংবা অনুবাদমক নত্তব্রা হায়রবসু মরক মরক্তা উপন্যাস অদুগী মণিপুরী অনুবাদ মতেক মতেক য়াওই। মীগী মাঙদা করম্না উৎকনি? ফজঙ্গবা উপন্যাস অদুবু মাংথোকপদা নত্তনা উপন্যাসকার অদুগী হৈ-শিংলবা মতীক মগুণবু করেম্নবা তারগদ্রা খল্লুবদা পুক্নীংদা অকিবা ফাওই। ফোঙসি হায়রকপদুদা হৃরাওদি হৃরাওই। ফরে ঐ অমুক্তং শিন্দোকখিগে, নখোয় পাদুনা অমুক্তং য়েংউ অদুগা নখোয়না থোকপা অদুম তৌরো হায়দুনা নৌনা অমুক শিন্দোক্লগা, শিন্দোক্লবা খাতা অদু মখোয়দা য়েংহনখি। মতুং ইকুই কুইদনা লাইরিক অসিগী পল্লিসর ফংলে হায়বগী নুংঙাইরবা পাউ অদু ঐঙোন্দা তন্নখি।

অশম্বা বারী অসিদা শমগদবা মতাঙদনা শমদ্রগা শল্লোয়দবা মতাঙদনা তুবৎ তুবৎ শমজীনখিদুনা উপন্যাস অসিগী ফজবা শক্তম মাঙলম্বা তারবা, ইংরেজীগী মীগী অমসুং লমগী মমিং ইমালোন্দা হন্দোকপদা উচ্চারন অমসুং বনান শোয়নরমলবা, ইমালোন্দা বাহল্লোক পীবদা শোয়নবা অদুগা মথক মখা ওন্নবা অমসুং অতৈ শোয়নখিবা কয়া য়াওরমলবসু, মদু পূম্নমক ইশাগী ইরান্নি, অশোয়বনি। উপন্যাস অসিবু হান্না নৈনবিস্লবা অমদি নৌনা থেংনবা কয়ানা ইরান অমসুং অশোয়বা খিবিকপু কনা নত্তে খনবীদুনা ঙাকপীগনি খঞ্জে। খুৎই ওইনা লৈরিঙৈদা হান্না পাথোকপিদুনা অশোয় অঙাম য়েংশিনবীবগা লোয়ননা চান্নবা বাহৈ-বাতা, হাপতোক-হাপচিন অমদি শেমদোক-শেমজিন তৌবিখিবা ইনাও ইবোসনা য়াম্লেম অমসুং লাইরিক অসিবু ফোঙবীনবা চোংথোকপীরকখিবা লমজিং পল্লিকেসনসগী সনসম ভোরোত কী মফমদা পুক্নিগী ওইনা শিংবা ঙম্নরোইদবা লমন অমা তোনশিঞ্জরে। অরোইবদা কনাগুম্বা উপন্যাস অসি থেংনখিদ্রিবা অমসুং পাখিদ্রিবা মীওইনা শম্না, তেন্না ইথোক্লবা লাইরিক মচা অসি পারগা উপন্যাস অসিগী মরমদা খরদং খণ্ডহঞ্জবা ঙন্নবদি হোংঞ্জমলগী মহয় য়াল্লে খঞ্জগনি।

<u>তেম্বা খুঞ্জাও ময়ায় লৈকায়</u>

মোইরাংথেম রাজেন্দ্র সিংহ

তাং ২৬/৭/১৯৯৯ইং।

# ১

**তরামাপলগুবা** শতাব্দীগী অহানবা তংখায়নি। নোংমা ওল্লাংথাগী লোইশিল্লকপগী নুমিদাংবাইরম অমদা মাইকল হেনচার্ডনা মাগী লোয়নবী সূজন অমসুং মচানুপী ইলিজবেথ জৈনগা লোয়ননা অপর ৱেসিক্সতা লৈবা ৱেডন প্রাইয়জ হায়বা খুঙ্গং অদু তম্না খোঙনা লাকলম্মী। চহী ২১ রোম চঙলকপা হেনচার্ডকী শাওং শাদানি। মরেপ্পা ওস্বা, মশা-মউ ফবা, অকন- অথৌ ওইনা তৌবা শাদানি। মখোয়না শেংলি-ইল্লিবা ফিজোন অমসুং খোঙউপ্তা পল্লিবা উফুল ময়াম অদু উরগা মী খ্বাইনা মখোয় অসি লম য়াম্না শাংনা মখোঙনা লাক্লে হায়বসি লায়না খঙবা ঙম্মী। হেনচার্ডনা ৱাউথাংনবা মচুগী কৌরবা জেকেৎ অমা, মচেক নাইরবা কুদাম পানবা ৱেসকোট অমা অমসুং চরুনা শাবা টুপী অমা শেৎ-চারম্মী। মনঙ্গলদা নাপী অমসুং চরু করুবা খুৎলায় য়াওবা খাউ অমসু পোরম্মী। পুম্নমকসি উরগা মহাকপু চরু ককপা নংত্রেগা শজিক ফানবা মীনি হায়না খ্বাইনা লায়না খঙবা ঙম্মী। মহাক্না অসুম চংনা চংনা চেজেৎ অমসু পারম্মী। চেজেৎ অদুদা ঈশৈ খরসু ইরম্মী। চংলিবা মতৈ মনাও অমসুং মচানুপীদু অমগা অমগা খোইদোকপা ৱারী-ৱাতাই শানরমদে। মখোয়না চংলিবা খুঙ্গং অদুমক্তদা মেলা অমখক তৌরম্মী।

সূজন হায়রিবী নুপী অসি চহী ১৮ রোম শুরে। মহাক য়াম্না ঈং-তপ্পবী, অদুক হাক্লা ফজবীনি হায়বমক য়াদ্রবসু, মশক থীবীনি হায়বদি ঙমদ্রবী নুপী অমনি। তারমদাই ঙাঙ্গান্নরবা মচুনা মাগী মায়থোঙদা য়ৈরকপদা মশা পূম্বা নিংথীজরম্মী। অঙাং ওইরিবী মচানুপীবু পল্লদুনা মপুরোইবগী মতুং ইন্নরম্মী। করিগুম্বা মতমদা মখোয় য়াম্না নকশিন্না চংমিন্নরম্মী। মদুনা মরক মরক্তা মপুরোইবগী খুনিংনা মাগী লেংবান্দা হেক হেক থেংলম্মী। অদুবু মহাক্না মপুরোইবগী পাম্বোমদু পায়গে হায়নদি খক খল্লমদে, মপুরোইবা অদুনসু পায়হন্নীংবগী ৱাখল লৈরমদে। নুপী অসিগী মায়থোঙদা নীংবা কায়বগী মমি অমা তাবগুম তৌরম্মী। মরম'দুনা মশাদু ইহৈ হৈনীংদনা উই। মহাক্কী মায়থোঙদু উরগা করিগুম্বা অফবা শরুক অমা মাগী থুংগনি হায়বসি খক থাজরমদে। হেনচার্ড অমসুং মাগী নুপীনা ৱেডন প্রাইয়জগী মেলা মফমদুদা চঙলকপদদি নুমিৎ পূমতা তাপ্রে। মফম অদু মীনা পূমথন থল্লম্মী। শগোল অমসুং গাউ কয়া মফম অদুদা য়োন্নবা পুরকলম্মী। ছুটিসু ওইবা

মরম্না মখল মখলগী মী কয়া শুনা তিল্লম্মী। চা থকফম, চান-থক্লবা মফম খুদিংদা মীগী মী ঙাক্তা ঙায়রম্মী। অযুক্তা তিনবদগীদি নুমিদাংবাইরমদা তিনবনা মশীং য়াম্বা হেনখি। লাকপদা বামনখিবনা তিল্লমলিবা মীয়াম অদুদা হেনচার্ড অমসুং মাগী নুপীনা থোইনা খোয়জংলুবা তৌখিদে। লমশাঙ লাকপনা চোকথবদগী করিগুম্বা খরদং চাননবা মফম থিরক্লম্মী। মমৈথংদা মখোয়না **'অফবা ফরমিটি মফমসিদা য়োঙরি'** হায়না থাবা ফরমিটি (শঙ্গোমদা চিনি হাপ্লগা শেম্বা য়ামগী অচা-অথক্কী পোং মখল অমা) য়োনবা দুকান (শঙ) অমদা চঙলম্মী। ফরমিটি পাত্র অমমম থকপদা মখোয়গী চ্রেকথরবা হকচাং ফজনা তেকখৎখি। অদুবু অচা-অথক য়োনবী নুপী অদুদি চহী য়াম্খেরোম শুরবী, মশক থীবী চমোৎনবী, মবুক শেংদবী মীতা অমসু ওইরম্মী। মহাক্লা আইন্না থিংলবা রমসু লোন্না য়োলম্মী। কনাগুম্বগী ইঙ্গিৎপু ফংলবদি ফরমিটিদা রমসু হেক হেক য়ানশিল্লম্মী। ফরমিটি থক্লা থক্লা হেনচার্ডনা নুপীদুনা তৌরিবা থবক-থানা অদু য়েংলম্মী অদুগা খূদক্তা ফজনা ভাব তাখি। মহাক্লা নুপী অদুদা মমিং কুফেৎ-কাফেৎ তৌদুনা ইঙ্গিৎ পীবদা নুপী অদুনা মঙক নোমদুনা টেবল মখাদগী লীক্লি লৌথোক্লগা হেনচার্ডকী পাত্র অদুদা লোন্না রম য়ানশিনখি, হেনচার্ডনসু লোনথুপ-লোঞ্জাননা মদুগী শেল পীরম্মী। থকপা লোইরবা মতুংদা অতোপ্পা অমগা খরা য়াম্না য়ানশিল্লগা পীরক্লবা ইঙ্গিৎ কনমখিবনা হেনচার্ডকী বাঙাঙ-শাঙাঙ অমদি লমচত্তা মমি তারকখি। রমগা য়ান্নরবা ফরমিটি থক্লে হায়বা সূজনসু খঙখি। মতম অসিদা পীক্লিবী মচানুপী অদুনা খাঙঙমদনা বেদো বেদো ঙাঙবা হৌরক্লম্মী অদুগা সূজন্না মপুরোইবদা "মাইকল, ঐখোয়গী য়ারেকফম কমদৌবা তারি? নহাক্লা খঙলিবদুনি ঐখোয় থুনা চৎহৌদ্রবদি মদু ফংবদা অবাবা ওইগনি" হায়না অমুক্তা নত্তনা হন্না হন্না হায়জখি। অদুবু মহাক্লা হায়জবা অমদি অঙাংদুনা ঙাঙজবা পূম্বা হেনচার্ডনা মনাকোংদা হাপখিদে। করিমত্তা তাশিন্নদনা তিল্লিবা মীয়াম অদুগা হৌনা হৌনা বারী শান্নরম্মী। পীক্লিবী অঙাং অদু মতম অদুদা চুখত্তুনা থাঙ্গল্লবা মোনবতিদা য়েংলম্লগা তুমথখি।

হেনচার্ড অহানবা পাত্র থকপদা ঈং তপ্লম্মী, অনীশুবদা হৱাউ তয়াম্লকখি, অহুমশুবদনা মরৈ য়েৎকনবা ওইরকখি, মরিশুবদনা মহাক্কী মায়থোঙনা, বাঙাঙনা, মমীৎ ঈ কাবগুম ঙাঙলকপনা মাগী লমচৎ ফোঙদোকখি- মরিংজেন লৈনা খৎনগনবা মীনি হায়বা ফাওবা তাকখি। মফম অদুদা শানরকপা বারী অদু ওম্থোকপা হীরম অমগী মতাঙদা ওইরকখি। অফবা নুপা কয়া ফত্তবী নুপী লৌরুবদগী মাঙবা, পঙবদগী নৌনা লুহোংলুবনা তুংগী আশা চাউনা লৈবা নহারোল কয়ানা নীংবা কায়বা অমসুং মথৌনা মরিংজেন মাঙবা

অসিগী মতাঙদা ৱারী শানখি। ৱারী শানবা অদুদা হেনচার্ডনা মহাক মশামকসু পঙবদগী চহী ১৮দা লুহোংলুবদগী মাগী ঙসি ওইরিবা ফীবম অসিনি হায়রক্লম্মী। সূজনদি অসিগুম্বা ৱাঙাঙ অসি তাঁবদা হাম্নদগী হৈনরক্লবনি, অদুনা তাশিন্নদনা চোকথরবা পাম্বোম অদু খজিত্তং পোখানবা হায়দুনা মচানুপীবু মীকুপ অমতংগী ওইনা বেঞ্চ মথক্তা হিপথহন্দুনা থম্লিঁঙেদা হেনচার্ডনা মখা তানা "তাইবঙ অসিদা ঐহাক্কী শেল শিলিং ১৫ দগী হেন্না য়াওদ্রে, ঐনা তৌরিবা শিন্থা অসিদদি মূন্না খঙ-হৈরবনি, শক্তিক্কী মতাঙদদি ঐবু ফূজৌ হায়না ইংলেণ্ডদা শীংনজরী, অমুক নীংতম্বা ওইজরন্নবদি ঐ পাউণ্ড লিশীং অমগী মতীক চাবা মী ওইরমগদবনী হায়খি।

অসুম্না রমগা য়াম্নরবা ফরমিটি মঙারক থকপদগী হেনচার্ড মপূংফানা ঙাওরে। রম থক্লে হায়বা খঙলবসু সূজন করিসু তৌনীংঙাই পাঙ্গল লৈরমদে। মতম অসিদা মী খূদিংমক মাগী মাগী মপোৎ মচে নীলাম লাউদুনা য়োনবগী থবক তৌরম্মী। মপান্দা শগোল নীলাম লাউবগী খোঞ্জেল মনূংদগী তাবা ফংখি। মীনা হেনবা য়াবা মীতা নত্তবনিনা হেনচার্ডসু মাগী লৈজবা পোৎ খরা য়োনগে খল্লক্লে। শগোল লৈবনা শগোল নীলাম তৌবগুম নুপী লৈবা মীসু নুপীদুবু পামদ্রবদি মখোয়দগী নাম্থোক্লবা নীলামদা মখোয়বু পাম্বা মীদা য়োনফম থোকই হায়দুনা অকনবা খোল্লাউদা কনাগুম্বনা পাম্লবদি মাগী নুপী খূদক্তা নীলামদা য়োনগে, লৈবা য়াগনি হায়না লাউরম্মী। মপুরোইবদা ওনশিন্দুনা সূজন্না "মাইকল নহাক্না মীয়াম মমাঙদা নাতৈ চাদবা ৱা ঙাঙলে, ফাগিদি ফাগিনি, অদুবু নঙনা মসি হেনমন্না তোয়না ঙাঙলে, চেকশিল্লু" হায়খি। মহাক্কী নুপীনা হায়জবদু করিমত্তা তাদনা "ঐনা খঙত্তী ঐনা মসি হান্না হায়খ্রবনি ঐনা পাম্লিবদি লৈগদবা মীদুনি" হায়রম্নগা অমুকসু মখা তানা নুপী অদু মঙোন্দা কান্নদ্রে, কনানা মাবু লৌগদৌরিবনো হায়না লাউখি। নুংশাথীবা অমসুং লাঙতক্লবগা লোয়ননা সূজননা "লাক্লো, লাক্লো মমশিলক্লে জ্ঞান য়াওদবা ৱাঙাঙশিনা করিসু কান্নরোই, নঙনা লাকত্রবদি নহাক য়াওদনা ঐ চৎলগনি, লাক্লো" হায়রগা ঙাইদুনা লৈজবনি, অদুবু হেনচার্ডতি হৌগৎপা তৌদনা লেঙদনা অদুম লৈখি। মিনিট ১০ রোম লৈরগা জেক রেগনা ওইবা ওইয়ু, তোম ষ্টোনা ওইগে ওইয়ু মীয়াম মরক্তগী অমনা হেক্তা মাগী নুপী লৈবা য়াগনি হায়না হেনচার্ডনা অমুক্তা হায়রকপদা সূজন্না শকফম কায়না "মাইকল মাইকল ফীবম লুশিল্লক্লে, ও! কা হেন্না ফীবম লুশিল্লক্লে" হায়জবদা "কনা অমত্তনা মাবু লৈরোইদ্রা" হায়না মখা তানা লাউনা হায়খি। সূজন্না কনাননো অমনা মরাইনা লৈজনি, মাসু শুকপাম পামজদ্রে হায়রকপদা "নঙসু ঐনা পামদ্রে" হায়না হেনচার্ডনা হায়রম্নগা "ভদ্রলোকশিং! নখোয় তাদ্রা, ঐখোয় য়ানরবনি, কায়নবা য়ানরবনি, নুপী মচাসি মানা পাম্লবদি মাগী ওইরগনি অদুগা মানা পাম্বা লম্বীদা

চৎচবা য়াগনি, অদুগা ঐনা ঐগী খূৎলায়শিং লৌদুনা ঐনা চৎনীংবা লম্বীদা চৎকনি" হায়খি। মফমদুদা তিল্লমলিবা মীয়ামদুনা শিলিং মঙা গিনি অমা, গিনি অহুম, গিনি মরি হায়না ব্বারী শানবদা; লৈগে হায়না কনাসু থোইনা চোংথোক্লকখিদে। "ঐনা নখোযদা হায়রি- মঙাদগী তারবদি মাবু য়োল্লোই" হায়দুনা অরোইবা ওইনা, কনাগুম্বনা গিনি মঙা পীবা ওমলবদি মাগী নুপীগা মচানুপীগা পূম্না য়োল্লগনি হায়রক্লবদা ন্যসন কৌবা শকখঙদবা হিহোনবা নুপা অমনা গিনি মঙাদা লৈবা ওম্মী হায়রকখি। লৈবা ওম্মী হায়বা অসি তাবদা মফম অদু ঙাইহাক্তংদি উন-ব্বাইমুক পূমচিক চিকখি। লৈরম্লিবা মীয়াম অদুগী মীৎয়েং হিহোনবা অদোমদা চিংশিনখি। মহাক মফম অদুদা কনা খঙদনা মিনিট অনী অহুমগী অদুব্বাইদা থুংলখিবনি। "পীবা ওমগনি হায়বা নৎত্রা" হায়না হংবদা হিহোনবদুনা "ওমগনি হায়বনি" খুমখি। "হায়বনা অমনি পীবা ওম্বনা অমনি, কদায়দা শেলদু লৈবগে" হায়না হেনচার্ডনা হংবদা ন্যসন্না চঙশিল্লক্লুনা টেবল ফিদাগী মথক্তা বেঙ্ক ওফ ইংলেণ্ডগী পাউণ্ড চৎপী চেগী নোট মঙা থম্লগা মখোয়গী মথক্তা শিলিং মঙা- অমা, অনী, অহুম, মরি, মঙা, হায়না তোঙান তোঙান থমদুনা মহাক মশামক গিনি[১] মঙাদা নুপী অদুগা নুপীমচাদুগা লৈবা ওম্বা মীনি হায়বা উৎখি।

তিল্লমলিবা মীয়াম্না হেনচার্ডতা অমুক য়েং, সূজনদা অমুক য়েং, হিহোনবদুদা অমুক য়েং, টেবল মথক্তা শিলিং অমমমনা নন্দুনা লৈবা চেগী শেল নোটশিংদুদা অমুক য়েং তৌদুনা লৈরিঙৈদা সূজন্না অচিকপদু থুগায়দুনা খোঞ্জেল নীক্লা, তপ্পবা নেম্লবা মাগী খোঞ্জেলনা মপূং ফানা হৌনা লাউনা "মাইকল, থবক মখা চখদ্রিঙৈ ঐনা হায়জরি-ব্বাসি তাবিয়ু, নঙনা শেলদু শোক্লবদি, ঐনে অদুগা নুপী মচা অসিনে নুপা অসিগা চৎগ্রগদবনি, চেকশিনবিয়ু মসি অমুক ফাগি নৎত্রবনি" হায়জখি। "ফাগিনি হায়বা? তশেংবনি মসি ফাগি নত্তে" হায়না লাউরম্লগা "ঐনা শেল অসি লৌরে, হিহোনবসিনা নঙবু লৌরে মসি চপচারবনি, মসি মফম অয়াম্বদা তৌনরিবনি- সিদৃদি করিগী য়াদনি" হায়না মখা তানা হায়রম্লগা শেলশিংদু মাগী ফুরিৎখাউদা হাপচিনখরে। য়াম্না থৌজান হৈবগা লোয়ননা মোমোন নোক্লদুনা হিহোনবা অদুনা "লাক্লো চৎলসি" হায়রকপদা উপায় লৈজদ্রবী মরায়বক থীরবী সূজন্না মথব্বায় শোক্লা কপ্লদুনা খূনিংথৌদা শিবা লুহোংবগী খূদোপ অদু নিশানা ঙাওরবা মপুরোইবা অদুদা হুঞ্জিলম্লগা "মাইকল নহাক্লা লোয়ননা চহী অনী

[১] গিনি অমা = শিলিং কুনমাথোয় = পাউণ্ড অমগা শিলিং অমা
গিনি মঙা = পাউণ্ড মঙাগা শিলিং মঙা, শিলিং ২০ = পাউণ্ড অমা।

লৈমিন্নরম্নে, শাউনবা নত্তনা অতৈ করিসু ওইখিদে, হৌজিক ঐ নঙগী অমুক ওইদ্রে মফম অমদা ঐগী লায়বক য়েংলুরগে, মসিনা ঐহাক অমসুং ইলিজবেথ জৈন অনীমক্কী হেন্না ফবা ওইরগনি। মরম অসিনা বিদায়" হায়রম্লগা মখূৎ য়েৎনা হিহোনবগী পাম্বোম পায়রগা মখূৎ ওইনা পীক্লিবী মচানুপীবু পন্নগা মেলা মফম অদুদগী মপান থোরকখি।

মফম অদুদা তিল্লমলিবা মীয়ামদুনা হিহোনবা অদু কনানো হায়বা অশেংবা মশক খঙনরমদে। মহাক মীতোপনি হায়বসিদি তশেংলে। মফম অদুদা মিনিট মঙারোমগী মমাঙদা লাকলম্বনি হায়না ফরমিটি য়োনবী নুপী অদুনা হায়খি। নিশাগী পোৎলুম পুরবা হেনচার্ডনা শঙ অদুগী চঙলকফম অদু ফাওবা থোক্তুনা কদোমদা চৎখিবগে য়েংলম্লগা জ্ঞান তাদনা টেবল মথক্তা মখূৎ থমদুনা ঙাথরগা য়াম্না নুংঙাইনা থব্রায় তানা পুম্বমখে তুমথখরে। মতমনা থেঙজিল্লকপা মরম্না হৌজিক্তি মী অপূম্বা মাগী মাগী ময়ূমদা হন্নখ্রে। ফরমিটি য়োনবী অদুসু মপোৎ মচৈ লোইশিল্লগা ময়ূমদা হন্নবা থৌরাং তৌরে। হৌদোকপা তাদ্রবা হেনচার্ডপু মফম অদুদা তূমহল্লম্লগা মহাকসু ময়ূমদা হনখি।

## ২

**অহীং** হৌখ্রে, নোংঙাল্লে, মথংগী অয়ুক অমুক ওইরক্লে। নোংপোকথংবা অতিয়াগী মায়কৈদা নুমিৎনা তরং তরং থোরক্লে। মখূৎনা মমিৎ নোইরদুনা হেনচার্ড মিকপ থোরক্লে। শঙ অদুবু কুপলিবা ডম্বুরগী অকোয়বদা ঈশিং নুংশিৎনা শাবুং শাবুং শরা শল্লম্মী। শংবান্নরবা চাউরবা হয়িং অমা কোয়না কোয়না পাইদুনা ঙংলম্মী। হয়িংদুনা ঙংবদু নত্তনা অতৈ থোইদোকপা খোঞ্জেল তাবা ফংলমদে। হৌখিবা নুমিদাংবাইরমদা থোকখিবা থৌদোক কয়া জ্ঞান তারম তাফাৎতনা নীংশিংবা হৌরক্লে। নীংশিং নীংশিং অকোয়বদা য়েংখি মহাক্লা- বেঞ্চতা, ফৈরানা ঙাকলৌ ওইবা টেবলদা, খূৎশু খূৎলায় হাম্না খাউদা, ফরমিটি লোনবা ষ্টোপতা, করিসু য়াওদ্রবা হাঙলবা পাত্রশিংদা, গেহগী

মহয়-মরোং খরদা, নাপী হৌবা লৈমায়দা তাবা মখুম চোঙাংশিংদা। মহাক্না য়েংবদা উথিবশিংগী মনূংদা অপীকপা অরংবা পোৎশক অমসু য়াওখি। মদুবু মহাক্না খুনগৎখি। হায়রিবা পোৎশক অসিদি অতে করিসু ওইরমদ্রে, মাগী নুপীগী খূদোপ ওইরমলে। মসিদসু নত্তনা মহাক্নফুরিৎখাউদা মখূৎ হুমজিন্নবদা গিনি মঙা য়াওরম্বা অদুসু থেংনরে। হৌজিক্তি মহাক মাগী নুপী অদু হিহোনবদুদা য়োনথোকখ্রবনি হায়বা তশেংনা খঙলে। থোকখিবা থৌদোক্তু মঙ নত্তে খঙলবা হেনচার্ডনা ঙাইহাক্তং ফমথদুনা লৈমায়দা য়েংলগা "মফম অসিদগী হেক ঙমলিবমখে থুনা মপান্দা চৎলগনি" হায়বগা লোয়ননা "মহাক চৎখ্রে- তশেংলবনি মহাক চৎখ্রে- মাগা ইলিজবেথ জৈনগা পূন্না লৈখিবা হিহোনবা অদুগা লোয়ননা চৎখ্রে, মফম অসিদা ঐখোয় চৎখি, অদুগা ঐনা ফরমিটি থকখি, মদুদা রম য়াওই- অদুগা মাবু য়োনখি, হোয়, মসিনি থোকখিবা থৌদোক্তু, অদুগা ঐদি অসিদা লৈরে, হৌজিক ঐ করি তৌগনি, ঐ চৎপগী পাঙ্গল লৈররোইদ্রা? ঐ ঙকই" অসিনচিংবা কয়া খন্দুনা মানা তৌখিবা তমথীরবা থবক অদুগীদমক নিন্দা তৌবা হৌরক্লে।

শজিক ফানবগী খূৎলায় য়াওবা খাউ অদু মরেংবান্দা থাঙ্গৎতুনা লম্বাংদা থোরক্লে। করিগুম্বা উপায় অমা তৌদুনা সূজন অমসুং মচানুপীবু ফংনবা হোৎনগে খল্লক্লে। অদুবু মখোয়বু থিদ্রিঙৈদা করিগুম্বা খরদং পাঙথোক্লে খনখি। অদুনা অহানবমক্তদা খুঙ্গং অমদা চৎলগা, মদুদা লৈবা লাইশঙ অমা তম্না লাক্লম্মী। লাইশঙ অদুগী মনূংদা কনা অমত্তা লৈরমদে। নুপী অমসুং মচা য়োনথোকখিবা অদু য়ু থক্লুবদগীনি হায়বা তশেংনা খঙবা মরমদগী মহাক লাক্কদৌরিবা চহী ২১ য়ু অসি শুকথক থক্লরোই হায়না ব্রাশক্লে খল্লম্মী। কম্মুনিয়ান টেবল মথক্তা লৈরম্বা লাখানা ফাজীল্লবা লাইরিক (বাইবল)দু মখূৎনা মরায়বক্তা থম্লগা "মাইকল হেনচার্ড হায়বা ঐনা ঙসি সেপ্তেম্বর ১৬কী অয়ুক অসিগী চীংলেম্লবা মফম অসিদা ঈশ্বরগী মাঙদা লাক্কদৌরিবা চহী ২১ অসি মন্নাই কাবা নিশা অকনবা য়ু থক্লরোয় হায়না ব্রাশকলি- মসিদগী করিগুম্বা ঐনা ব্রাশক অসি থুগায়বা তারবদি ঐ লোন থোকতবা, মীৎ তাঙবা অমসুং উপায় লৈতবা মী অমা ওইসনু"। অদুগী তুংদা হেনচার্ডনা মাগী নুপী অমসুং মচানুপী থিবা হৌরকখি। অদুবু মাগী য়াম্না লুরিবদি মাগী নুপীবু গিনি মঙাদা লৈখিবা নুপা অদু কনানো, কদায়দগীনো করি মমিং কৌই খঙহৌদবা অসিনি। মখূৎতা পায়রিবা গিনি মঙা অদু মাগী নুপীগা মচানুপীগা থিবদা শীজিন্নখি। অদুবু ফংবা কৌবদি মরৈখিদে। নোংমা নোংমা হৌখিদুনা চয়োন ফারকলে, চয়োন কয়া হৌখিদুনা লোইদাম থাবুম ফারকলে, অদু ফাওবদা থিবদি লেপ্পা কৌবা তৌখিদে, ফংদবগী শরুকতা মঙায়রে। মমৈথঙদা নীংবা কায়রবা হেনচার্ড সমুদ্র মপান

তান্না লাকখি। মফম অদুদা থেংনবা কনাগুম্বা মীওই খরদগী মহাক্না থিরিবা মীশিং অদুগা শক্তা মান্নবশিং মতম খরগী মমাঙদা হিহোনবা নুপা অমনা মীরৈবাক্তা খুন্দারুনবা পুদুনা চৎখ্রে হায়বা পাউ তশেং তশেংনা খঙবা ঙমলম্মী। অদুনা মখা তানা থিবদা ফংলরোই খল্লদুনা মখোয়বু থিবগী ব্রাখল পুম্বা থাদোকলে। অদুগী তুংদা খা-নোংচুপলোমদা অসুম চৎখিদুনা কাষ্টরব্রিডজ হায়বা বেসিক্সকী থাপনা লৈবা সহর অদুদা হেনচার্ড থুংখিরম্মী।



চহী ১৮ হৌখ্রে। নোংমা, শরদ ঋতুগী নিংথীজরবা নুমিৎ অমদা, নুপী অনীখক্না ব্রেডন প্রাইয়জ হায়বা খুঙ্গং অদুদা লাকলম্মী। অহল ওইরবী নুপীদুনা মমানী, লোয়নরকলিবী নুপী অমদুনা মচানুপীনি। নুপী অহল অদু অতৈ কনা নত্তে, মতম অমদা হেনচার্ডকী লোয়নবী ওইরম্বী, ব্রেডন প্রাইয়জকী মেলাদা য়োনথোকখিবী সুজনদুনি। মাগা লোয়নরকলিবী মচানুপীদুগী মমিংনা ইলিজবেথ জৈন কৌই। মতম অসিদদি সুজনগী কুচু কুমেন মমাঙঙৈদা ওইরম্বা অদুদগী য়াম্না হোংলে, ময়াং কংলে, মশম মনাশু ইপা পারে, মশাদুসু নুপী ওইবীগী ফজবা করি অমত্তা য়াওদ্রে। মশাদা শেৎলি ইল্লিবা ফিজোন অদুসু লুখ্রাবী ওইবীগী ফিজোন্নি। মহাক্না চহী ১৮ রোম শুরবী মচানুপীগা লোয়ননা ব্রেডন প্রাইয়জতা হেনচার্ডকী খোঙ্গুল লীবা লাকপনি। সুজননা হেনচার্ড থিরকলিবা অসিগী মরমদি মাগী অনীশুবা মপুরোইবা ন্যুসনদু সমুদ্রদা চৎখিবদগী ময়ুমদা হল্লকমন্দ্রবা অদুদা সমুদ্রদা ঈরাক্লদুনা শিরম্লগনি হায়না মীয়াম্না লৌনরমবদগী (মানসু থাজবদগী) মখোয়গী উপায় থিরকপনি। মপুরোইবা শিখ্রে হায়বা পাউ তবদগী সুজননা লুখ্রাবীগী ফিজোনসি শেৎ-চারিনি। নুপী মচা অদু ঙাকপী-শেনবীনবগীদমক হেনচার্ডপু য়াম্না ব্রানা থিরকপনি। চহী ১৮গী মমাঙদা চৎখিবা লম্বী অদুমক্তদা মখোয় অনী খুৎশম্নদুনা লাকলম্মী। মেলা তৌফম মফম অদুমক্তা মখোয় অনী চঙলক্লুনা ফরমিটি য়োনবী নুপী অদুগা উনরম্মী। হায়রিবী নুপী অদু হৌজিকসু মাগী হান্নগী কারবার অদু তৌরমলি। চহী ১৮গী মমাঙদা মাগী দুকান্দুদা নুপা অমনা মাগী নুপীগা মচানুপীগা

য়োনখিবগী ব্রা নীংশিংলিব্রা হংলুবদা ফরমিটি য়োনবী নুপীদুনা হাইফেৎ ব্রাখল তৌরগা নীংশিংবগী ব্রাফম পল্লকখি। হনুবী অদুনা হায়রিবা নুপা অদু থৌদোক অদুগী ওল্লকপা চহীদা মাগী মাঙখ্রবা নুপী অদু থিবা লাকখি অদুগা করিগুম্বা মাগী নুপীনা মাবু থিরকপা থোক্লবদি মাবু কাষ্টরব্রিডজ সহরদা লৈখ্রে হায়না তম্বীনবা হায়রম্মী হায়দুনা সৃজন্দা অকুপ্পা ব্রারোন অদু তমলম্মী। সৃজন্না পুম্নমক খওলবা মতৃংদা মচানুপীগা লোয়ননা কাষ্টরব্রিডজ সহরদা চৎলগে হায়না মপুক্লীংদা চপ য়ুংনা খল্লম্মী।

## ৪

**ব্রেডন** প্রাইয়জতা হেনচার্ড থিবা লাক্লিবী সৃজনগা লোয়নরকলিবী মচানুপী ইলিজবেথ জৈন অসি হেনচার্ডকী মচানুপী ইলিজবেথ জৈন নত্তে, মসিদি হিহোনবা ন্যুসনগী মচানুপীনি। ব্রেডন প্রাইয়জতগী ন্যুসন্না সৃজন মমা মচাবু কনাডা হায়বা সমুদ্র ব্রাংমদা লৈবা লৈবাক্তু তান্না পুখি। মফম অদুদা সৃজন তাইবঙগী নুংঙাইবা অমদি মায়পাকপা হায়বদু অমত্তা য়াওদবমখৈ চহী কয়ামরুম মপুন্সি লেনবা তাখি। শেল থোক্লবা করিগুম্বা থবক অমত্তা ফংদ্রবা ন্যুসন ব্রানা পুন্সি লেনখিবদু অব্রাবগী মশক্লি। সৃজনগী মরায়বক থীবনা য়াম্না থুনা হেনচার্ডকী মচানুপী ইলিজবেথ জৈনসু তাইবঙ থাদোক্লুনা লাইরমলেন্দা তিনখ্রে। ইলিজবেথ জৈন শিরবা মতৃংদা সৃজন মচানুপী অমমুক পোকলে। হন্দক পোকলিবা অঙাং অসিসু হান্নগীদুগা চপ মান্নবা ইলিজবেথ জৈন হায়না মমিং থোল্লে। অব্রা-অনাগী পুন্সি লেল্লবা মতৃংদা মখোয় ইংলেণ্ডদা লাকলম্মী। মতম অসিদা ইলিজবেথ জৈন চহী ১২ রোম শুরগনি। মতম খরদি ইংলেণ্ডগী ফালমাউথতা হি হোনবগী থবক তৌরম্লগা ন্যুসন্না নিউ ফাউন্দলেণ্ড হায়বা লৈবাক্তুদা অতোপ্পা থবক অমা তৌননবা ইংলেণ্ড অমুক থাদোকখি।

নোংমা সৃজন্না মাগী মরূপ অমদা মানা ন্যুসনদা লৈবা, হেনচার্ডকা খাইনবা অমসুং ইলিজবেথ জৈন পোকপগী ব্রারী শারম্মী। পূকচেল শেংলবী চমজরবী সৃজননদি মাবু গিনি মঙাদা লয়রবনিনা ন্যুসনসি মহাক্কী অনীশুবা, চৎনবী অমসুং আইন্না য়ারবা মপুরোইবনি হায়না থাজরম্মী। অদুবু মরূপ অদুনদি ব্রাফম অদু য়াফম থোক্তবনি, নুপী লয়বা য়োনবগী থবক্তু লৌখৎপা য়াবা ব্রাফম নত্তে হায়না মত পীরম্মী। মাগী ব্রাফমসি তারুবদগী সৃজন্না

মাগী পুন্সিগী অশেংবা মশক অদু খওজখিরম্মী। হৌজিক্তি মাগী পুন্সিগী নুংঙাইবা শরুক অদু পুমলোই লোইরে। ন্যূসন্না হল্লকপদা মাগী নুপী সূজন্না মশাগী অশেংবা মশক খওলে হায়বদু ন্যূসনসু খওখ্রে। সূজননা করিগুম্বা খরা মপুক্লীংদা খল্লে হায়বা খওলবা ন্যূসন নিউ ফাউন্সেওদা অমুক চৎখ্রে। মতম খরা লৈরগা সমুদ্রদা মহাক শিখ্রে হায়বা য়াম্না শেংফাত্তবা পাউ অমা শন্দোরকখি। ন্যূসন হল্লকপা মরৈখিদ্রবা অদুদদি মহাক সমুদ্রদা শোয়দনা ঈরাক্ল দুনা শিরন্নগনি হায়বসি চপ চানা থাজখি। ন্যূসন শিবগী পাউ তাবদা সূজন অব্রাবগী ওমখৈ লৈখিদ্রে। লায়রবসু নোংমা নোংমগী হেনজিল্লকলে। ইলিজবেথ জৈনসু চহী ১৮ শুরক্লদুনা মপুং মরৈ ফারবী নুপী মচা অমা ওইরক্লে। অমরোমদা সূজনগী মশাসু নোংমা নোংমগী ফত্তবা হেনজিল্লকলি। মমাগী মশা ফত্তবদু উরগা ইলিজবেথ জৈনগী ব্রাবসু খম থেংলে। ফীবম অসি য়ৌরক্লবদা সূজন্না মাগী হান্নগী মপুরোইবা হেনচার্ডপু ইলিজবেথকীদমক য়েংদুনা থিগে খল্লকলে। মহাকপু থিবদা সূজন মনীং তন্নবীনি, য়েৎপিনীংঙাই কনাসু লৈত্রবনি। অদুবু হেনচার্ডকা মাগা লৈনবা মরী অদুদি ইলিজবেথতা শুকখও খওহন্নীংলমদে অদুগা ন্যূসনগা মহাক্কা মতৌ করম্না মরী লৈনখিবগে অমসুং মচানুপী ইলিজবেথ জৈন পোকপা অসি চৎনবী অমসুং আইন্না য়ারবা লৌখৎনীংঙাই ওইবা ব্রাফম নত্তে হায়বসিসু খওহননীংলমদে। মহাক্কী তূংগী পুন্সিগীদমক্তি থোইনা খৌশাখিদ্রে, মপা লৈজদ্রবী মরায়বক থীরবী মচানুপী অদুগীদমক হেনচার্ডপু থিবা অসি তওাই ফদবনি হায়না চপ য়ুংনা শনখি। মরম অসিদগী মহাক্লা হেনচার্ডপু থিখিবনি।

ফরমিটি য়োনবী নুপীনা তাকলকপগী মতূং ইন্না মমা মচাদু ষ্টরব্রিডজ তান্না চৎখি। মখোয়না সহর অদুদা য়ৌরকপদা হেনচার্ডকী পাউ খরা তাবা ফংখি। নুপা খরনা মফমদুদা লোফ (পাউরুটী) চীক চীক্তুনা চাবা উরুবদা মমা মচাসু পূক লাম্বা খরা ফনবা তল য়োনফম হংলকপদা নুপী অমনা মতমদুদা কাষ্টবব্রিডজ সহরদা অফবা তল ফংদে, অপুন্বা গেহ্ ওাক্তা ফংবদগী অফবা তল ফংদবনি হায়রক্লবদা মখোয়না বিস্কুইট খরা চাক্লেনগী মহুৎ ওইনা চাখি। মদুদগী মখোয়না ঈশৈ নোংমাই চৎথরিবা মৈ ওান্না থাল্লবা দলান অমগী মনাক য়ৌনবা চৎখি।



**সূজন** মমা মচানা কাষ্টরব্রিডজগী অচৌবা হোটেল কিংস আর্মস হায়বা ফমদুদা থুংলবা মতমদদি নুমিদাং ওইরে। মখোয়না থুংলবা মতমদা হোটেলগী বিল্ডিং অদু মৈ নিংথীনা ঙাল্লম্মী। হোটেল অদুগী মনুংথংবা কা অমদা (প্রজা) মীয়ামগী ওইবা চাক্লেন (উসব) অমা তৌরম্মী অদুগা মেয়র ওইরিবা হেনচার্ডনা সভাপতি ওইদুনা মীফম অমসু চখরম্মী। করি তৌরিবগে হায়বদু খঙনীংবদগী মশা শোল্লবী চোকথরবী সূজন্না মচানুপীবু সিড়ি কাখৎতুনা য়েংলুনবা হায়খি অদুগা মহাক্না সিড়ি মখোঙদা ফমদুনা লৈহৌই। 'ঙসি অহীংসিদি করি তৌরিবগে' হায়না অহল অমদা ইলিজবেথ জৈননা হংলকপদা অহলদুনা নুমিত্তুদা তৌরিবা থবক্কুগী মরম শেংনা হায়রম্মী অদুগা মেয়র ওইরিবা হেনচার্ডকী ব্রাফমসু পল্লকখী। ইলিজবেথ জৈননা অহলদুগা ব্রারী শান্নবদা "মেয়র ওইরিবা মিঃ হেনচার্ড" হায়বা ব্রাঙাঙ তাবদা ফমদুনা লৈরম্বী সূজননা ফুক হৌগৎলক্তুনা মচানুপীগী নাক তান্না সিড়ি কাখৎলক্তুনা করিগুম্বা খরদং খঙনবা হোৎনখি। অসুম্না সোলোমোন লোংবৈজ হায়বা অহল অমনা তাকপিবদগী হেনচার্ডকী মরমদসু খরা খঙবা ঙমখি। হাংদোকলিবা থোঙনাওদুদা সূজননা য়েংখিবদদি চহী ৪০ রোম শুরবা সভাপতিগী আসন্দা ফমলিবা নুপা অদু হেনচার্ডনি হায়বসি তশেং তশেংনা খঙখি। মী খূদিংমক্না রম-নচিংবা ময়াইকাবা পোৎ থক্লরম্মী, অদুবু হেনচার্ডতি রমগী মহুত্তা ঈশিং ওইনা থক্তুনা লৈবা উরম্মী। ঙসি মানা রমগী মহুত্তা ঈশিং থক্লিবা অসি চহী কয়ামকমগী মমাঙদা য়ু থক্লরোই হায়না ব্রাশকখিবনা মশাগী চহী ২১ রোম শুরকপা অদুব্রাইদনি। মহাক হৌজিক নুপী লৈত্রবা নুপানি। ইচম চম্বা, নীংবা কায়রবা মীতা অমা ওইনা কাষ্টরব্রিডজদা লাকপা হেনচার্ড ঙসিদি পূকচেলশেংবা অমদি নোম্বা কনবনা মরম ওইদুনা কাষ্টরব্রিডজগী মেয়র ওইরিবনি।

চাবা থকপগী থবক লোইরবা মতুংদা ভাষন পীবগী থবক হৌরম্মী। হেনচার্ডনা করিগুম্বা খরা হায়রকপদা মী অয়াম্বনা মখোয়দা পীরিবা তল অদু ফত্তবা মখলগীনি হায়রম্মী। তল ফত্তে হায়বা হেনচার্ড মশামকশু য়াখি। অদুগা মহাক্না মাগী তৌরিবা থবক অদু মা মতোমতনা য়েংশিনবদা চাউমনবনা মহয় মরোংগী থবক্তা য়েংশিন্নবা মতীক চাবা মী অমা মেনেজর ওইনা হাপকনি হায়না লাউথোকখ্রবনি হায়নসু ময়ামদা হায়খি।

# ৬

**হোটেল** মনুংদা মহয় মরোংগী মতাঙদা বা খন্নরিঙৈদা মপান্দা অনৌবা মী খরসু থোমজিন্নরকুনা লৈরম্মী। মখোয়গী মরক্তুদা খরনা দুকান্দারনি অদুগা খরনা মখোয়গী মতেঙ পাংবনি। থোমজিন্নরক্লিবা মীয়ামদুগী মনুংদা খরদি হুন্থবা কাঙলুপকী মীওইনি। মীয়াম মরক্তগী মশক মতৌ চঙখোন্নবা মীতোপ ওইনা উবা, নহা পাখঙ অমনা হেনচার্ডকী হায়খিবা অরোইবা বাহৈশিংদু তাবদা মোমোন নোক্তুনা মাগী পোকেট বুক লৌথোক্লগা করিগুম্বা বাহৈ খরা হৈরম্মী। হৈরিবা চেনা অদু শেতংলগা হোটেলগী সেবারীদা "মসি মেয়রদা খুদক্তা পীয়ু" হায়না শিনরম্মী। তৌরিবা থবক অদু ইলিজবেথ জৈন্না মুন্না য়েংলম্মী। নহা অদুনা হোটেল সেবারী অদুদা শেল ময়ায় ওইরপ চঙগদবা অরুবা হোটেল অমত্তংগা ফংগদ্রা হঙলকপদা সেবারী অদুনা "থ্রি মেরিনর্স" হায়বা মফম অদুগী মনাকমক্তদা লৈবা হোটেল অদুগী মমিং হায়খি। স্কোটলেণ্ডগী লাকপা নহা অদুনা মাবু থাগৎলন্নগা থ্রি মেরিনর্সকী মায়কৈরোমদা চৎখি। ইলিজবেথ জৈন্না হৈনীংবা অমা য়াওনা মেয়রদা পীশিনখিবা চে অদু শঙদুনা য়েংখি। মেয়রনা মঙোন্দা পীবা চেদু হাংদোক্তুনা পারগা হোটেল সেবারী অদুদা চিঠি পীরকপা মীশক্তু কদায়দা লৈখ্রবগে হংবদা থ্রি মেরিনর্সতা চৎলম্বা য়াই হায়রক্লবদা হেনচার্ডসু মফম অদুদা চত্তুনা চিঠি পীরম্বা নুপাদু উন্নগে খনখি। শকখঙদবা নহা অদুনা হৈরকপা বারোনদি হৌজিক ফংলিবা গেহ্গী মহুত্তা অফবা গেহ্ ফংনবা লম্বীদু মহাক খঙই হায়বসীনি। চিঠিগী বারোলদু পাবদা মেয়র থোইদোক্লা হরাওখি।

পুং মাপন্নোম তারকপদা ইলিজবেথনা "ইমা অহীং অসি থেংজিন্নক্লে, করি তৌসি হায়বগে" হায়রক্লবদা "ঐখোয় তুম্নবা মফম অমা ফংনবা হোৎনসি" হায়না মুরুম মুরুম শোনখি। 'ঐনা মিঃ হেনচার্ড উরে, ঐনা তৌগে হায়না খঞ্জবসু মসিমক্লি" হায়না মখা তানা হায়রকপদা ইলিজবেথ জৈননা "ঙসি অহীংগীদমক্তী পীগদবা মমল অমা হেক্তা য়ারে, মাগী মরমদা করিনা খ্বাইদগী হেন্না ফগদগে হায়বদু হয়েং খন্নরসী, বাফমদি হৌজিক্কীসিনি, নৎত্রনে? করম্না ঐখোয়গী লৈফম ফংগনি" হায়খি। মমানা পাউখুম পীদ্রবদা ইলিজবেথ জৈন্না হোটেল সেবারী অদুনা থ্রি মেরিনর্স হায়বা মীথুংফম অদুদি মমল য়াইমরপ ওইনা তৌই হায়বা বাফমদু মমাদা তমখি। নহা ওইরিবা নুপা অদুনা চৎখিবা মফম অদুদা মখোয়সু চৎসি হায়দুনা থ্রি মেরিনর্স ইনদা লৈগে খন্নদুনা মফমদু তানা চৎখি।

# ৭

**ইলিজবেথ** জৈন সূজনগা লোয়ননা থ্রি মেরিনর্সতা থুংলরে। মফম অদুদা মখোয়না থুংলখিবসি হেনচার্ডনা য়ৌরক্কদবা মিনিট ২০ লোম ৱাৎলিঙেদনি। মখোয়গী শেল মরৈতা অদুদা মফমদুদা ময়ুমদৌনা লৈগদবদু মমল য়াম্না ৱাংলমগদ্রা হায়না খন্নরম্মী। মমৈথঙদা মখোয়না হোটেলদুগী মপু মিস্টর ষ্টেনিজগা উন্নদুনা মফম অদুদা মতম খরা লৈবা হায়বা ৱাফমদু য়ান্নরে। ইলিজবেথ জৈনদি লৌশিং লৈবী নুপীমচানি। মীগীবু ফগনিবু হায়রবদি মশাগী কান্নবা থোইনা য়েংদবীনি। অয়াম্বা মতমদা মীগী মতেঙ পাংদুনা লৈরকপনি। হোটেলদুগী মবেম্মা মিসিজ ষ্টেলিজনা মাগী থবক্তা য়াম্না পেনবিরম্মী। মমা মচানা হোটেলগী থবক্তা মতেঙ পাংদুনা মফমদুদা লৈবা য়ানখি। সূজন মমা মচাদা পীরিবা কা মচাদুগা ষ্কোটলেণ্ড মচা অদুদা পীরিবা কাদুগা  য়াম্না নক্লরম্মী। মিসিজ ষ্টেলিজনা ইলিজবেথ জৈনবু ষ্কোটলেণ্ড মচা অদুগী কাদুদা নুমিদাংগী চারা পীরুনবা থারম্মী। ইলিজবেথ জৈন মপুং-মরৈ ফারবী নুপীমচা অমনি। মহৌশা লাইরেম্বীগী মখূৎমক্তা য়াম্না চেকশিন্না শেন্নবী নুপীমচানি। লৈত-লায়রবনা মরম ওইদুনা মাগী ফিজেৎ লৈতেংদা নিংথীহনবা ঙমদ্রবসু শক্তা চুদদি লায়রবগী শরুক য়ৌবা ঙমদবনি। নীংবা থুংদবগী অৱা মৈচাক্লা মায়হিং কাগে তৌরবসু যৌবনগী ইনখৎলকপা ফজবা নিংথীবনা জয় তৌরিবীনি। লাইরবা হিরোয়গী মচা ওইরবসু লৌশিং শিংবী, চৎনবী মশক খঙলবী, পুক্নিগী লানফম কয়া থেংনজরবী, তৌবিমল খঙলবী, মীনুংশি চাউরবী নুপীমচানি। মহাক্কী থোইদোকপা মগুণ কয়া শিংথারুদ্রবসু মাবু হেক উরুবা মী খ্বাইগী থম্মোয়বু ইরাই লায়না মাগী চুং ফিরান চানা নিংথীবা শাবান অসিনা শুপ্নাংলি হায়বা অসিনা লোইরসি। অদুগা ষ্কোটলেণ্ড মচা ডোনেল্ড ফারফ্রেদি কদায়? পোক্লফমনা ষ্কোটলেণ্ড ওইজরবসু ইংলিশকী চৎনরোল মশক নিংথীনা খঙলবনি। ইনখৎলকপগী নিংথীবা শরুক্লা মায়থোঙদা লৈতেংলবা ফারফ্রে

মফম মতম মশক খঙনা চৎলি, নুংঙাইবদা কাহেন্না নুংঙাইথোক্তে অদুগা ৱারবা মতমদসু অদুক হাক্লা ৱাবা মীতা নত্তে। মাগী মায়থোঙদা পোকপদগী য়াওরকপা শুম্বাৎয়াইগী গুণ অমা য়াওরি। মদুনরা খঙদে মাবু হেক উরুবা নুজা ওইবী কয়াগী থম্মোয়দা নুংঙোম্দবা য়াওদে। ইলিজবেথনা মাগী কাদা চঙলকপা মতমদা পাউজেল চে অমা পাদুনা লৈরম্মী। কনাগুম্বা মীওই অমা চঙক্লে হায়বা খঙদবনা ফারফ্রে হন্না য়েংথোরকপা তৌখিদে। অদুগুম্বা তাঞ্জা অদুদা ইলিজবেথনা মাগী পাক্লবা মকা লাম্লবা মায়থোঙ অদু মপূং ফনা য়েংজবা অমদি উজবা ইরায় লায়না ফংখি। তপ্না তপ্না চঙলক্নুনা ফারফ্রেগী মমাঙদা ট্রেদু থল্লগা নুমিদাংগী চারা অদু শেম শাদুনা থনম্লগা করিগুম্বা ৱাহৈ অমা ফাওবা হায়রমদনা মপান অদুম থোরক্লে। ফারফ্রেদি করি অমত্তা খঙহৌদনা লৈহৌরে।

অমরোমদা ঙসি কাষ্টরব্রিডজগী মেয়র হেনচার্ড মফম অসিদা লাক্লিবা অসিসু ফারফ্রেবু উন্ননীংদুনা লাকপনি। অদুবু মঙোম্দা পীরম্বা চিঠি অদুদি মমিং থারক্তবা মরমনা কনানা পীরকপনো খঙবা ঙমখিদে। জোম্বা জোপ হায়বা নুপা অমসু মহয়-মরোংগী মেনেজর ওইজগে হায়না হেনচার্ডতা হান্না দরখাষ্ট থারকখ্রবনি। হোটেল অদুদা লৈরমগদৌরিবা মীশক অদু জোপ হায়বা (মীশক) নুপাদু ওইরমগদ্রা হায়না মেয়রনা চিংনরম্মী। অদুবু মানা খল্লম্বা মীশক অদু ওন্নরমলে। ফারফ্রেগা মাগা শান্নবা য়াবা ৱারী শান্নরে। মানা তৌবা ঙমদবা থবক কয়ামরুম ঙমগনি হায়না ফারফ্রেনা মথং মৃথং হায়রকপদা হেনচার্ডনা মাবু মহয়-মরোংগী অশীন অরাং তৌবীনবা য়াম্না কন্না হায়জখি। অদুবু ফারফ্রেনদি মহাক বৃস্টোনদা চৎকদৌবা থবক অমা লৈ হায়না খুমখি। অদুগা মঙোম্দা নুংশিবীবা অমসুং থাজবীবা অদুগী তৌবিমল খঙবা উৎপা ওইনা ফারফ্রেনা য়ু গ্লাস অমা লানশিনবদা হেনচার্ডনা মা য়ু থকখিরোই হায়না ৱাশকখিবা থৌদোক অদুগী মতাঙদা পনখি। ৱারী খরা শান্নরবা তুংদা মেয়রনা মফমদু থাদোক্নুনা চৎখিরম্মী।

৮

**হেনচার্ড** ফারফ্রেদগী বিদায় লৌরে। ইলিজবেথ মমা মচাসু নুমিদাংগী চারা অদুগী থাখল খন্দুনা লৈহৌরে। হেনচার্ডনা মমাঙগৈ, মানা তৌখিবা থবক্তুগী থাশকখিবা অদুগী থাফম সৃজননা খল্লুবদা ইথা থাজদনা মাগী মায়থোঙ মকা লামখি। অসুম্না নুমিদাংগী চারা চাবা থকপা লোইরে। ইলিজবেথ জৈন মখাগী কাদা কুমথরম্মী। গ্রাউন্দ ফ্লোরদা মী কাওবু অমা লাক্নুনা তিল্লরে। লাক্লিবা অতিথীশিং অদুগী মরক্তা থ্রোটলেগু মচা ডোনেল্ড ফারফ্রেসু লেঙলক্নুনা তিল্লরিবা অদুদা য়াওরম্মী। ফারফ্রেদি মীগী থম্মোয়বু শুদ্ধাৎপা ঈশৈ শকপা ঙম্মী। ললোনবদা হৈ-শিংবতা নত্তনা মহাক অফবা ঈশৈগী কলাকার অমসুনি। নুমিৎ অদুদা কনাগুম্বা খরনা হায়জবদগী ফারফ্রেনা মীগী থম্মোয় ইরাং হৌহনবা ঙম্বা ঈশৈ কয়া শকখি। ইলিজবেথ জৈন্দি অঙাং ওইরিঙৈদগী হৌনা ঈশৈ পামজবী ওইনা হৌরকই। কনাগুম্বনা শকলকপা ঈশৈদু নুংবু নুংঙাইরবসু নুংবু নুংঙাইত্রবসু তাদনা খক তোকপা তৌদে। অদুক্কী মতীক তারগা অদুক্কী মতীক মাগী থম্মোয়দা নুংঙাইজে অমসুং পেঞ্জে। ঙসি ফারফ্রেনা শক্লিবা ঈশৈ অসিদি থোইদোক্না থম্মোয় শোক্লবগী মশকনি। মসিগা মান্নবা ঈশৈ মহাক মপুন্সিদা অমুক্তা তাখিদ্রি। ঈশৈদু নুংঙাইমনখিবনা তিল্লিবা মীয়াম অপূম্বা থা ঙাঙনখিদ্রে, মমীৎ কুপ্পখিদ্রে, লেঙ-খোৎপা তৌখিদ্রে অমুক হন্না ময়াদা অচাপোৎ হুক্লখিদ্রে। মীয়াম্না অসুম তৌনরবসিদা ইলিজবেথতি করি হংঙুরনি, মাগী থম্মোয় ফারফ্রেগী ঈশৈনা খুদুম চনখ্রে।

ইয়ূম্নি ইয়ূম্নি, ঐনা পামজরবা য়ূম্নি,
হে য়ুম, য়ুম,ঐগী ইরৈবাক্কী য়ুম!
মরূপ মপীজাগা লোয়ননা ঐনা
অন্নান তুরেল লাম্বোকপদা তত্তনা
মীৎ অমনা কপলি থানা
ফজরবা মায়থোঙ অম্না হয়াওরি;

লৈখোক্তা লৈরাং শাৎপদা
উশাদা উনা পানবদা
হেন্না শক্তনি ঈশৈ ঐঙোব্দা,
ঐগী ইরৈবাক্কী য়ুমগী"

('ওপন্নিং স্টেঞ্জা ওব এ ফাইন ওল্ড জ্যাকেবিট সোং, ওক্সফোর্ড বুক ওব ভর্স : ন:৫১০)

হায়বা ৱাহৈশিং অসিগা লোয়ননা ঈশৈ শকলকপদা শক্লিবা মশামকসু পুক্লীং মথুম মরাং হৌখি অদুগা মাগী মীৎতা পিরাং শিন্থুখি হায়বসি ইলিজবেথনা খঙখি। ৱা-ৱা লাউনা থাগৎনরকপা খোঞ্জেলনা কা অদু পূমনীল নীলখি। মতুংদা মীয়াম্না নুপীগী ওইবা ঈশৈ অমা শকপিয়ু হায়জবদগী ফারফ্রেনা শকলকপদদি থ্রি মেনিনর্স ইনগী মী অপূম্বা লোইনা পূমশুম শুক্নাংখ্রে। নহানমখৈ ফারফ্রে অসি মতম খরদংগী ওইনা কাষ্টরব্রিডজদা লৈরকপনি। হয়েংমক ব্রিস্টোনদা চৎলগদবনি খল্লুবদা তিল্লিবা মীয়াম পূম্বা য়াম্না নুংঙায়রমদে। খঙনবতা ঙাইরিবী ইলিজবেথতি ফারফ্রে চৎখিগদৌরে খনবদা মরন্নাই ওইনা অমুক্তা হেন্না ৱাখ্রে। মানা থম্মোয়নুংদা ৱারিবা অসিগুম্না ফারফ্রে মশামকসু মাগীদমক ৱাবিরমলবদি ওহ্নোক্লা নুংঙাইজগনি হায়না মতোমতা খঞ্জখি।

মতম ঙনজরবসু ৱারে পোত্থাজরগে হায়না ফারফ্রেনা হায়জরকপা তাবদা হোটেল অদুগী মবেম্মা অদুনা ইলিজবেথতা মথক থংবা কাদা কাখৎতুনা ফারফ্রেগী ফমুং শেম্নবা ইঙ্গীৎ তৌখি। ইলিজবেথনা থুনা য়াংনা মোমবতি অমা পায়রদুনা মবেম্যাগী য়াথং অদু মিকুপ খরদংগী মনুংদা শিন্থা পূম্নমক পাঙথোকখি। মথুৎতা মোমবতি অদু পায়রদুনা সিডিদা কুমখরকপদা সিড়ি মখোঙ য়ৌফাৎত্রিঙৈদা ডোনেল্ড ফরফ্রেসু কাখৎলকলে। মখোয় অনী মায়োক্লনা মীৎকা মীৎকা অহানবদদি মীৎচানরম্মী, অদুবু মতম চপ মান্নলা লুকথমিন্নখি, ফারফ্রেনা থৈদোক্লগা মোমোন নোকলম্লগা মথক্তা অদুম কাখৎখ্রে। ইলিজবেথ জৈনসু ইকাই নুংশি য়ান্নলা কুমথরক্লে। মখোয় অনী থম্মোয় লাম্থোক্লবগী মওঙদা লৈবগুম লৈরে। কবম থোক্লগবা খঙবা ঙমদ্রে। ইলিজবেথনা মমাগা ঙাইহাক ৱারী শান্নখি। মতম অসিদা ফাবফ্রেগী ৱাখলদা লাক্লিবা হেনচার্ড মফম অদুদগী পংলাপ লাপতনা লৈরম্মী। মহাক্লা হায় ষ্ট্রিটতা হঙ্গৎ-হন্দা চৎলম্মী। ফারফ্রেনা ঈশৈ শকপা মতমদা মহাক মপান্দগী ঈশৈ অদু তাবা ফংখি

# ৯

**নোংঙাল্লগা** অয়ুক্তা ইলিজবেথ-জৈন্না কজ্জা পানবা থোঙনাও অদু হাংদোক্কুনা য়েংথোকখিবদা মপান্দা হেনচার্ড চৎতুনা লৈবা উরম্মী। হেনচার্ডনা ফারফ্রেগী মনাক্তা চঙশিল্লক্কুনা মহাক থুনমক চৎলগদ্রা হংখি। হোয় চৎলগদবনি হায়না খুল্লগা খূৎতা খাউ অমা পায়রদুনা ফারফ্রেনা হেনচার্ডকা থোকমিন্নখি। হেনচার্ডনা ফারফ্রেদা মেনেজর ওইরো মাগা লৈমিন্নরসি হায়না তকশিনখি। স্কোটলেণ্ড মচা ডোনেল্ড ফারফ্রেনা মঙোন দা খুদোংচাবা পীবিরিবা অসি নোংদম্বগী নোংদমখোন্নি, নোংদম্বা মানা তম্বীরকপা লাইবক্কী মহয় অদুগী মায়য়োক্তা থক চৎলোই হায়রকপদা মাইকল হেনচার্ড হরাওবা অমদি পেঞ্জবনা মায়থোঙ মকা লামখি। মহাক্না ফারফ্রেবু মাগী য়ুমদা ব্রেকফাস্ট (অয়ুক্কী চারা) চামিন্নসি অদুগা করিগুম্বা হায়রিবা থবকসিদা অপাম্বা লৈরবদি তৌগদৌরিবা থবক্কী মতাংদা চে-চাঙ ইনরসি হায়জখি। হেনচার্ডকী য়ুমদা লাক্কুনা খন্নবা য়াবা কয়া খন্নরবা মতুংদা মতীকচাবা লৈফম ফংদ্রিবা ফাওবদি হেনচার্ডকীদা লৈবা হায়বা ফাওবা য়ানখি। মহাক্কী মপোৎ মচৈগী মতাঙদা ব্রিস্টোল্দা চিঠি থাদুনা খঙহনখ্রে। মসিগী মথংদা হেনচার্ডনা ফারফ্রেবু য়ুমগী অকোয়বদা পুথোক্কুনা মহয়-মরোংগী পূক্কৈ, অতৈ অতোপ্পা পোৎচৈ থম্ফমনচিংবা মফম কয়া উহল্লম্মী। অদুগী মতুংদা য়াম্না থুনা মখোয় অনী হেনচার্ডকী ওফিস্তা চঙদুনা মখোয়না তৌগদবা থবক্কী মরমদা খন্না নৈনখি।

অসোমদা ইলিজবেথ মমা মচাসু তাঞ্জাসিদা হেনচার্ড অমসুং ফারফ্রেগী মরমদা খন্ন-নৈনখি। সূজন্না পাউখোন ওইনা মচানুপী অদুবু হিহোনবগী লোয়নবী লুখ্রাবী, হেনচার্ডকা মরী থোক্লবী নুপী অমনা মাবু উন্ননীংদুনা ঙাইদুনা লৈরে হায়বা পাউ তমলুনবা হেনচার্ডকী মনাক্তা থারম্মী। অদুগা করিগুম্বা হিহোনবগী লোয়নবী অদুবু মশক খঙলবদি হায়রিবী নুপী অসিগা কদায়দা, করম্বা মতমদা, করম্না উনসিগে খঙহনবিরকউ হায়না চিঠি ইবিরক্ল বসু হায়জখি। অদুগা করিগুম্বা মশক খঙদে, মরী মতা থোক্লদে হায়বা ওইরগনা সহর অসি থাদোক্কুনা থুনমক চৎলগনি হায়বসু খঙহনখি। ইলিজবেথনা হেনচার্ডকী ওফিসতা

থুংলবা মতমদদি হেনচার্ডনা মপান থোকপিবা মরমনা মফ্রেদমক লৈবম্মী। মফম অদুদা ফাবক্রে লৈবম্বা উবদা ইলিজবেথ পূমণ্ডক ঙকখি। ফাবক্রেন্না চৌকী পুন্থোক্তুনা মদুদা ফম্মু অদুগা ঙাইহাক ঙাইখো হায়খি। অসি হায়বম্লগা ফাবক্রে মাগী মখৌদা অমুক পূক্লীং চিংশিনখি। অদুগা ইলিজবেথনা কোয়না হেনচার্ডকা উনখি।



# ১০

ইলিজবেথনা হেনচার্ডকী ওফিসতা হেনচার্ডকা উনারিঙেদা যাম্না নুংঙাইহন্রবা থৌদোক অমা থোকখি। হেনচার্ডনা থোকপিবা এড্ভরটিজমেন্ট অমগী মতুংইন্না জোম্বা জোপ হায়বা নুপা অমা থুংলকে। মহয-মরোংগী মেনেজর অদু মঙোন্দা হাপকনি হায়না হেনচার্ডনা রাশকথবনি হায়না মহাক্তা হায়খি। অদুবু হেনচার্ডনাদি হায়বিবা জোম্বা জোপ অদু থেংনা লাকপা মবন্না অনৌবা মেনেজর অমা হাপতোকখ্রে, অনৌবা হাপলিবা অসি অহানবদাদি নহাক ওইবমগদ্রা! খল্লুবানি অদুবু ওইরমদ্রে. থবক্কী তঙাইফদবা মতাঙ লাক্লবদা ঙাইবা যাদদুনা অনৌবা অমা হাপ্লবনি হায়খি। নুপা অদুনা মপান থোরকপদা মাগী মায়থোঙদা যাম্না নীংবা কায়বা অমসুং শাউনীংবগী মমি তাগিবা অদু ইলিজবেথ-জৈন্না ময়েক শেংনা উখি।

জোম্বা জোপনা মপান থোকখ্রবা মতুংদা ইলিজবেথ-জৈনগা হেনচার্ডকা উনখি। হেনচার্ডনা ইলিজবেথতা মুন্না যেংলগা হায়রকই ঃ-

- হৌজিক কবি তৌস হায়বা, কবিনো, ঐগী নুংশিজরবী নুপী মচা।
- ঐ রা থরা হান্নজবা য়াগদ্রা? থবক ইনথাংগী নচচদে
  ইলিজবেথনা হায়রকই।
- হোয য়ানি হায়না ঐনা খল্লি।
  মুন্না য়েংলগা রাখল তৌনা হায়রকই।
- লুহোঙ খোংদোংবা অমদগী নহাক্কা মরী লৈনবী, অরাপ্পদা লৈবী,

হিহোনবা অমগী লুখ্রাবী সূজন ন্যসন কৌবী অমা সহর অসিদা হৌজিক লৈরি, নহাক মাগা উননীংবা লৈব্রা হংঙুচো হায়দুনা ঐবু ননাক্তা থারকপনি

হায়না ইলিজবেথনা লৌথুপ লৌকোই লৈতনা হায়রকখি।

- ও! সূজন-হৌজিক ফাওবা হিংলিবা?

ব্বারপনা হংলম্মী।

- হোয় মহাশয় ইলিজবেথনা খুমখি।
- নহাক মাগী মচারা? মখা তানা হংখি।
- হোয় মহাশয়- অমতা ঙাইজরবী মচানুপীনি হায়না খুমখি।
- নহাক করি মিং কৌই- খৃস্টানগী মিংনা করি অমুকসু হংই
- ইলিজবেথ-জৈন কৌই।
- ন্যসন হায়বা নৎত্রা?
- ইলিজবেথ-জৈন ন্যসন কৌজে।

অসুম্না ইলিজবেথকা ব্বারী শাবদগী হেনচার্ডনা সূজনগী মশা ফক্লে, ন্যসন শিখ্রে, সূজননা থ্রি মেরিনসতা লৈরে হায়বা পুম্নমক খঙখি। ইলিজবেথনা শেৎলি ইল্লিবা ফিরোন অদুনসু মখোয়গী ফীবম ফৎত্রে হায়বদুসু খঙখি"। পুম্নমকসি খঙদ্রিঙৈদা হেনচার্ডনা ইলিজবেথপু "ঐ নঙগী পাউ তাবদা য়াম্না নুংঙাইরে" হায়দুনা "মনূংদা চঙঙসি" হায়দুনা চাক চাফম কারোমদা পুশিন্দুনা "ফম্মু-ইলিজবেথ-জৈন ফম্মু" হায়না খোঞ্জেন নীক্লা হায়খি। মহাক মশামকসু ফমথগ্রে, খুকউ কারক্তা মখূৎ থন্নগা "অদুদি নমাদি নুংঙাইরিদনা?"

- মহাক মশা পূংহীক হীকথরে-চৎমনবদগী
- হিহোনবগী লুখ্রাবী...। করম্বা মতমদা মহাক শিখি?
- পাবুংদো হাকুমগী বসন্ত ঋতুদা লৈখিদ্রে।

অসুম্না "পাবুং" হায়রকপদা হেনচার্ডতো *চিং* লাউবা অমা ফাওবগুম তৌখি।

- নহাক্কা নমাগদি মীরৈবাকতগী- আমেরিকাদগী নৎত্রগা আস্ট্রেলিয়াদগী লাকপরা, হেনচার্ডনা হংখি।

- নত্তে, ঐখোয় চহী খরা ইংলেণ্ডদা লৈরম্মী, ঐখোয়না কানাডাদগী লাকপদা ঐহাক চহী ১২ শুরে।

- ও! অশেংনমকনি

অসুম্না ব্রারী শাবদগী মাগী নুপী অমসুং অঙাং অদু মোংফমদা লৈরোন চল্লম্লগনী খল্লম্বা অদুদগী ওইথোক্তবা মওংদা ওইরকলিবা অসিদা খঙফম থোকপা কয়া হেনচার্ডনা খঙবা ঙমখি। মখা তানা হংখি ঃ

- অদুগা হৌজিক্তি কদায়দা নমাদু লৈরি?

- থ্রি মেরিনর্সতা

- অদুগা নহাক অসি মাগী মচানুপী ইলিজবেথ-জৈন্দুনি

হায়না অমুক হন্না হায়রগা ফমফমদগী হৌগৎলগা ইলিজবেথকী মনাক্ত চঙশিন্দুনা মাগী মায়থোঙদা মুন্না য়েংখি। পিরাংনা থুমহৎলবা মমিৎ অদু নাকল অমরোমদা ওনথোক্লগা "নহাক ঐঙোন্দগী চিঠি অমা লৌরগা নহাক্কী ইমাদা পীগদবনি"। ঐ মাবু উনবা পাম্মী। মাবু মাগী লৈখিদ্রবা মপুরোইবা অদুনা নিংথীনা থগ্বীরমদ্রে, হায়রম্লগা টেবল মনাক্তা ফমথরগা করিগুম্বা ব্রাহৈ খরদং ইখি। মতু তারকপদা মহাক্কী পোকেট-বুক্তগী পাউণ্ড মঙা চৎপী চেগী নোট অমগা শিলিং মঙা চৎপী নোট অমগা লৌথোক্লগা মানা ইবা চিঠিদুগা পুন্না চিঠি খাউ অমদা হাপ্লগা য়াম্না চেকশিন্না চাজুম নমখি। চিঠিখাউ অদুগী মনমদা *টু মিসিজ ন্যুসন, থ্রি মেরিনস ইনস* হায়না ইরগা চিঠি অদু ইলিজবেথতা মহাক্কী মমাদা পীয়ু হায়না শিন্নবে। "নুংঙাইরে, এলিজবেথ-জৈন ঐ নহাকপু মফমশিদা উনবদা হরাওরে-য়াম্না হরাওরে। পুন্না ঐখোয় ঙাঙনগদবা ব্রা য়াম্না লৈরি-অদুবু হৌজিকমক্তি নত্তে" হায়দুনা কায়নরমদাইদা ইলিজবেথকী মখুৎ অসুক্কী মতীক নুংশিনা পায়বীখি। অসুম্না অসুক্কী মতীক লুনা তৌবিরকপা অসিদা ইলিজবেথসু অসুক্কী মতীক নুংঙাইজখিবনা মীৎলুদা পিরাং শিন্থখি। হেনচার্ড, ঙসি নুংঙাইবগী ঙমখৈ লৈখিদ্রে। ইলিজবেথ চৎথ্রবা মতুংদা মহাক্না চোংখৎলদুনা ঙকপনা খমথেংনা লাউদুনা হায়খি *"ঈশ্বর সাক্ষি* ঐনা মদুগীদমক খল্লুদে, সুজনগা অঙাংদুগা শিখ্রে হায়বদু থোক তৌবা ঙাক্তা ওইরমলে। *কদৌঙৈদসু নোং তাবা নত্তে, চাইথরকপনি"* হায়না হেনচার্ডনা হায়খি। অনৌবা ঝোটলেণ্ড ফাহনখি। অদুগা অমরোমদনা ইলিজবেথনা চিঠি অদু মমাদা পীবদা খুদক্তা চিঠি পাবগী মহৎতা হেনচার্ডনা করি করি হায়রকই, করম তৌহৌবগে, করম্বা মওংদা মচাবু ওকলম্বগে হায়বদু হান্না হংখি। মতুংদা চিঠি অদু ফাক্তোক্নুনা য়েংবদা অসুম্না ইরম্মী ঃ

*নহাক্না ঙমগদবা লৈরবদি ঙসি নুমিদাং য়াইরম পুং ৮ তাবদা বদমাউথ রোডতা লৈবা রিংদা ঐগা উনসি। মফম অদু লায়না ফংবা ঙমগনি। হৌজিক ঐ মখা তানা য়া হায়বা ঙমদ্রে। পাউ তাবদা ঐহাক পুক্নীং পুমলাও লাওলে। নুপীমচা অদুদি করি খওদবা ওইনা উই। ঐনা নহাকপু উনদ্রিঙৈ ফাওবদি মহাকপু অসুম্না অদুম থম্মু।*

মাইকল হেনচাদ।

হেনচার্ডনা গিনি মঙা হাপচিনখিবা অদুগী য়াফমদি করিসু পল্লকখিদে। শেলফম অদুদী য়াম্না মরু ওইবনি। য়াম্না হৈশিংনা মাবু অমুক লয়রবনি (হন্দোক্লবনি) হায়না হায়রকপা ওইরমবা য়াই। সূজন্না পোখাফম খওদনা নুমিৎ তারকপা ঙাইখি। মহাক্না হেনচার্ডকা উনগনি, মতোমতা চৎকনি হায়না ইলিজবেথতা হায়খি।

# ১১

**হায়নখিবা** মতুং ইন্না সূজন অমসুং হেনচার্ড রিংদা উনখি। বৈডন প্রাইয়রজদা থাকখিবা থৌদোক্তা শানা চংকদবা শাজং পুন্বদু অমুক্তা ঙাকপিয়ু হায়না হেনচার্ডনা সূজনগী মফমদা হায়জখি। য়ুগী ময়াইদগী মাগী নুপীবু য়োনখোকপনি খওবদগী চহী ২১ য়ু থকলোই হায়না য়াশকখিবা, মফম খুদিংদা অঙস্না উপায় য়েংদুনা সূজন মমা মচাবু থিখিবা, সমুদ্র য়াংমদা চংশ্রে হায়বা পাউ তাবদগী কান্নরোয় খন্দুনা থিবা তোকপা, অসিনচিংবা কয়া হেনচার্ডনা সূজনগী মফমদা পাউদমখি। সূজননসু, ন্যুসন হিংলিবমখৈ অমুক হন্না হেনচার্ডকী মনাক্তা লাক্লবা উপায় লৈখিদবা, ন্যুসন লৈখিদবা, মচানুপী চাউশিল্লকপা অমদি মাগীদমক চেকশিনবা মতাঙ য়ৌরকপা পুন্নমক হেনচার্ডকী মফমদা পাউদমখি। অসুম্না য়ারী শান্নরবা মতুংদা হেনচার্ডনা সূজনবু ন্যুসন্না লৌরস্না লুখ্রা অমা ওইনা য়ুম অমদা লৈয়ু অদুগী ভাড়া মানা পুগনি, মহাকপু তত্তনা উনবা লাক্কনি মদুদা মীয়াম্না । হেনচার্ডকা সূজনগা মরী লৈনরে হায়বা খওলক্কনি, মতম চারবদা লুহোংসি, অসুম তৌরবদি কনা অমত্তনা মখোয় অনীগী মমাঙওৈগী লৈনবা মরী খওবা ঙমলোই, ইলিজবেথ-জৈনদসু মখোয় অনীগী হান্নগী মরী খওহনগনুসি, মহাকপু হেনচার্ডকী

পোক্তবী মচাগী মতৌগুম য়োকপনি হায়বসি খ্বাইদা খঙহনসি অসিনচিংবা ৱাফম কয়া সূজনদা হায়খি। সূজনসু হায়রিবা ৱাফমসি য়াদুনা অমুক হন্না মখোয় অনী লুহোংনবা থৌরাং তৌখি।

রিংদা ৱারী শানখিবদা সূজন্না অরোনবা, ওইদবা, মীনম্বা, ৱাফম খরা ঙাঙখি। নহানমখৈ মহাক্না ইলিজবেথতা মাগা হেনচার্ডকা লৈনবা মরী অদু খক হায়দোকখিদে, চুম্না কাস্টরব্রিডজদা চৎসি মাগা মরী থোক্লবা মী অমা লৈখি হায়বতনি। ঙসি হেনচার্ডকা ৱারী শান্নবদসু ইলিজবেথ-জৈন অসি ন্যূসনগী মচানি হায়দোকখিদে, হান্নগী হেনচার্ডকী মচানুপীদুনি হায়বা উৎখি। হেনচার্ডনসু মাগী মচানুপীদুনি হায়না লৌখি। সূজন্না পামজবদি হেনচার্ডকা হঞ্জিন্নরগা নুংঙাইনা লৈমিন্নবা অদু নত্তে, মচানুপীবু য়েংশিনবিনবনি। ন্যূসনগী মচানি হায়বসি করিগুম্বা হেনচার্ডনা খঙখিবা তারবদি মচানুপীবু থৌশাবিরোইদ্রা খনবদগী ওইদবা ঙাঙখিবনি।

# ১২

**সূজনগা** উনরবা মতুংদা হেনচার্ড ময়ূমদা ৱাখল মুন্না খল্ল-খল্লদুনা হল্লকলে।

'সিগুম্বা লুরবা তাঞ্জা অসিদা মাগী মেনেজর ফারফ্রেগী মতেঙ খরা লৌনীংলম্মী। মতম অদুদদি ফারফ্রেদু ওফিসকী থবক য়াম্না চিনবা মতাঙ অমা ওইরম্মী। অদুনা য়াম্না থেংলবা ফাওবা থবক শূবা তাখি। হেনচার্ডনা মঙোন্দা য়াম্না নোল্লুক্লা নুমিদাং থবক শূবা অদু তোক্লসি, নুমিদাংগী চারা চামীন্নরসি হায়না কৌরম্মী। চারা অদু চামীন্নরবা মতুংদা মহাক্লা ফারফ্রেদা বৈডন-প্রাইয়জদা তৌখিবা থবক, মাগী নুপী অমসুং মচানুপীবু ফংননবা থিখিবা, য়ু থকলোই হায়না ৱাশকখিবা, সহর অদুদা কাইনথংদা মহাক্কী মতম শাংনা মাঙলুরবা নুপীনা থুংলবা পুন্নমক অমত্তা চিংখদনা তন্নম্মী। অদুগা ফারফ্রেদা মাগী পাউতাক পাম্মী হায়রকপদা ফারফ্রেনা সূজনবু অমুক লৌশিন্নবগী ৱাফম কাঙথোকলম্মী। মদুদা হেনচার্ডসু মাগী অপাম্বগা চান্নরম্বা অদুগীদমক য়াম্না হরাওখি। অদুবু ৱাফম অমা অমুক হেনচার্ডনা ফারফ্রেদা কাঙথোকখি, মদুদি সূজন্দা অচুম্বা থবক অমা পাঙথোকপা তারবদি কনাগুম্বী নুপী অমদা অমুক লঙজবা তারে হায়রম্মী। হায়রিবী কনাগুম্বী নুপী অসিদি অতৈ কনা নত্তে লুসেটানি। হেনচার্ডনা সূজনবু অমুক লৌশিনবা তারবদি লুসেটাদি অৱাবা ওইহৌগদৌরিবনি। হেনচার্ডতি মঙোন্দা লমন তোল্লবনি, মাগা লুহোংসি হায়নখ্রবনি। অসি হায়দুনা হেনচার্ডনা ফারফ্রেদা লুসেটাগী মরমদা মখা তানা ৱারী শাখি।

সূজন্না কাস্টরব্রিডজদা লাকত্রিঙৈদা নোংমা হেনচার্ডনা ন্যূ-জর্সিদা গেহ্-লল্লোনবগী থবক্কী পাউ হংবা চৎলম্মী। মরায়বক থীবদগী মশা নারক্কুনা মতম খরা মফম অদুদা লৈবা তাখি। মফম অদুদা লৈবা মিলিটরি ওফিসার অমগী মপুং-মরৈ ফারবী, নিংথীনা মহৈ-মশিং তন্নবী লুসেটা হায়বী মচানুপী অমনা হেনচার্ডপু সেবা তৌখি। চহী লেংমান্নবা নৎত্রবসু নুপা নুপীগী থানবা য়াদ্রবা মরীনা মখোয় অনী নুংশিগী ঈপাক্তা

ঈরোয়মিন্নখি। নুপা অমসুং নুপী অনীগী মরীসি ওস্থোক্লা কল্লি। য়ৈখায়বা কয়া পীদুনসু নুপা নুপীগী নুংশি মরীগী মৈচাক্তি পাক হেক মুখৎপা ঙমদে। হেনচার্ডকা লুসেটাগা লৈনবা মরী খ্বাইনা খঙনরকপদগী তনৌ-তনৌবী নুপীমচা অমা অহল অমদা লৈখিবা তারে হায়না খ্বাইনা চিবোন-চিবোন ঙাঙনবা হৌরকখি। মখোয় অনীগী লৈনবা মরী অদু অসুক্কী মতীক হকচিন্নরকখি। নুপীমচা অদুসু হেনচার্ডকুম্না মতোমতা ঙায়জরবী কনা লৈজদ্রবীনি। মখোয় অনী লুহোংদুনা লৌন-লৈনবগী ব্রাফম ফাওবা চঙশিন্নরকখি। অদুবু লায়বক থীবদগী করিগুম্বা ব্রাথোক অমা লৈবনা হেনচার্ডনা মফম অদু থাদোকপা তাখি। লুসেটাগা হেনচার্ডকা অসুম্না মরী লৈনরবা মতুংদা হেনচার্ডকা সূজনগা রিংদা উনখি। হেনচার্ড অমসুং ফারফ্রে অনীনা য়াম্না কূপ্না খন্নরবা মতুংদা ফারফ্রেনা হেনচার্ডতা মাগী হান্নগী লোয়নবী নুপী সূজন লাক্লবনিনা লুসেটা অসি হেনচার্ডকী লোয়নবী ওইদবা য়ারে হায়না য়াম্না পূকচেল শেংনা লুসেটাগী মফমদা খঙহনগদবনি হায়খি। মরম অদুনা ফারফ্রেগী মতেঙ লৌদুনা হেনচার্ডনা লুসেটাদা চিঠি ইদুনা মরম পূম্বা খঙহনখি।

# ১৩

সূজন মমা মচা অনী কাস্টরব্রিডজ সহরদা হেনচার্ডনা ব্রায়বা য়ুম অমদা মতম খরা লৈখি। হায়নখিবা মতুংইন্না মফম অদুদা হেনচার্ড তোয়না তোয়না লাক্লুনা সূজনগা ব্রাবী শান্নখি। কাস্টরব্রিডজগী মীয়াম পূম্বনা মখোয় অনীগী ব্রারী শানবা হৌরকলে। প্রজা মীয়াম্না মুন্না খঙলবা মতুংদা অফবা নুমিৎ য়েংদুনা হেনচার্ড অমসুং সূজন অমুক হন্না লুহোংখি। লুহোংবা অসিদা ফারফ্রেনা বর শেন্নবা ওইনা হেনচার্ডপু অঙম্বা মতেঙ পাংখি। গির্জা মনুঙদা লুহোংবগী থবক পাঙথোক্লিবৈদা খৃস্টেফর কৌনি, সোলোমোন লোংবেজ, বজফোর্ড অমসুং মখোয়গী থবক শূনীংদ্রবা, ব্রারেম ঙাঙবা, মীব্রা ঙাঙবা, তোকঙা শ‍ দাকপা, কাস্টরব্রিডজগী মীথিংগায় মরূপ-মপাং কয়ানা লুহোংফম অদুগা নক্লনা লৈবা সড়ক নাকলগী লম্বীদা ফমদুনা মানা-মানা পাম্বা মওংদা থৌদোক অদুগী মরীদা ব্রারী শান্নরম্মী। লুহোংবা লোইরদুনা বর-কন্যা অনী থোকথ্রবদা মীথিংগায়শিং অদুসু মফমদু থাদোক্লুনা হন্নখি।

# ১৪

**হেনচার্ড** সূজনগা লুহোংলবা মতূংদদি ইলিজবেথ-জৈনসু হেনচার্ডকী য়ূমদা লৈরে। সূজন্না কৈদৌঙৈদসু ইলিজবেথ-জৈনগী অশেংবা ৱা হায়দোকখিদে। হেনচার্ডনসু মাবু হান্নগী মশামক্কী মচাদুমক্কি খনখি। মমা মচাগী নুংঙাইরবা য়ুম লৈরে। মখোয় অনীবু হেনচার্ডনা য়াম্না লুনা তৌবিখি। হৌজিক্তি সূজনগী পুক্সি হান্নগীগা চাংদম্ন বদা ফনা নুংঙাইরে হায়বা য়ারবনি। অদুম ওইনমক সূজনগী ৱাখল্দা লাঙতক্লবা অমদি অদুম মরৈরি। মপুরোইবনা ইলিজবেথকী অশেংবা মশক খঙখিগদ্রা চিংনবদগী ৱাখল্দা নুংঙাইবা মশক খঙখিদে। অৱাবা পুক্সিদা লেনজরক্লবী ইলিজবেথ-জৈনসু অনৌবা য়ূমদা ফিজেৎ-লৈতেংগী, অকে-অমৌগী পুক্সি ফংজবদা কা-হেন্না নুংঙাইথোকপা পামখিদে, অচম্বা পুক্সিদা অদুম্মক লেনবা পামখি।

নোংমা মখোয় অহুম পুন্না ফমমিন্নদুনা অয়ূক্কী চরা (ব্রেকফাস্ট) চারিঙৈদা হেনচার্ডনা মচানুপীগী মশম অদু ৱাউথাংনৈ অঙাং ওইরিঙৈদদি মুবগুম তৌখিবদায়নে হায়রকপদা সূজনগী অৱাবা অমা ওইখি। অঙাং ওইরিঙৈদা ওইখিবদু চাউরক্লগা অহোংবা লাকপনি হায়না খুমজরবসু সূজনগী মফমদদি নুংঙাইতবা অমা অদুমক মওইখি। অতোপ্পা থৌদোক অমদনা "ফরে অদুদি মাগী মমিংশি মিস ন্যূসন কৌরনুসি মিস হেনচার্ড কৌরসি হায়রকপদসু সূজনগী মফমদদি হান্নগুম চপ মান্ননা নুংঙাইখিদে। ৱাফম অসিদা ইলিজবেথনা মাগী মপাদি ন্যূসন্নি মরম অদুনা মিং হোংদোকপসি য়ানীংখিদে। মরম অসিনা ৱাফম অসি মখা শাংথদনা লোইশিনখি। অসুম্না ইলিজবেথ-জৈন্না হেনচার্ডপু পোক্তবা মপানি হায়না লৌখি, হেনচার্ডনদি মাগী হান্নগী মচাদুনি হায়না খনখি। মতম অসিদা হেনচার্ডকী মহৎ-মরোংগী কারবার অদু ফারফ্রেগী থৌশীন মখাদা য়াম্না চাওখৎলকখি। ওইরিবা মওং অসিদা ইলিজবেথ জৈন্না মপাগা ফারফ্রেগা কৈদৌনুংদা কায়নরোই খনখি। অসিগুম্বা মতম অসিদা সূজন্না মচানুপীগা ফারফ্রেগা লুহোংদুনা লৌন-

লৈননবগী থবক শীনবা হৌখি। ইলিজবেথ অমসুং ফারফ্রে অনীমক্তা চিঠি ইদুনা মখোয় অনী উননবা অমদি তোরোং-খোয়দাননবা থৌরম কয়া শীনখি।

# ১৫

মতম খরদি অপনবা, য়ৈখায় থিনগায়বা করি অমক্তা য়াওদবমখৈ নুংঙাইনা পুন্সি লেনখি। ফারফ্রেগী মপান্দগী হেনচার্ডকী থবকশু অসুম অসুম চাওখৎলকখি। ইলিজবেথকী শকফমসু অনৌবা পুন্সি মরেন অমা লাকপদগী ফজবা হেনগৎলকপগুম তৌখি। অদুবু মহাক্তি ইকাইখীবী নুপীমচা অমা ওইবনা মপান কয়া থোক্কনদে। মরম অদুনা কাস্টরব্রিডজগী মীয়াম্না মাবু থোইনা খঙনদে। অদুম ওইনমক ফারফ্রেনদি অনকপদা মাবু শেন্নজবগী খুদোং চাবা ফংবদগী নিংথীরবী নুপীমচা অসিদা মাগী পুক্লীং চিংশিনখি।

থবক হৈবগীদমক ফারফ্রেবু মীপুম খুদিংমক্না থাগৎনবা হৌরকখি। হেনচার্ডনা মাবু লুনা চান্না থমখি। অদুবু নোংমদি ইথা থাজদনা ওস্থোকপা থৌদোক অমা থোকখ্রে। হেনচার্ডকী ফার্মদা থবক শূবা আবেল ব্রিটল হায়বা অতনবা অঙাং অমা লৈ। মতম চূপ্পদা পুম্নমখৈ তুমদুনতা মরৈ। মথৌ চৎপদা নুমিৎ খুদিংগী থেঙনা-থেঙনা চৎলি। হেনচার্ডনা মাবু তত্তনা ব্বারকই। ওন্না লাকউ হায়না হায়না নোংমা আবেল ব্রিটল ওন্না লাকপা তৌখিদ্রে। হেনচার্ডনা চঙদুনা য়েংলুবদদী তুমদুনা লৈরম্লে। শাউবনা মৈ হৌরবা হেনচার্ডনা আবেলবু ফমুংদগী চিংথোক্লুনা থবক চৎলু হায়না থৌদাখি। আবেলনা খোংগ্রাও শেৎচগে তৌজবা অদু ফাওবা য়াখিদ্রে। মঙকশম লাক্লুনা ইল্লক্লে। আবেল মফি মবোন নিংথীনা শেত্তনা থবক শূবা চৎখ্রে। ফারফ্রেনা লম্বীদা লাকপদা আবেলনা তৌরিবা মতৌ অদু উবদা খমথেংনা ওকখ্রে। ব্বারী পুম্বা তারবদা আবেলদা অমুক হন্না য়ূমদা চৎলগা খোংগ্রাও নিংথীনা শেৎলগা লাকউ হায়না য়াথং পীথোকখ্রে। পাউ অসি তাবদা হেনচার্ড মথব্বায় কাহেন্না নুংঙাইখিদ্রে। ফারফ্রেনা তৌরিবা অদু অচুম্বা ওইরবসু মাবু উশিত্তবনি, অরানবনি হায়না লৌখি। মতম অসি সহর অদুগী প্রজানা হেনচার্ডপু পাম্নরক্তবা, অদুগা ফারফ্রেবু পাম্নরকপা মতমনি। হেনচার্ডসু মসি খঙদবা নত্তে অদুনা মাসু ফারফ্রেবু কল্লকপা অমা য়াওরক্লুবনি। মতম্না হৌখিবগা লোয়ননা মখোয় অনী অমুক লোনদিম্নরক্লুবসু অমসুং মপানথোঙদা নুংশিনরবশু মনূংদদি নুংশিনদবা, য়েংথীনবা হৌরকখি। ফারফ্রেগী মায়য়োক্তা হেনচার্ডনা থরুম তৌদুনা য়েংশিনবা হৌরকখি।

# ১৬

**আবেল** ব্রিটনগী থৌদোক থোকখ্রবা মতুংদা ফারফ্রে অমসুং হেনচার্ডকী মরক্তা লৈনরিবা মরী অসি করিগুম্বা থৌদোক অমগী মতাঙদা অমুক্কা হেন্না ফংচিল্লকখিদে। মতমদুদা নোংমদি লৈবাক্তুগী চাউরবা জাতিগী ওইবা হরাও-কুম্মৈ অমা তৌবা তারম্মী। ফারফ্রেনা মদু শীন্ননবা হেনচার্ডতগী মপোৎ মচৈ খরা ব্রায়বা লাক্লম্মী। সহর অদুগী বেস্ট ব্রাল্ফ হায়বা মফম অদুদা ফারফ্রেনা পাঙথোক্কে খনখি। মহাক হনগ্রবা মতুংদা হেনচার্ডনা কল্লকপা অমা য়াওনা মহাকসু হায়রিবা থবক্তু মেয়র অমা ওইনা পাঙথোক্কে খনখি। মখোয়নী অমগা অমগা চাংদম্নদুনা মহৈ মহৈ হেনবা তান্নরম্মী। তৌবমক্তি ফারফ্রেদি থবক অদু ইচম চম্না পাঙথোক্লবা হোৎনজবতনি। হেনচার্ডনা মাগী থবক অদু য়াম্না চাউনা পাঙথোক্তুনা প্রজানা মাবু য়ানবা হোৎনখি। অদুবু মহাক্না য়াম্না ফজনা হোৎনজদুনসু মতম অদুগী নোং-নুংশিৎ থিংননবদি করিসু তৌরোইদ্রা খনবদগী করিসু হোৎনখিদ্রে। মরাইবক থীবনা হরাও কুম্মৈ তৌগদবা নুমিৎ অদুদা নোং চুথরকপদগী মাগী থবক নিংথীনা পাঙথোকপা ঙমখিদে। মরম অদুনা কাষ্টরব্রিডজগী প্রজানা মাবু য়ানদবা হেনখি। অমরোমদা ডোনল্ড ফারফ্রেনা মাগী থবক অদু য়াম্না পীক্লা হোৎনজরবসু দম্বুরনচিংবা খন্দুনা শেম শাহৌবদগী নিংথীনা হরাও-কুম্মৈগী থৌরম অদু পাঙথোকপা য়াখি। ফারফ্রেনা তৌবা থবক খুদিংমক অফবতা ওই হায়বা ব্রাঙাঙ কয়া হেনচার্ডকী মমাঙমক্তদা মাগী মরূপশিংনা চিবোন চিবোন ঙাঙনবা হৌরকক্লে। কাষ্টরব্রিডজগী মাগী মরূপশিংনা, মীয়াম্না বেস্ট ব্রাল্ফতা চৎতুনা নুমিৎ অদুদা ঈশৈ শকপা, জগোয় শাবা কয়া মীৎয়েং তাখি। নুমিৎ অদুমক্তদা ফারফ্রেসু ইলিজবেথকা লোয়ননা জগোয় শামিন্নখি। অউবা ভাবোকশিংনা হরাও মথোই কাদুনা মতম লেনখি। হেনচার্ডসু মফমদুদা চত্তুনা তৌরিবা থিবিক য়েংখি। মাগী থবক্তা শোয়বগী নুংঙায়তবনে, ফারফ্রেগী থবকনা মায় পাকপগী কল্লকপনে, মচানুপীনা তৌরিবা থবক অদু উবদা শাউনীংবনে পুল্লপ পুল্লদুনা মথোঙ মরম খঙদ্রবা, লাক্লা ফানা য়াদ্রবা হেনচার্ডনা ফারফ্রেবু কৌথোক্তুনা মথংগী নুমিৎতগী হেনচার্ডকী থবক তৌবা তোক্লো হায়না য়াথং পীরম্মী। অসুম্না ফারফ্রেবু মেনেজরগী ফমদগী মফম লৌথোকখি। শাউনীংবদগী পঙঙাঙ ঙাঙদুনা

ফারফ্রেগী মথক্তা থবক লৌখৎলুরবসু নোংঙানবা নুমিৎ অদুদদি শাউবা ফরে। ফারফ্রেবু থবক তোকউ হায়খিবা অদুদা নীংঙমদবা পোকখি। অদুবু ফারফ্রেদি হেনচার্ডকী থবক অমুক হন্না তৌররোই হায়না চপ য়ুংনা লেপখি। হেনচার্ডকী থবক থাদোক্নুনা মরনাইগী থবক তৌবা হৌরকখি। মখোয় অনী হৌজিক চপচাবা লান্না ওইনরকলে।

# ১৭

**হরাও** কুম্মৈগী নুমিৎ অদুদা ফারফ্রেনা ইলিজবেথ জৈনগা জগোয় শামিন্নখিবগী থৌরমদু হেক লোইবগা ইলিজবেথ জৈন ময়ূমদা হল্লকলম্মী। লম্বীদা ফারফ্রেনা ইলিজবেথতা হেনচার্ডনা মাগী থবক দরকার ওইদ্রবনিনা মহাক মখোয়বু থাদোক্লগনি হায়না খঙহল্লম্মী। নাকোয়ননা ফারফ্রেনা ব্রাফমদু হায়রকপদা করি হায়রিবনো হায়বদু খুদক্তা ইলিজবেথনা খঙবা ঙমখিদে। মরম অদুনা মহাক ব্রা ঙাঙদনা তুমিন্না লৈখি। অদুবু ফারফ্রেনা মখোয়বু থাদোক্নুনা চৎলগনি খঙলকপদদি ব্রাবগী ঙমখৈ লৈখিদে।

ফারফ্রেনা সহর অদুমক্তি থাদোকখিদে। সহর অদুগী মফম অমদা য়াম্না পীক্লা মহয়-মরোংগী কারবার তৌবা হৌরকখি। পাউ অদু তাবদা হেনচার্ড খোয়দৌ শাউগৎখি। মহাক্ল । মচানুপীদা ফারফ্রেবু অমুক হন্না উনবা য়াদে হায়রম্মী অদুগা ফারফ্রেদা ইলিজবেথকী মরমদা অমুক পূক্লীং চঙবা তৌরগনু হায়না চিঠি অমা ইখি। চিঠিদুগী ব্রারোন্দি অসিনিঃ

*মহাশয় !*

*ঐনা হায়রি মদুদি ঙসিদগী হৌনা নহাক অমসুং ঐগী ইচানুপী, অমগা অমগা শকখঙনদবা ওইরগদবনি। মহাক্তী নঙগী থেমলকপা ব্রাহৈ খোন্দা অমত্তা তরাম তরাম ওক্ল রোই হায়না ব্রাশক্লবনি। অদুনা ঐনা থাজে, নঙনা মঙোন্দা অমুক থেম খোৎপগী থবক তৌরোইদবনি।*

মাইকল হেনচার্ড

চিঠি অদুনা স্কোটলেণ্ড মচা ফারফ্রেবু নুংঙাইহনব্রবসু পুরা-পুরী নীংবা কায়বমক্তি তৌদে মরমদি মাগা ইলিজবেথকা লৈনবা মরী অদু অদুক হাক্লা মনুং য়ৌশিনবমক্তি

নৎত্রি। অদুবু ইলিজবেথ জৈন অমসুং ফারফ্রে অনীগী মরক্তা লৈবা নুংশিনবগী মরীদদি অপনবা পীবা হায়বদু ওইখি। ফারফ্রেনা মখাতানা রোমিওগী পার্ট লৌররোয় হায়না চপয়ুংনা লেপখি। অমরোমদা মানা চথরিবা কারবার অদুদি ফজনা মহয় য়ানবা ঙমখি। বাইবলগী ৱারীদা ইসহাক্কী মচা জাকোবনা লাবানগী মীনাই ওইনা থবক তৌরক্লগা অনোয়বা অমসুং মশা ফবা শা কয়া ফংখিবগুম ফারফ্রেসু ইচম চম্না থবক হৌরক্লগা মমৈদা মায় পাকপা ওইখি (অনৌবা ৱারপ্লবাঃ মৈহৌরোনঃ ২৭শুবাঃ লাঃ ৩৫)। জর্মন দর্শনিক নোভালিসকী ৱাহৈদা *লমচৎনা লাইবক্নি* হায়বদু ফারফ্রে অমসুং হেনচার্ডকী মতাঙদসু থোকখি। ফারফ্রেগী লমচৎতি হেনচার্ডকী লমচৎকা ওন্না তৈনবনি।

# ১৮

**অমুক** ৱাবা অমুক নুংঙাইবা তাইবঙ মীগী পথাপনি। মতম থরদং সূজন নুংঙাইরবা পুন্সি লেপ্লুরে, অদুবু ৱাখলদি ইনুং নুংঙাইখিদে। মরক অসিদা অমুক মশা ঙমলক্তদুনা ৱানা মতম লেপ্লক্লে। অনাবগী ফীবম নোংমা নোংমগী ফৎচিল্লকত্রে। শোয়দনা শিরগনি হায়নরকলে। ইলিজবেথনা মমাবু অহীং নুংথিল নাইদনা সেবা তৌজরি, হেনচার্ডনসু সহরদুদা লৈবা ডাক্তরশিং কৌদুনা য়েংহল্লি। তাঞ্জাসিদা হেনচার্ডকা জর্সিদা নুংশিনখিবা লুসেটা কৌবী নুপী মচা অদুনা পীরকপা চিঠি অমা ইথা থাজদনা হেনচার্ডনা ফংখি। চিঠি অদুদা হায়রকপা ৱারোল্দি *সূজনগা মাগা লুহোংলবনিনা মখা তানা পার্ট চৎনবগী কান্নবা লৈত্রে, অদুনা হান্না মঙোল্দা পীখিবা চিঠিশিং অদু অমুক হনবিরক্লো* হায়বা অসিনি। অদুগা চিঠি অদুদা *লুসেটা ব্রিস্টোল্দা চৎকদবা লৈ, য়ুমশকৈশা নুমীৎকী পুং মঙা মখায়দা এনটিলোপ হোটেল্দা উম্নসিসু* হায়না ইরকখি। মরম অসিনা হেনচার্ডনা লুসেটানা ইরকপা চিঠিশিং অদু য়োমশিল্লগা চৎলুবদদি মফমদুদা মানা থুংলুবদা থেংমনখিদুনা লুসেটাগা উনবা ফংলক্তনা হেনচার্ড ময়ুমদা চিঠিশিংদু পীরমদনা হল্লকখি। তাঞ্জাসিদা সূজনগী মশা শোনবা অসুম অসুম হেনগৎলকলি। মপান ইপান থোকপা ঙমলকত্রে। মতম অসুক কুইরবসি সূজন্না মপুরোইবদা ইলিজবেথকী অশেংবা পরিচয় হায়দোকখিদে। অদুবু হায়দোক্তনা তুমিন্না তোক্লেসু থনখিদে। মতাঙ চানা হায়দোক্লীংবনি।

নোংমদি মহাক্না করিগুম্বা খরদং ইনীংখি। মাগী নাক্তা দেক্স অমা চে কলমগা থমহল্লে। মানা হায়জবা মতূং ইন্না মংেমতা মঙাইরে। ইলিজবেথকী অশেংবা পরিচয় নিংথীনা ইরগা চে-খাউ মনুংদা হাপ্লগা চে-খাউদু চাজুম নমদুনা থমখ্রে। চিঠি অদুগী মখুমদা *মিষ্টর হেনচার্ড, ইলিজবেথ জৈন লুহোংদ্রিবা ফাওবা হাংদোকলোয়দবনি* হায়না ইরগা মাগী দেক্সতা চেংনা শো লোনশিন্দুনা থমজিনখি। মচানুপীগা ফারফ্রেগা লৈনবা মরী অদু সৃজনসু খঙদবা নত্তে, মহাক মশামক য়াওনা শীনবনি। মখোয় অনী লুহোংবিগে ফাওবা খনখি। অদুবু হন্দক মরকসি মপুরোয়বগা ফারফ্রেগা য়েংথীনরকপা অসিদা ফোংনা মপুরোইবদা হায়জবা ঙমখিদে। অদুবু যেশা উপায় অমা শীজিন্নদুনা মখোয় অনীগী মরী অদুদি কনখৎনবা হোৎনখি। নোংমা অহীং মমা মচাদা ঙায়রবা মতমদা মহাক্না মচানুপীদা ফারফ্রেদা লুহোংবা পাম্মী হায়বদু ফোঙদোকখি। অদুগা মখোয় অনী দর্নোভর বর্তোন্দা উননবা চিঠি ইখি। হায়রিবা অহীং অদুমক্তদা সৃজনগী আত্মানা মীরমলেন থাদোক্তুনা লাইরমলেন্দা তিনখি।

# ১৯

**মমা** লৈজদ্রবী ইলিজবেথপু হেনচার্ডনা লুনা তৌবা অমসুং নুংশিজবা খম থেংলে। সৃজন লৈখিদ্রবা মতূং চয়োল অহুমলোম লৈরগা নোংমা হেনচার্ড অমসুং ইলিজবেথ জৈন মৈনাক্তা ফমদুনা ৱারী শান্নরম্মী। মপানা হংখি ঃ

- ইলিজবেথ, নহাক মমাঙঙৈগী মতমদু খল্লিবরা'?
- হোয়, য়াম্না তোয়না খল্লি। ইলিজবেথনা খুমই।
- মখোয়গী মনুংদা কনা কনাগী শক্তম্সু থনবগে?
- ইমাগা পাবুংগগী; অতৈগীদি থোইনবু খল্লুদে।

ইলিজবেথনা রিচার্ড ন্যুসনগী ৱা হেক ঙাঙবদা 'পাবুং' হায়না হেক হেক পল্লকপসি হেনচার্ডকী থম্মোয়দদি চিং লাউবা অমা হেক্তা ফাওই। "আঃ ঐদি মদুগী ৱাংমদা লৈরে, ঐবু নৎত্রব্রনে" খল্লগা অমুকসু হায়রকইঃ

- ন্যূসন্দো থৌজান হৈবা মপা অমা ওইখিবরা ?
- হোয়, য়াম্না ওই...।
হেনর্চাডকী মায়থোঙদা অহোংবা থরা লাকপগুম তৌখি অদুগা অমুকসু হায়রকই ঃ
- ঐ অসি নহাক্কী অশেংবা অপোকপা ওইরম্লবদি নহাক্কা রিচার্ড ন্যূসনবু নীংলিবা অদুগুম্না ঐবুসু নীংগদ্রা?
- ঐনা মদু খনবা ঙমদে, ইলিজবেথনা থুনা খুমখি । ঐগী পাবুং নত্তনা অতৈবু পাবুংনি হায়না খনবা ঙমদে।

হেনচার্ড নুপী কায়নরে-শিখিবদগী, মতেঙ পাংলম্বা মরূপ ফারফ্রে কায়নরে-শাউনবদগী। ইলিজবেথ নত্তনা মাগী কনা লৈত্রে, মাসু খঙদবদগী মাবু নীংবা ব্রাৎকদৌরি। পূম্নমকসি খল্লুরগা হঙ্গৎ-হন্দা চৎলুরবা হেনচার্ড মপূক্লীং ফাথরগা মচানুপীবু নুংশিনা য়েংলগা হায়রকই ঃ

- ইমানা নঙোন্দা ঐগী মরমদা-ঐগী ব্রারীগাদি করি করি হায়রম্মী?
- লুহোংবদগী নহাক্কা মরী লৈনবনি।
- মহাক্কা অতৈ হেন্না হায়রমগনি-নঙোন্দা ঐবু খঙবগী মরমদা। অদুদগীদি ঐগীথবকসি ঐঙোন্দা অরুবা অমা ওইররোই... ইলিজবেথ, ঐ অসে নহাক্কী অপোকপা পাবুংনি, রিচার্ড ন্যূসন নত্তে। ইকায়বতনা মরম ওইদুনা তমথীরবা মমা মপানা মখোয় অনীমক হিংলিঙৈদা নঙোন্দা মখোয়সি নঙগীনি হায়বদু কাওথোকপা ঙমখিদবনি।

ইলিজবেথ তুমিন লৈখ্রে, ব্রা ঙাঙখিদ্রে, লেঙ-খোৎপা তৌখিদ্রে নুংশাখ্বোর হোল্লি হায়বা ফাওবা খঙবা ঙমখিদরে। হেনচার্ডনা মখা তানা হায়রকইঃ
-নহাক্কা খঙদবদগী ঐহাক অসি নহাক্কী করেম্নফম, কিনফম ওইরমগদবনি, অদু নৎত্রগনা করিগুম্বা অমা হেক্তা ওইরমগদবনি; মসিনি ঐনা পামজখিদবা। নহাক্কী ইমাগা ঐগা নহা ওইরিঙৈদা নুপা নুপী ওইমিন্নরকপনি। নহাক্কা উখিবদি ঐখোয়গী অনীশুবা লুহোংবদুনি, নহাক্কী ইমাসে অসুক্কী মতীক পূকচেল শেংই। ঐখোয় মশেল অমনা অমবু শিরে হায়না খন্নরুরবনি, অদুগা ন্যূসম্না মাগী মপুরোয়বা ওইখিবনি।

অসুম্না হেনচার্ডনা মথং মথং ৱারী শারকপদা ইলিজবেথ থম্মোয় পুবা ঙমখিদরে, টেবলদা ঙাথদুনা হিক হিক কপখি।

- কপ্কনু-কপ্কনু, ঐ খাঙবা ঙমদ্রে, ঐ খাঙবা ঙম্নরোই, ঐ নহাক্কী অপোকপনি, করিগীদমক নহাক কপ্কনি? ঐ অসিবু নঙোন্দা অসুক্কী মতীক কিনীংঙাই ওইরব্রা, নঙোন্দা অসুক্কী মতীক তুক্কৎচনীংঙাই ওইরব্রা, ঐবু শেরান্ননা লৌগনু, ইলিজাবেথ জৈন, অসি হায়দুনা মচানুপীগী খুৎ নুংশিনা পায়বিখি।
- ঐবু শেরান্ননা লৌগনু-মতম অমদা ঐহাক অসি য়ু থকপা অমা ওইরম্লবসু, অদুগা নহাক্কী ইমাদা তমথীবা অমা ওইখ্রবসু-নঙোন্দদি মঙোন্দগী (ন্যূসন্দগী) হেন্না থৌজান হৈবা অমা ওইগনি, নঙনা ঐবু অতোপ্পনি হায়না লৌরবদি ঐ করিমত্তা তৌরোই।

হেনচার্ডপু মাগী অপোকপনি ন্যূসন নত্তে হায়বসি ইলিজবেথনা তাবদা করিনো তৌরিবসি খল্লুবদা হায়ফম খঙখিদে। হেনচার্ডপু অশেংবা মপানি খন্না কোনগে খনবনি অদুবু থম্মোয়গী ফীবম অসিবু লাকহৎপা ঙমখিদে। ওইরিবা ফীবম অসি "অদুঙৈ জোসেফপু মচিন মনাওশিংনা নিয়ম চুমদনা য়োম্বোকখিবা, জোসেফনা কাইনথংদা ইজীপ্টতা ফীবম ফরকপা অদুগা মাবু য়োম্বোকখিবা মচিন মনাওশিংনা জোসেফতগী মহয় মরোং ফংননবা লাকখিবা মতমদা মচিন মনাওশিং অদুগী ফীবম অমসুং জোসেফকী ফীবম" অদুগা মান্নবা মওংদা লৈখি (বাইবলঃ মৈহৌরোলঃ ৩৭শুবা মতাঙঃ লাঃ ৫২)।

মসিগী মতুং তাবদা হেনচার্ডনা ইলিজবেথতা মাগী মমিং অসি ইলিজবেথ জৈন ন্যূসন কৌবগী মহুত্তা ইলিজবেথ জৈন হেনচার্ড হায়না হোংলসিনু হায়রম্মী। মমানা মসি য়ারমদ্রবসু অসুম্না মমিং হোংলবদি হেনচার্ডনা নুংঙাইজগনি হায়খি। মিংদা য়ুম্নাক হোংবগী মতাঙসি উকিলদা ৱারী শাগনি অদুগা লমদমদুগী পাউচে কাষ্টরব্রিডজ ক্রোনিকল্দা ফোঙননবসু হোৎনগনি। মহাক ইলিজবেথ জৈনগী অশেংবা অপোকপনি, সৃজনগা মাগা হান্না লুহোংখিবনি, মানা হায়রিবা অসি অশেংবনি, মথংগী অয়ুক্তা অশেংবা খঙনবা চপচাবা চে-চাং দলিন খরা পুথোক্কে হায়নসু হেনচার্ডনা হায়রম্মী। অসুম্না হায়রিবা ৱাফম অসিদা মচানুপীনা য়াম্না শেংনা থাজনবা হায়দুনা সৃজনগা মাগা হান্না লুহোংখি হায়বসি তাক্লবা লুহোংখিবগী দলিনদু মথক্কী কা কাখৎতুনা থিবা হৌরকলে। অসুম্না দলিন থিরিঙৈদা সৃজন্না মঙোন্দা শিত্রিঙৈদা ইরম্বা চাজুম নম্বা *ইলিজবেথ জৈন লুহোংদ্রিঙৈ ফাওবদি হাংদোক্লোইদবনি* হায়না ইবা চিঠি অদু থেংনরুরে। চিঠি অদুগী

মখূমদা ইরিবা অদু করিমত্তা খন্থবা তৌদনা ফাকতোক্লনা পাবা হৌবকলে। চিঠিদুদা অসুম্না ইরম্মীঃ

*ঐগী নুংশিজরবা মাইকল,*

*ঐখোয় অহুমগী ফনবগীদমক্তা হৌজিক ফাওবা ঐ... ...পোংশক অমা নঙোন্দা লোৎতুনা থম্লক্লি। মসি করিগীনো হায়বা নহাকসু ...ঙগনি হাযনা আশা তৌই; নঙনা ঐবু ঙাকপিদ্রবসু, ঐনা থম্লি, নহাক্না ঙাকপিগনি। অদুবু নুংশিজববা মাইকল, ঐনা তৌবিবসি খ্বাইদগী হেন্না ফননবগীনি। নঙনা মসি পাবা মতমদদি ঐদি মোংফমদা লৈবগনি, অদুগা ইলিজবেথ জৈনগী মুম অমা লৈবগনি। ঐবু ব্রাবৌবিগনু মাইকল ঐ করম্না ফীবমদা লৈবগে খন্থবিয়ু। ঐনা ইবিবসি ইঙমদনা ইবানি, অদুবু সিদা লৈবে। ইলিজবেথ জৈন অসি নহাক্কী ইলিজবেথ জৈন, নঙনা ঐব্র যোম্থোকপদা ইথাদা পমজবী অঙাং অদু নত্তে। নত্তে; মহাক্তুদি থৌদোক্তুগী থা অহুমগা মত্রংদা লৌখদ্রে, হিংলিবা অসিমদি ঐগী অতোম্না ইপুবোইবগী মচানি। মিং ... ঐখোযনা অহানবা অদুদা থোনখিবদুগা চপ মান্নবা ঐনা থোনবনি, অদুগা অতোম্বা অমা ...লৈখিদবগী ঐঙোন্দা ফাওবা অন্নাবদু মহাক্না মেনখৎপনি। মাইকল ঐ... ..., ঐগী লৈযেং অসি ফাজিন্নমগদবনি; অদুবু হাযবমদবা ঙমদ্রে। মহাক্কী মপু...বদা মসি হাযদোক্কে হায়দোক্লোই নহাক্কী কুশিনি, নহাক্না বিচাব অদু তৌবি... নূপী অমদা যাম্না থীনা লানখিবদা নুপী অদুনা নহাকপু ঙাকপীবগুম ঐবুসু ঙাকপীয়ু।*

সুজন হেনচার্ড

চিঠি অদু পারুবদা হেনচার্ড নিংদোন চোংখ্রে, মঙলা তাইবঙলা হায়বা কবি অমত্তা খঙখিদ্রে। মীগী মচাদা মানা মচানি হায়না নুংশিকবা অদুদা ওন্থোকপা ব্রাখল থনখ্রে। ইলিজবেথতা মানা হাযখিবদুগা চিঠিদা ইবম্বা অদুগা পূমখেন খেন্নবম্বা অদুদদি মহাক মচানুপীদসু মীনম্বা হায়বদু ওইরে। চিঠিগী ব্রাবোল অদু মঙোন্দদি কোক্তা বজ্র তাবগা চপ মান্নখি। হন্দক্কী থৌদোক অমদি হেনচার্ডকী মবায়বক অসিদি পেস্টবজোনগী লাইবক্তা চাংদম্নবা মাই। পেস্টরজোন ভাবনা শাবা থৃষ্টিয়ান নিংথৌ অমনি। এসিয়া নৎত্রগা অক্রিকাদা মহাক্কী পাকচাউরবা লৈবাক লৈরম্মী। পৃথীবিদা খ্বাইদগী ইনাকখুনবা নিংথৌ ওইজরবসু চাবদি নিংথীনা ফংলমদে। টেবলদা চানবা চীঞ্জাক হেক থম্বগা মশা পানবা নুপীগী মায়থোঙগা মান্নবা হিংচাবশিংনা মাগী অচাপোৎ অদু হেক্তা পুথি। স্বর্গগী শরুক্ খম্না জয় তৌনীংলুবা অদুগী দম্পীনি থাজনে [illegible]

১৫৩২ঃ BK. XXXIII:) । হেনচার্ডসু ফত্তবা লাইবক্কী শরুক ওইখি। অশেংবা মপানি হায়বা ৱাকৎকী মহয় চারমদাইগা লোয়ননা ইমুং মনূংগী নুংঙাইবা ফংলমদাইদা শৃৎ নাম্বোকপগা প্রেস্টর জোন্না অচাপোৎ চারমদাইদা চাবা ফংদবা অদুগা চপ মান্নবগুম তৌখি। অদুবু চিঠিদা ইরম্বা ৱারোন অদুদি ইলিজবেথতা করি অমত্তা খঙহনখিদে।

পোখাফম খঙদ্রবা অহীং অদু লেল্লবা মতূংদা মথংগী অয়ুক ওইরকলে। অয়ুক্কী ব্রেকফাস্ট চরা চানবা কাদা হেনচার্ডনা চঙলকপা মীকুপতুদা ইলিজবেথনা থাজবা অমা য়াওনা চঙলক্কুনা মাবু পাম্বোম পায়দুনা পুশিল্লম্মী। "নঙনা ঙরাং হায়রম্বা ৱাফমদুগী মরম অহীং নোংশোইবা তুমদনা খল্লে" হায়না ইলিজবেথনা লৌথুপ লৌকোই লৈতনা হায়রম্মী। "নহাক্না হায়বা খুদীংমক ওইরমলগনি হায়বসি ঐনা খঙঙে। অদুগা নহাক্না অওইবা ওইরবনিনা ঐনা নহাকপু অপোকপা ইপা ওইনা লৌরগনি, অদুগা মখা তানা মিষ্টর হেনচার্ড হায়না কৌররোই। হৌজিক্তি ঐঙোন্দা মসি অসুক্কী মতীক তশেংলবনি। তশেংলবনি পাবুং, মসি ওইরবনি... ঐহাকসি পোক্তবী নচানুপী নৎত্রবনি। মহাক-মিষ্টর ন্যূসন মহাক্না ঐগী মরায়বক থীরবী ইমাবু অসিগুম্বা অঙকপা অরানবা উপায়না লুহোংখিবা (মসিদা হেনচার্ডনা হরাওবা) মহাক্তো য়াম্না থৌজান হৈ। ও! অসুক্কী মতীক থৌজান হৈ (ৱা ঙাঙনা ঙাঙনা ইলিজবেথ মীৎতগী পিরাং শিন্থবা)। অদুবু মদু অশেংবা মপা অমনা তৌবা অদুগাদি শুকমান মান্নদ্রবনি। পাবুং, হৌজিক ব্রেকফাষ্ট থৌরাং তৌরে," হায়না ইলিজবেথনা মখা তানা হায়খি। হেনচার্ডনা নোম্থদুনা নুংশি শাশিন্নদুনা মাগী খজাই চুপপিখি।

# ২০

চিঠি অদু পাক্লবদগী হেনচার্ডনা ইলিজবেথতা য়েংবা মীৎয়েং খংহোং হোংখ্রে। মথং নুমিৎকী অয়ুক্তগী হৌনা মচানুপীবু মহৌশাগা মান্নদবা মওংদা বাঙাঙ শাঙাঙ শীজিন্নখি। মপাগী মতৌদু উবদা ইলিজবেথসু ঙকপনা খম থেংখ্রে। করি তৌরুবদগীনো হায়বা মহাক খঙবা ঙমখিদে। অশেংনা হায়রবদা হেমচার্ডনা মরায়বক থীরবী নুপীমচা অদুবু করিমত্তা নুংশিখিদ্রে। নিংথমথাগী মতমদা মপানা থীনা তৌবিরবী ইলিজবেথনা মমাগী লৈরোন চনখিবা মফম অদুদা মরক মরক্তা চক্লুনা তেংথা নাওইজখী। নোংমা মহাক্না মমাগী মোংফম তান্না লাকপদা মপুং মরে ফারক্লবী, শাবান নুংবান ফজরবী, কুচু মুরপ তৌবী, শকওং শাদা নিংথীবী, কায়না মৈশা লাংবগী তেংথা নাওইগী ফিজেৎ শেৎলবী, মাগা চহী লেংমান্নবী, নাইতোম লাকপী নুপীমচা অমা উরম্মী। মাগী শকফম উরুবদা ইলিজবেথ জৈন পুমশুম শুন্নাংখ্রে অদুগা কদায়দগী লাক্লিবনো খল্লুবদসু পুমঙক ঙকখ্রে। মথংগী নুমিৎ অদুদসু মখোয় অনী অমুক উনখি। হন্দক্তি চুম্না উনবতা নত্তনা বারী বাতাই শান্নবগী খুদোংচাবসু ফংদুনা শানরে। ইলিজবেথনা মাগী হৌখিবা পুন্সিদা অবাবা কয়া, লৈত-লায়রনা হৌরকপা, হন্দক্তা মমা শিখিবা, অমদি হেনচার্ডনা থীনা তৌবিবা বারী কয়া শাবদা মাগী মমান্নবী অদুনা মাবু য়াম্না নুংশিবিখি। ঙসি ইলিজবেথনা খঙনরিবী নুপীচাসি অতৈ কনা নত্তে, অদুঙৈ মাইকল হেনচার্ডনা ন্যূ জর্সিদা লৈরিঙৈ, মাবু সেবা তৌবিখিবী লুসেটা হায়বী নুপীমচাদুনি। মহাক্লসু মাগী পুন্সিগী বারী খরা ইলিজবেথতা লীখি। মহাকসু মরাইবক থীরবী, মথন্তা নাইতোম লৈজরবী, কনা হন্না য়েংবীনিংঙাই লৈত্রবী নুপীমচানি। অবাবগী অবাবদি অবাবতনা খঙই। অবাবা তারবী মখোয় অনী খুদক্তা নুংশিনখি। মাগীদা লৈমিন্নরসি খনবা য়াবা খল্লুরো মথং চয়োলগী অহানবা নুমিৎতা মমাগী লৈরোল চনফম অদুদা উনসি হায়রমলগা মখোয় অনী বিদায় তৌনখি। মতম অসিদা হেনচার্ড চহী অনী কাষ্টরব্রিজগী মেয়রগী ফম পায়রকপা অদুসু লোইশিল্লকদৌরে। মহাকপু অমুক হন্না ফম অদুগীদমক খনবগী খুদোংচাবা অদু য়াম্না বাৎপগুম তৌরে। মাগী লাম্বা ডোনল্ড ফারফ্রেনা মেয়র ওইবা য়াবগী ফীবমদা লৈরিবনি। মসিগী খল্লুবদা নুংঙাইত্রিঙৈদা মচাসু নত্তবদা খন্নল

চঙলুবদগী ফারক্রেগা লৈনবা মরীদা অপনবা পীরুবা অদুগীসু অমুক্তা হেন্না নুংঙাইখিদে অদুগা ফারক্রেদা মখাগী অসুম্না চিঠি ইখি ঃ

*মহাশয়,*

*রাখল খন্থুরুরবা মতুংদা ঐনা অসুম্না খল্লে মদুদি করিগুম্বা নহাক্তা ইলিজবেথপু অনীংবা লৈরবদি নহাক্তা মাবু থেন্নদা অপনবা পীররোই। মরম অদুনা ঐনা অখিংবা পীরম্নু হৌজিক্তি খিংদ্রে, তৌবতদি হায়রিবা থবক অসি ঐগী য়ুমদদি চখরোইদবনি।*

নহাক্কী,
মাইকল হেনচার্ড

# ২১

**ইলিজবেথ** জেন্না শক খঙনবতা ঙায়রিবী লুসেটা কৌবী নুপীমচা অদুগা হায়-প্লেস হোলদা লৈবগী মতাঙদা মওল মওল খনবা য়াবা খনবা হৌরকলে। হৌজিক্তি মহাক অনৌবা য়ুমদুদা চংলগে হায়না চপ য়ুংনা লেপ্লে। লেপ্লখিবা নুমিৎ অদুদা মহাক অমুক হন্না লুসেটাগা উনরে। লুসেটানসু মাগা লোয়নননবগী মমান্নবী অমা য়াম্না পাল্লিবনি। মখোয়না উনবা নুমিৎ অদুগী নুমিদাংবাইরম অদুমক্তদা চংলসি হায়না ঙাওনখি। মখোয়না লৈগদৌরিবা হায়-প্লেস হোল অসি হন্দক্তা অমুক শেমজিন শাজিল্লবা য়ুমনি। হোল অসি সহরগী ময়ায়দা লৈবা মথক্তা মঙায়রবা নুংনা শাবা নিংথীরবা য়ুম্নি। ইলিজবেথনা অনৌবা মফম অমদা চংলগা লৈবা খোংপগী রা হৌদোকপদা হেনচার্ডনা অপনবা থোইনা পীখিদে। মসিনা মঙোন্দা অরাবা পোৎলুম কোক্তনিবু খনখি। থুংলুগদৌরিবা লৈফম অদুগী অশেংবা মফমদি ইলিজবেথনা হায়দোকখিদে। হেনচার্ডনা চংথোকলুবদগী হঙ্জিল্লকপা পুং ৬ তাগ্রিঙৈদা মহাক্কী পোক্তবী মচানুপী অদুনা অপীকপা

খাউ অমগা উপুগা পুরগা ময়ুম থাদোকপা অদুদদি অঙকপা পোকখি। চৎলমদাই মতমদা মঙোন্দগী থাপতোকখিগনু হায়না খামজরবসু খামলিবা মখাম অসিদি থেঙমনগ্রবনি। ইলিজবেথনা মপাদা মহাক্না লৈগদৌরিবা মফমদু পংলাপ লাম্না নত্তে, নক্লে, তঙাই ফদ্রবা মতাঙদা মহাক মপাগীদা লাক্কনি হায়রম্লগা লুসেটাগী লৈফমদা চৎখি।

## ২২

**ইলিজবেথনা** মমান্নবী নুপী অদুগী ময়ুমদা চৎখিবা নুমিৎতুগী অহীংদা লুসেটানা পীরকপা চিঠি অমা হেনচার্ডনা ফংখি। চিঠি অদুগী ৱারোন্দিঃ

*ঐগী নুংশিজরবা মি: হেনচার্ড,*

*ওকপিগনু। ঐনা খল্লি মদুদি কাস্টরব্রিডজদা হায়-প্রেস হোলদা লাক্লিবা অসি নহাক অমসুং ঐহাক্কী ফনবনি, অদুবু খঙদে কয়া কুইনা লৈগনি। মদু অতোপ্পা কনাগুম্বা মী অমগী মখা পোল্লি অদুগা মহাক্তুদি নুপা অমনি, ললোনবা অমনি, মেয়র অমনি অদুগা মহাক্তু ঐগী ইহান হাম্না নুংশিনজবা ঐগী হক লৈবা মীনি।*

*ফাগি নত্তে, ঐগী নুংশিজরবা, ঐ মতৌ মানজরবসু অসুক্কী মতীক থম্মোয় তয়াং অশোইবী নচ্চদে। হায়রিবী লোয়নবী অদুদি নহাক্না চহী কয়াগী মমাঙদা লৈখিদ্রে হায়না খল্লুরবনি। নহাক্কী লোয়নবী লৈখিদ্রে হায়বা পাউ তাবদগী মফম অসিদা লাকপনি। মরায়বক থীরবী নুপী অদু ৱাকৎচবদি তৌখিদবা ৱাজখিবী অমনি, অদুগা বুদ্ধি লৌশিংদা ৱাৎচরবসু ৱাখল খনবা ৱাৎপীদি নংখিদে। নহাক্না মাবু নিংথীনা তৌবিখিবদা ঐ হৱাওই। মহাক লৈখিদ্রে হায়বা হেক খঙবগা ঐগী ৱাখল্দা মসিমদি তৌ হায়বা চৈফু অমা পীরে, মদুদি নহাক্না ঐঙোন্দা শকখিবা ৱাশক অদু পাঙথোক্লবা হায়জরগা ঐগী ৱাখল য়াওদ্রবা থৌরম্না ইশাগী ইজ্জৎপু মমশিনহনখিবা অমম্না অদু কোকহন্নবা হোৎনফম থোকই হায়বসিনি। নহাকসু চপমান্নবা ৱাখনসি লৈরমগনি খল্লি অদুগা মসি পাঙথোক্লবা থবকসু*

*পায়খৎলক্লনি খল্লি। অদুবু নহাক করম্বা মওংদা লৈরিবগে হায়বদু খঙদবনা নংত্রগা ঐখোয় অনী কায়নখ্রবদা করি থোকখ্রবগে খঙদবনা নহাক্না ঈ-পাউ চংনদ্রিঁঙেদা মফম অসিদা লাক্নে অমসুং ইশামক্না থিদোক্নে হায়না চপ য়ুংনা লেপখিবনি।*

*ঐগী পুক্নীংদা ফাওরিবা অসিগুম্না নঙোন্দসু ফাওরমগনি। নোংমা নংত্রগা নীনিগী মনুংদা নহাক্না উনসি। মতমদু ফাওবগীদি কায়নরসি।*

নহাক্কী,
লুসেটা।

*পি/এস*

*নহাক নুমিৎতু কাস্টরব্রিজগী মফম খরদা চংপা তাবনা নহাক্না মীকুপ অমা অনীদং উনসি হায়বদু পাওখোকপা ঙমখিদ্রে। য়ুমগী থবক্না ঐগী থৌরাং অদু হোংবা তাখি। মসি তাবদা নহাক ঙকলমগনি।*

হায়-প্লেস হোলদা তেমপ্লিমেন কৌবী লৈশাবী অমা লৈরগদৌরি হায়বসি হেনচার্ডনা হান্না তারম্মী। অদুবু হায়রিবী তেমপ্লিমেন অসিগা লুসেটাগা মশা অমতনি হায়বদি মহাক্ খঙলমদে। ইলিজবেথ চংখ্রবা মতুংদা হেনচার্ডনা লুসেটাদগী চিঠি অমগা অমুক ফংলম্মী। চিঠি অদুদা মাগী মদোমচা তেমপ্লিমেন শিথ্রে অদুগা মাগী মরন-মথুম খরা লুসেটাগীদমক থম্বিরম্মী, মসিদসু নত্তনা মহাক লুসেটা তেমপ্লিমেন হায়বা মিং অসি লৌরে হায়নসু ইরম্মী। লুসেটা অসি হায়-প্লেস হোলদা য়ুম শাম্দুনা লৌবা মী অমসুনি হায়নসু ইরম্মী। মাগা ইলিজবেথকা খঙনবা অমসুং মরূপ শান্নবগী ব্রাফমসু চিঠিদুদা ইদুনা খঙহল্লকখি। লুসেটানা মাগা লুহোংবদা য়ানীংবা মওংদা লৈরে খঙবদা হেনচার্ডসু নুংঙাইবগী ঙমখে লৈরমদে। মহাক্না নুমিদাংব্রাইরমদা উনসি  হায়রকপদুদা উনবা চংলুই অদুবু হোল অদু য়ৌবদদি নুমিদাংগী পুং ৮ দগী ৯ অদুব্রাই ওইরমলে। থেংলকপা অমসুং মহাক করিগুম্বা অচিনবা থবক অমা লৈবনা মথংগী নুমিৎতা উনবনা ফরগনি হায়না লুসেটানা খঙহল্লকখি। মদুদা হেনচার্ডনা শাউরদুনা ব্রারৌখি। মরম অদুনা মথংগী নুমিৎতা লুসেটাগা উনবা চংখিদ্রে। লুসেটাদি হায়রিবা নুমিৎ অদুদা থৌরাংবগা লোয়ননা লাংতক্লনা ঙাইজবনি। অদুবু উননীংলিবা মীদুনা মরাকপীদ্রবা অদুদদি ঙাইজমনগী কান্নবা করিসু ফংখিদে। মতুং নুমিৎ কয়ানীমরুম ঙাইজবদসু  হেনচার্ড লাকপা লৈখিদ্রে। মরক অসিদা

লুসেটাগা ইলিজবেথকা অমগা অমগা হৌখ্রবা পুন্সিগী ৱারী শান্নদুনা য়াম্না লোন্দীন্নবা অমা ওইরকখি। অদুম ওইনমক হেনচার্ডনা লুসেটাবু উনবা লাকত্রিবসি ইলিজবেথনা মাগী নাক্তা লৈবনা মরম ওইরমগদ্রা হায়না করিগুম্বা কান্দা লুসেটানা খল্লকপা মতাঙসু য়াওখি। ইলিজবেথ লৈত্রিঙেদা হেনচার্ডকা উননবা নোংমা ইলিজবেথপু করিগুম্বা থবক অমগীদমক মিউজিয়মদা থাখিরম্মী অদুগা তাঙ্গা অদুদা হেনচার্ডকা উননবা চিঠি অমসু য়াম্না শম্না ইরগা থাখিরম্মী। চিঠিদুগী ৱারোন্দি ঃ

*নুংশিজরবা মাইকল,*

*ঙসি নহাক্না নহাক্কী থবক চংশদা ঐগী য়ুমগী মমাঙদা লেম্মীয়ু... অদুগা কৌবিরক্নুনা ঐহাকপু উনবিয়ু। মসিগী মমাঙদা নহাক্না লাক্তবদা ঐহাক য়াম্না ৱানা নীংবা কায়রে। ...নহাক্কী নচানুপীনা ঐগীদা লৈবসিনা নহাক্না ঐবু থৌশাদবগী মরম ওইরম্বা য়াই, অদুনা ঐনা মাবু ঙসি অয়ুক থবক অমগীদমক থাখি। নহাক লাকপিয়ু হায়জরি। ঐহাক ইতোমতা লৈরমগনি।*

লুসেটা

থিল্লুবা মী অদুনা হল্লক্লবদা লুসেটানা মঙোন্দা কনাগুম্বা ভদ্রলোক অমা লাকপা থোক্লবদি মাবু খুদক্তা চঙহল্লকউ হায়না শিন্নরম্মী। অদুগী মতুংদা লুসেটানা হেনচার্ড লাকপা ঙাইদুনা লৈখি। জর্সিদা হেনচার্ডকা বিদায় লৌনখিবা অদুদগী হৌজিক ফাওবা মহাক হেনচার্ডকী মশক উদ্রি। মহাক্না অসুম ঙাইরকপনা মমৈদদি নুপা অমা চঙলকপগী খোঙথাং মখোল তাখি। পুশিল্লকলিবা মী অদুনা লাক্লিবা ভদ্রলোক অদু কা মনুংদা পুশিল্লক্নুনা মবেম্মদু উননবা হায়রন্নগা মপাল থোকখি। লুসেটানা ইকায়নুংশি য়াম্লনা তরাম তরাম ওক্লবা পাঁদা হাইদোকপদদি মাগী মাঙদা লৈরমলিবা নুপা অদু হেনচার্ড ওইরমদ্রে।

# ২৩

**হায়নখিবা** ৱা মতুং ইন্না ইলিজবেথ জৈন লুসেটাগী য়ুমদা লৈরে। মহাক লুসেটাগী য়ুমদা লৈদ্রে হায়বা অসি ফারফ্রেসু তাদবা নত্তে। মরম অদুনা মফম অদুদা

চৎলগা ইলিজবেথকা উন্নরুগে হায়বা ব্রাখল অসি মাগী থম্মোয়দা চপ য়ুংনা নীংখ্রে। খুদোংচাবা মতম অমা য়েংলগা লুসেটাগী ময়ুমদা চৎনবা থৌরাং তৌরম্মী। হেনচার্ডনসু মখোয় অনীগী মরীদা অপনবা পীদ্রবনি। অসুম তৌরিঙৈ তাল্লক অসিদা লুসেটানা মাইকল হেনচার্ডপু অককুবা মতম অমা লেপ্পুনা মাগা উন্নসি হায়না চিঠি ইখিবনি। অদুবু লুসেটানা ফনা ঙাইদুনসু হেনচার্ড লাকপা কৌবা মরেখিদ্রে। লুসেটানা ময়ুমদা হেনচার্ড লাকপা ঙাইরিঙৈ মতম অসিদা ইলিজবেথতি করিগুম্বা থবক অমগীদমক লুসেটানা ময়ুম থাদোক্কুনা চৎহনখিবনি। মীনা নীংবনা অমা লাইনা তম্বনা অমা হায়বদু থোক্রে। ইলিজবেথনা চখোকখ্রিঙৈ মতম অসিদা ফারফ্রেনা লুসেটাগী য়ুমদা ইলিজবেথ উনবা লাকখি। ওনথোকপনি, ফারফ্রেনা চঙলকপা মতমদদি লুসেটাদি হেনচার্ড লাক্কনি হায়দুনা থৌরাংনা ঙাইদুনা লৈরিবা তাঞ্জানি। হেনচার্ডপু ওকচগে হায়দুনা পর্দা হাইদোকপা মতমদদি হেনচার্ডতি ওইরমদদুনা মেয়রদগী য়াম্না চহী হন্থবা কুচু কুমেন ফজবা, তগৎ তগৎ তেকপা, মশক মতৌ ফজবা ফারফ্রে ওইনা থেংনবনি। ফারফ্রেনা ইলিজবেথকী মরম হংবদা লুসেটানা ইলিজবেথ করিগুম্বা থবক অমগীদমক চৎথোকখি থুনা হল্লকনি ফম্মুরাও হায়না তরাম তরাম কৌশিন্দুনা মাগা ব্রারী ব্রাতাই শান্নখী। মখোয়গী ব্রারী মথং মথং অমদগী অমা অসুম শান্নরকপদা মখোয় অনীনা পাম্বা পামদবা কয়া ফোঙদোক্লখি। অসুম্না ব্রারী শামিন্নবদা ফারফ্রেনা লুসেটাগী থম্মোয় জয় তৌখিরম্মী। করিগীসু তৌদনি, চহী লেংগানি, ব্রাঙাও হৈবনি, অদুগীসু মথক্তা মতম অদুদা ফারফ্রেদি খমথেংনা য়াইফবা ললোনবগী থবক্তা হৈশিংবা নুপানি। মহাক্কী শকফম উবদা মথোৎ কারকপী নুজাশিংগী পুক্লীং হনবগী মশক ওইরিবা মীশক অমসুনি। মহাক্কী নুংশিরবা ঈশৈ তাবদা নুজা ওইবী কয়া থম্মোয় নৌদবা ঙমদবনি। ফারফ্রেসু লুসেটাগী ব্রাঙাও, শকফম অমসুং অতৈ মরম কয়ানা মাগী থম্মোয় জয় তৌখি। মখোয় অনীগী নুংশিনবগী মরূ অদু মরা তাবগুম তৌখ্রে। লুসেটানা ফরফ্রেদা থবক শংবা মতমদা লাক্কুনা উনবিরনবা খঙহনখ্রে। ঙাইহাক ব্রারী শান্নবা তুংদা ফারফ্রে য়ুমদু থাদোক্কুনা চৎখ্রে।

ফারফ্রেনা চৎখ্রবা মতুং ঙাইহাক লৈরগা মাইকল হেনচার্ডসু লুসেটাগী ব্রারোল মতুংইন্না মাবু উনবা লাকলম্মী। অদুবু মতম অদুদদি লুসেটাদি কনাগুম্বা অমত্তগা উননীংবগী ব্রাখল লৈখিদ্রে সেবারী নুপী অদুনা থোঙদা কাক কাক থিল্লকপা অদু "মেয়র" নি হায়জরবসু লুসেটাদি পোখাদুনা অদুম লৈরি। খুদক্তা মানা পাউখুম পীরকত্রবদা সেবারী নুপী অদুনা "মানা হায় মাগী কাইথোক্লবা মতম শাংনা লৈতে" হায়রকই হায়না হায়রবদা "ও! অদুদি মঙোন্দা হায়য়ু মদুদি ঐ কোক চিকই, ঐনা মাবু

ঙসিদি ফাজিন্নরোই” হায়না খুমলকখি। অসুম্না হেনচার্ডপু চৎহন্নবা হোৎনখি। নীংবা কায়রবা হেনচার্ডনা অনীশুরকপা ওইনা মফমদু থাদোক্কুনা চৎখি।

লুসেটানা কাষ্টরব্রিডজদা লাকপসি মাগা লৈনবা মরীদা হেনচার্ডকী পুক্নীং-ঈরাং ঈথিল হেনজিনহলখি। মহাক্না হেনদি হেনজিনহনখ্রে অদুবু হৌজিক্তি মহাক মশামক্না থবক্তু পাঙথোকপদা হৈনীংদ্রে। ইলিজবেথ অসি মঙোন্দা অয়েংপা অপনবা পীবা মী অমনি হায়বা অয়ুক্কী বাখল অদু হৌজিক্তি অহোংবা বাখল অমা লাক্রে। ইলিজবেথনা হল্লকপা মতমদা “নহাক লাকপদা ঐ অসুক্কী মতীক হরাওরে, নহাক ঐগা মতম কুইনা লৈমিন্নগদবনি, নঙবু লৈরোইদ্রনে?” হায়না হংখি। অসুম্না লুসেটা অমসুং ফারফ্রে অনী উনখিবা অসিনা অপাম-নুংশিগী বাখন্না থুম্নৎলবা লুসেটাগী থম্মোয়বু মশক মতৌ ফজরবা, লমচৎতা শুন্নৎনীংঙাই ওইরবা ফারফ্রেনা ইরায় লায়না জয় তৌখি। হেনচার্ডকা ফারফ্রেগা ললোনবদা লান্থা পানবতা নত্তনা অপাম-নুংশিগী লমদসু লান্থা পাবা হৌরকখি। অপাম-নুংশিগী লমদা লান্থা পানবা অসি ইলিজবেথ অমসুং লুসেটাগী মফমদসু মমি তারকখি। পূকচেন লেপ্তুবী অমা ওইনা উরবী লুসেটা নহানমখৈ মহাক্না মাইকল হেনচার্ডপু নুংশিজরকপা অসি অতৈ করিগীসু নত্তে, নোক্না চাউবা সমাজদগী নাম্থোক্লবা থুনা লুহোংবা পাম্বগী বানি। নুপী ওইবী মহাক্না মতোমতা লৈরগা সমাজদা অফবা মিংচৎ মাঙলক্কনি খনবদগী হেনচার্ডপু পামজরুবনি। মহাক্না হেনচার্ডপু নুংশিজরম্বা অদু লায়না ফারফ্রেদা মমায় লৈবা ওইনা উই।

# ২৪

**ইলিজবেথ** জৈন লুসেটাগা অদুম লৈমিন্নরি। য়ুমগী থবক থানাসু অশোয় অঙাম য়াওদনা চখরি। তাঞ্জা অসিদা মখোয়গী লমদা অনৌবা মখলগী লৌ উনবা মেছিন অমা থুংলখি। মেছিনদু ফারফ্রেনা অতোপ্পা মফমদগী পুশিন্নকপনি। লমদমদুগী মীয়াম্না অনৌবা থুংলবা মেছিন্দুগী মরমদতা ঙাঙনা-শক্লখি। মীয়াম্না ঙাঙনরিবা মেছিন অদু খঙনীংবদগী লুসেটাগা ইলিজবেথকসু অনৌবা মেছিন্দুবু য়েংবা চৎলম্মী। মখোয়না মেছিন

দু য়েংলিঙেদা, লম্বীদা চৎলম্বা মাইকল হেনচার্ডসু মেছিন্দু য়েংনীংদুনা মখোয়গী মনাক্তুদা লেপলম্মী। মখোয় অহুম মেছিন য়েংলিঙেদা ফারফ্রেগী য়াথং মতূং ইন্না মেছিন্দু পুশিল্লকপনি হায়না মঙোন্দা কনাগুম্বা অমনা হায়রকলম্মী। অদু হেক খঙলকপদগী, হেনচার্ডকী হৈনীংলম্বা পূম্বা মাঙখি অদুগা মেছিন অদু ফজনা মখৌ পাঙথোকপা য়ারগদ্রা হায়বগী মহাক্কী চিংনবা অদু ফোঙদোকখি। মখোয় অহুম মফম অদুদা উনবা মতমদা ইলিজবেথনা মপাদা লুসেটাবু মশক তাকলম্মী, মদুদা হেনচার্ডনা চুম্নতা মাগী টুপি অদু লৌথোক্লগা মেছিন অদুগী মরমদা ৱারী মখা শানখি। লুসেটানা লৈথোক্তুনা চৎকে তৌরমদাইদা "নঙনা ঐবু উনবা য়াখিদে" হায়না হেনচার্ডনা শোম্থাংননা লুসেটা তানবা মুরুম মুরুম শোন্না চৈরমলগা খূৎলৈ থুনা মফমদু থাদোক্তুনা চৎখি। লুসেটাদি তূমিন্না করিগুম্বা অমতা খুমদনা লৈখি অদুগা মপূক্লীংদি মেছিন্দুগী মনাক্তা লৈরিবা ফারফ্রেদা চিংশিনখি। লুসেটা অমসুং ইলিজবেথনসু থুনা মফমদু থাদোকলল্লগা ময়ূমদা হল্লকপগী খোঙচৎতা লুসেটানা মাগা ফারফ্রেগা খঙনখিবগী ৱাফমদু ইলিজবেথতা লীখি। ইলিজবেথনা মাগী মবেম্মা লুসেটানা মাগা নুংশিনজরবা ফারফ্রেগা লৈনবা নুংশিনবগী মরীদু খঙখি। অসিগীসু মথক্তা লুসেটানা মাগী পুন্সিগী ৱারী মতেক খরা, হেনচার্ডকা মাগা লৈনবা মরী, ইলিজবেথতা লীরকপদগী হেনচার্ডনা মমা সূজন হেক শিবগা লুসেটাগা লুহোংগনি হায়না ৱাশকখি হায়বদুসু মরী মরী লীথোরকখি। অদুবু ইলিজবেথনদি ফারফ্রেগা মাগা লৈনবা মরী অদু লুসেটাদা খঙহনখিদে।

# ২৫

**ফারফ্রেনা** লুসেটাগী মনাক্তা তোয়না তোয়না চৎলম্মী। ইলিজবেথ অমসুং লুসেটাগা পূম্না লৈমিন্নরবা অদুগা ফারফ্রেনা মখোয় অনীগা পূম্না ৱারী শানরবসু ফারফ্রেগী পুক্লীং চিংশিমফমদি লুসেটানি হায়বা অসিদি ইলিজবেথ অমসুং অতৈনসু খঙনরবা, উনরবা ৱাফম অমা ওইরম্মী। ফারফ্রেগী অপাম্বা অনীংবসু মহাক্কী মবেম্মা লুসেটানি হায়বসি ইলিজবেথনা অশেং অশেংনা খঙখি। মসিনা মরম ওইদুনা মশামক অয়াম্বা মতমদা মখোয়গী মফমদগী লাপতক্লা লৈননবা হোৎনখি অমসুং লৈসু লৈখি। অমরোমদনা লুসেটানা হেনচার্ডপু থৌশারক্তবা অসিদা হেনচার্ডকী থম্মোয়দদি ওমচাক্লবা অমসুং

খোয়শাউনবগী মৈচাক অদু হেয়া হেয়া কনখৎলকলম্মী। থৌশাদবগা লোয়ননা লাপথোক্ল । লৈরবদি মাবু ফংবা ওইথোকলোই হায়বসি তশেং তশেংনা খঙলদুনা নোংমদি হেনচার্ডনা লুলেটাবু উনখি। য়াম্না নোল্লুক্না লুসেটানা হেনচার্ডপু তরাম তরাম ওকচখি। মখোয় অনীগী লুহোংবগী ব্রাকম হেনচার্ডনা হৌদোরকপদা লুসেটানা ব্রাকমদু হৌজিক্কী ওইনদি লেপখিনবা অকনবা মত ফোঙদোরকখি। অদুগা মখোয় মশেন চুম্নতা অমগা অমগা খঙনা চান্নবনি হায়না লৌনসি হায়রকপদা, হেনচার্ডনা শিংলিবা নুংশিং মায়রমসি কদোমদনো হায়বদু তশেংনা খঙবদগী মফমদু থুনা থাদোক্লুনা চংখি। ইলিজবেথ জৈন্না মহাক্কী পোক্তবা মপা অমসুং ফারফ্রেগা মাগী মবেম্মা লুসেটাগা লৈনবা নুংশিনবগী মরীদু নিংথীনা খঙখি। পোক্তবা মপা অমসুং মাগী থম্মোয়না খোয়দাজবা নুপাদুনা থৌশাবিরক্তবা অদুদা মহাক মশামক হিংলিব্রা নংত্রগা শিরব্রা হায়বদু পুরা পুরী কাউবগা চপ মান্নখি। অদুবু লাইবক্তা তমলক্লবা অৱা-অনাগী পোংলুম অদুদি পুক্নিগী থাবা ওন্নরোইদবা মশাগী পোংলুমনি হায়বসি মশানা য়াজদুনা মপূক্লীংবু ফাজিনজখি। ফারফ্রেবু ফংননবগী নুংশি লানফমদা লুসেটানা মায় পাকখি অদুগা ইলিজবেথ জৈন্না মায়থীজরবসু লাইবক্তা তমলক্লবনি খল্লুজদুনা মপূক্লীংবু ফাথজখি। অমরোমদনা লুসেটাগী থম্মোয়বু জয় তৌনবা হোংজরকপা মাইকল হেনচার্ডতি মাগী নুংশি লানফমগী লাম্বা ফারফ্রেগী মখূৎতা তমথীনা মায়থীবা ফংখি।

## ২৬

হন্দক লুসেটাগী লমচৎ শাজৎ হোংলকপা অমসুং হেনচার্ডতা য়েংলকলিবা মীৎয়েং অসি করিগুম্বা খূদক্তা ওইরকপা মশাগী মচিং মশোন নাইবা লমচৎনা ওইহনখিবা নত্তে; কনাগুম্বা মাবু নুংশিজবা মীশক অমনা মঙোম্দা মীৎয়েং চঙশিল্লকপদগী ওইহনখিবনি হায়না হেনচার্ডনা মাগী থম্মোয়দা ফাওখি। হায়রিবা মীশক অসি অতৈ কনাসু ওইরমলোই ফারফ্রে ওইরমগনি হায়না খল্লরবসু তশেংনা মানা ওইরমগদ্রা হায়বদুদি চপচানা খঙদ্রি। ব্রাকম অসিগী মতাঙদা নোংমা ফারফ্রেদা নাকোইননা নৈনরুবদসু মদুগী চপচাবা মরম খঙবা ঙমখিদে। নোংমসু হেনচার্ড অমসুং ফারফ্রে অনীমক হায় প্লেস হোলদা পুন্না লৈমিন্নদুনা লুসেটাগী লমচৎকী মতাঙদা থল্লা-নৈনবগী তাঞ্জা ফংবা য়াবগী মওংদা লৈখিবনি অদুবু মদুদসু ফজনা নৈনবা ঙমখিদে। অদুম ওইনমক মানা ফারফ্রেবু চিংনবা

তুক্কচবদি নোংমা নোংমগী হেনগৎলকখি। মাগী লাম্বা অদুবু য়াম্না তমথীরবা লল্লোনবগী চাংদম্নবা অমদা মায়থীবা পীদুনা মায়খুত্নগে হায়না চপ য়ুংনা মপূক্লীংদা লেপখি। মরম অদুনা জোম্বা জোপ হায়না কৌবা ফারক্রেগী য়েক্লবা অদুবু হেনচার্ডকী মেনেজর ওইনা হাপখি। মরম অদুনা লাম্বা পানদুনা লল্লোনবগী থবক্তা অমগা অমগা চাংদম্নবা হৌরকখি। হেনচার্ডনা ব্রাখল অমা শাগৎখি মদুদি ওল্লকপা চহী অসিদি নোংজু নুংশা ফত্তবনা মরম ওইদুনা গেহ্গী পোৎথোক য়াম্না ব্রাৎকনি। ব্রাখল অসিদগী মতমদুদা ফংবা অরৈবা গেহ্ মখৈ মমল তাওনা মহাক্লা লৈশীন্দুনা, পীদুনা থমখি। নোংজু-নুংশাগী মতাওদা মহাক্লা তুংদা অসি-অসি ওইরকপা য়াই হায়না মাওজৌননা তাকপা ওস্মী হায়না থাজনবা লাইফাও ফাওবা ওস্না মী অমগসু তান্নখি। পীদুনা থল্লিবা গেহ্ অদু তাওলক্লবা মতমদা য়োং দুনা শেন্দোং য়াম্না ফংগনি অদুনা লল্লোনবদা মায় পাকলগে হায়না খনখি। অদুবু লায়বক থীবদি গেহ্গী কারবার অসিদসু মহাক অমুক্তা মায়থীবা ফংখি। হেনচার্ডনা খল্লম্বদুগী ওম্ন-তৈনবদা ওল্লকপা কুম অদুদা গেহ্গী পোখোক খণ্ডহেন হেনগৎখি। মরম অদুনা তাওনা লৈশিল্লুবা গেহ্দু হোওনা য়োনবদা তাখি। থৌদৌ অসিনা হেনচার্ডকী শেল-থুমগী ফীবম খংশোক শোকখি। অদুগা থৌরাং অসিগী দায়ত্ব জোপনি খনবদগী মাবু থবক্তগী খুদক্তা লৌথোকখি।

# ২৭

তমথীরবা লাইবকনা হেনচার্ডপু চু পায়বগুম পায়শিন্দুনা থমখ্রে। গেহ্গী মমলনা হন্থরক্লবা মতমদা গেহ্ লৈশিনবগী মহৎতা হেনচার্ডনা তাওনা লৈশিল্লুবা গেহ্, হোওনা য়োনবা হৌরকখি। অদুগা ফারক্রেনা হোওনা গেহ্ ব্রানশিনবা হৌরকখি। মতম খরদং পম্থরল্লবদি হেনচার্ডকী ফীবমদু অদুক হাক্লা ফত্তবদি তৌরমলোই। অদুবু মানা মতম খরা ওাইবা তৌদনা ব্রানশিল্লুরবা গেহ্শিং য়াম্না হোওনা তাইথোকখি। মসিদগী ইকুই কুইদনা বাজার অমসুং অতে মফমশিংদা গেহ্গী মমল খংতাও তাওখৎলকখি। মতম অদুদা ফারক্রেনা হোওনা লৈরুবা, ব্রানশিল্লুবা গেহ্শিংদু তাওনা তাওনা য়োনবা ওমখি। লমদমদুগী মীয়াম্না মবুংঙো অনীগী লাম্বা অদু খওনরকখি। তাল্লক অসিদা নোংমদি হেনচার্ডকী গাড়ীনা ফারক্রেগী গাড়ীদা থেংজিল্লুবদগী গাড়ীব্রালাশিংদু অমগা অমগা

খংনরকখি। হেনচার্ডসু মফমদুদা লাক্তুনা খংনরিবদু থেমজিনবগী মহুৎতা মশামক খংনবদুদা য়াওশিনখি। থোকলিবা ৱাথোক পূম্বা য়েংলম্বা লুসেটা অমসুং ইলিজবেথসু মফমদুদগী থোরক্তুনা হেনচার্ডতা মাগী গাড়ীৱালা অদুনা লানবনী হায়না খঙহনখি। অদুবু ৱাফমদু মানা থওই ৱাওইদনা মাগী গাড়ীৱালাদা মতেঙ পাঙদুনা থৌনা হাপকৎপদগী গাড়ীৱালা অদুনা নুপীশিং অদুদা য়াম্না থীনা চৈখি। মীচে অদু তাবদা মফম অদু থাদোক্তুনা খুদক্তা চংখি। হেনচার্ডসু থুনা হায় প্লেস হোলদা চংলগা লুসেটা উনবা পাম্মী হায়না খঙহনখি। অদুবু অতৈ অতোপ্পা থবক লৈবনা লুসেটানা উনসি হায়বদু য়াখিদে। নীংবা কায়রবা অমসুং খোয়শাউনরবা হেনচার্ডনা অচিকপা, অমম্বা মফম অমদা লৈদুনা লুসেটাগী খোঙলোমদা অদুম য়েংদুনা লৈখি। মতম অদুদা ফারক্রে লাক্তুনা লুসেটাগী থোঙদা কাক কাক থীল্লবদু উরম্মী। খুদক্তা লুসেটা থোরক্তুনা থোঙ হাংদোক্লগা মখোয় অনী মপাল থোকমিন্নখি। মাঙগী লম্বী লমজাও থাদোকলল্লগা নোংচুপলোমদা তুংগী লৈরক্তা মখোয় অনী চংমিন্নখি। মখোয় অনীবু উহন্দনা হেনচার্ডনা মখোয়গী মতুং ইন্দুনা লাকপনা মমৈথঙদা মখোয়না লৌবুক লম্মাং অমা যৌরকপা মতমদদি অতোপ্পা মফম অমদা মহাক লৈথোক্তুনা লৈখি। মখোয়না শানবা ৱারীদগী মাগা তমথীনা লাম্বা পাম্নরিবা ফারক্রেগা লুসেটাগা নুংশি মরী লৈনরে হায়বদু চপ চানা হেনচার্ডনা খঙখিবগা লোয়ননা অথুবা মতমদা মখোয় অনী লুহোংলকপা য়াবগী ফীবমদুসু খঙখি। হেন্না হেন্না খোয়শাউনরবা হেনচার্ডনা লুসেটাগী য়ুমদা অমুক হন্না লাক্লগা লুসেটা হল্লকপা ঙাইখি। লুসেটানা ময়ুমদা হল্লকপদা হেনচার্ডনা ঙাইদুনা লৈরম্বদু উবদা ঙকপনা খম থেংখি, অদুগা শাউনা হায়খি মদুদি নুমীদাংগী পুং ১০ হেল্লবা, অদুগা অসিগুম্বা থেঙলবা মতমদুদা মাগা উনবগী হক লৈতে হায়না চৈরকখি। হেনচার্ডসু মাগী অনীংবা অমা ফোঙদোক্তুনা পাং দমফম ফংননবা তকশিল্লকখি। খুদক্তা শরীক থীংদুনা ইলিজবেথপুসু লুসেটানা মফমদুদা লাকহনখি। ইলিজবেথনা হেনচার্ডপু হেক উবদা মথৌ মশক খঙনা মঙোনলোমদা চঙশিনখি। মচানুপীগী মথুৎ পায়দুনা "ইলিজবেথ জৈন, নহাকসু ঐনা হায়রিবসি তাখিবা পাম্মী" হায়রগা লুসেটাদা ওনশিন্দুনা "নহাক ঐঙোন্দা লুহোংগদ্রা নৎত্রগা হোংলোইদ্রা" হায়না হংখি। ৱা অমা অনী ঙাঙনরবা মতুংদা লুসেটা ৱাম্বখি। ইলিজবেথনা লুসেটাগী মনাক্তা খুরু খুদক কুল্লগা "মাগী অনীংবগী মায়োক্তা করিগুম্বা অমত্তা নমদুনা তৌহনবিগনু। ঐগা মাগা লৈমিন্নরি অদুগা মসিমসু খঙই মদুদি মহাক মথা তানা থাঙবা ঙমদ্রে" হায়না হেনচার্ডতা হায়খি। পাখৎপদগী লুসেটানা হেনচার্ডকা লুহোংবগী ৱাফম য়াথ্রবনি অদুবু হেনচার্ডনা অমুক্তা তকশিনখিবদি ইলিজবেথনা সাক্ষী ওইরগা লুসেটানা লুহোংগনি হায়না ৱাশকপা অসিনি। করিগুম্বা হায়রিবা অসি য়াদ্রবদি লুসেটাগী থৱায়

শোক্লীংঙাই অমদি নিন্দা তৌনীংঙাই ওইবা হৌগ্রবা কয়া, মীয়ামদা খঙহন্নবা ফোঙদোক্কনি হায়না কিহনখি। 'মাইকল অমুক মখা তানা য়েৎপিরক্লগনু' হায়না লুসেটানা য়াম্না য়ানা য়াম্বুরুবদগী পূমপঙ পঙনা কপ্প-কপ্পদুনা লুহোংবা য়ারে হায়খি। অদুদগী হেনচার্ড মাগী টুপী পায়দুনা হনখি। হেনচার্ড চৎথ্রবদা ইলিজবেথনা "তৌরিবসি করিনো, নহাক্না পাবুংবু মাইকল হায়না মাবু ফজনা খঙবদৌনা কৌই অদুগা নহাক্কী অপাম্বগী মায়োক্তা মাগা লুহোংবগী য়াশক নহাকপু শকহনবগী পাঙ্গল লৈরিবসি করম্নো? আঃ নহাক্কী ঐবু খঙহন্দবা অরোনবা কয়া লৈবোইরে হায়না লুসেটাদা হায়খি। অসুম্না য়া অমা অনী মখা তানা ঙাঙ্নদুনা মখোয় অনী লৈহৌই।

# ২৮

হেনচার্ড হৌজিক্তি মেয়র ওইদ্রে অদুবু মেয়র ওইরম্বনা ম্যেজিষ্ট্রেট অমদি অদুম ওইরি। লুসেটাগী য়ুমদা চৎলুবা নুমিৎতুগী মথংগী অয়ুক্তা য়ু ঙাওবী হনুবী অমগী য়ায়েনগীদমক হেনচার্ডনা পেটি সেসন হায়বা য়ায়েনশঙ কারম্মী। চহীদুগী মেয়র ডাঃ চোকফিল্ড লাক্তবনা মহয়-মরোং লল্লোনবা অদুনা সভাপতিগী আসন লৌরম্মী। নুমিৎতুগী য়াথোক্কী বিচার অমথক্তনি। মরান লৈরবী হনুবী অদু মাগী মমাঙদা লেপলম্মী। হনুবী অদুনা হেনচার্ড অমসুং অনীশুবা মেজিষ্ট্রেটতা করিসু থৌশাদনা য়েংলম্মী অদুগা হেনচার্ডসু হনুবীদুদা মশামকপু হনুবীদুনা করিগুম্বা খরা নীংশিংবগুম তৌমাল্লে হায়না খনবগা লোয়ননা হাইফেৎতং য়েংখি। মাবু ফারকলিবা কন্সতেবল অদুগী জবান লৌবদা কন্সতেবল অদুনা হনুবী অদু লমচৎ-শাজৎ, য়াঙাঙ-শাঙাঙ ফজদবী, লাইশঙদা ঙাওশিন্নদুনা মফমদু মাংথোকপনচিংবগী য়ারোন পীখি। মতুংদা হনুবী অদুনা মাগী য়ারোল পীবা তাখি। হায়রিবী হনুবী অসিদি অতৈ কনা ওইরমদ্রে অদুঙৈ বৈডন প্রাইয়জকী মেলাদা ফরমিটি য়োনবী নুপী অদু ওইরমলে। মহাক্না হেনচার্ডপু চহী ২০গী মমাঙদা য়ু ঙাওরিঙৈদা মাগী নুপী অমসুং মচানুপীবু গিনি মঙাদা য়োনথোকখিবা নুপাদুনি হায়বা খঙখি। বিচারপতিগী ফমফমদা ফন্নগা মাগী মথক্তা য়ায়েন তৌবা হেনচার্ডকী হক লৈতে হায়না হনুবীদুনা শীংনরকখি অদুগা গিনি মঙাদা য়োনথোকখিবা থৌদোক্কী য়ারী অদু

অমত্তা চিংথদনা মীয়ামদা লীখি। মহাক্না মসিমসু হায়খি মদুদি মঙোন্দগী হেনচার্ডনা হেন্না ফবা মী অমা নত্তে। তিন্নিবা মীয়ান্না হেনচার্ডতা য়েংনরকপদদি মাদি ইকায়মনখিবনা কুচু তাইফেং তাইখি। ব্রায়েনশঙগী কেরানী অমনদি হনুবীদুনা হায়রিবদু শেমজিন শাজিনবা ব্রারীনি, নরৈ খৎকনু হায়রকপদা হেনচার্ডনা লেপখৎতুনা হায়খি "নত্তে, মাগীসি অচুম্বনি, ঐনা মঙোন্দগী হেন্না অফবা মী অমা নত্তে।" ব্রায়েনশঙদা তিন্নম্বা মীয়াম পুন্নমক ব্রাফমদুদা ওক্লখি। হেনচার্ডনা মাগী চৌকি থাদোকলন্নগা মীয়াম মরক খায়দুনা চৎখি। পাউ অসি লুসেটাগী নাকোং য়ৌখি। নুপী অমনা হেনচার্ড অসি ভদ্রলোক অমা ওইহ্রিঙৈদা মাগী নুপীবু গিনি মঙাদা য়োনথোকখি হায়বসি প্রমাণ তৌরে হায়না মীয়ান্না ঙাঙনখি। মসিগী ব্রাফম অসি লুসেটাসু হন্দক্নীসিনা ইহান হান্না তাবনি। অসিগুম্বা নুপা অমদা লুহোংগনি ব্রাশকখিবগী মতাঙ খল্লুবদা থম্মোয় শোক্লা নুংঙাইখিদে। নুমিৎ খরনীগী ওইনা শূক্লা মন্নবা কাষ্টব্রিডজ থাদোক্লুনা সমুদ্র তোববান্দা লৈবা পোর্ট-ব্রেডিদা পোখারুগে হায়না ইন্নিজবেথতা হায়রন্নগা লুসেটা মফমদুদা চৎখি।

অমম্বগী মশক ওইরে হায়না খল্লবা কাষ্টরব্রিডজ থাদোক্লুনা লুসেটানা পোর্ট-ব্রিডিদা চৎখিবা মতম অদুদা ফারফ্রেদি ময়ুমদগী চখোকখিবা অদুনা মরম খরা মখৈ ওইরম্বা য়াই হায়না ইন্নিজবেথনা খনখি। মাগী মবেম্মা লুসেটানা চখোকপ্রিঙৈ মতমসিদা মহাক্না হায়-প্লেস হোলগী থবক পুখি। মতুং নুমিৎ নীনি হুমনী লৈরগা হেনচার্ড য়ুমদুদা লুসেটা হংবা লাকখি। মহাক লৈতে হায়বা খঙবদা হেনচার্ড মথব্রায় নুংঙাইতনা হনখি। মথংগী নুমিৎতা অমুক হন্না লাক্লুনা "মহাক হৌজিক লাক্লবরা" হংলকপদা ইন্নিজবেথনা "হোয়, মহাক ঙসি অমুক হল্লক্নে, অদুবু ইয়ুংদা লৈতে... পোর্ট ব্রেডিদা চৎখি, ষণগারকপা মতমদা য়ুমদা হল্লক্নি" হায়রকপদা হেনচার্ডনা য়ুমদু থাদোক্লুনা হনখি।

## ২৯

**মতম** খরগী ওইনা ফারফ্রে কাষ্টরব্রিডজ থাদোকখি। অদুবু মহাক হেনচার্ডনা লুসেটাগী নাক্তা লাক্লদবা অহীং অদুমত্তদা লাক্লনি হায়না থাজখি। লুসেটানা সড়কলোমদা

অসুম কোয়থোরকপা মতমদা মাগী গাড়ী লাক্কদ্রা খল্লম্বনি অদুবু গাড়ী লাকপগী খুদম অমতা ফংখিদে। লুসেটানা হল্লকপদা লম্বীদা ইলিজবেথ জৈনগা উন্নখি। মতম অদুদা অকিবগী মশক ওইরবা চাউরবা ষণ লাবা অমনা মখোয় তম্না চেনশিল্লকখি। চঙজফম লৌননবগীদমক লৌশঙ অমদা মখোয় চেনশিল্লকখি। অদুবু ষণলাবা অদুনদি মখোয়বু অদুম লেপ্পুনা তান্নরম্মী। লৌশঙ অদুগী অকোয়বদা ষণদুনা মখোয়বু কোইতান তান্নদুনা অদুক্কী মতীক কিনীংঙাইগী মশক ওইখি। ইথা থাজদনা খুদক্তা হেনচার্ড চেনশিল্লক্কুনা ষণলাবা অদুবু থীনা ফুবদা মনাতোনদু ঈ থোকখি। ষণদুবু তানথোকখ্রবা মতুংদা, মতমদুদা ৱাল্লদুনা লৈহৌরিবী লুসেটাবু তেঙ পাঙনবা হেনচার্ড অমুক মাগী নাক্তা হল্লকলম্মী। মতম অমদা লুসেটানা হেনচার্ডপু জর্সিদা মাগী অনাবগী ফমুংদা সেবা তৌদুনা মথৱায় কনবিখিবা অদুগুম্না ঙসিদি হেনচার্ডনা লুসেটাবু কনবিখ্রে। মখোয় অহুম হৌজিক য়ুমলোমদা হল্লকলম্মী। মখোয়না হল্লকপদা লম্বীদা মফ (খুৎ মোজা মানবা নুপীগী ফি মখল অমা) য়াওরমদ্রে ষণনা তান্নবা অদুদা মফ অদু লৌশঙ অদুদা তাহৌরমাল্লে। মরম অদুনা ইলিজবেথপু মফমদুদা মফ অদুবু লৌরুনবা থাখি। মরক অসিদা লুসেটাবু সহুরদা হেনচার্ডনা অদুম পুরম্মী। মফ লৌবা চংপগী লম্বীদা ইলিজবেথনা ফারফ্রেগা থেংনরম্মী। অদুগা থোকখ্রিবা থৌদোক খুদিংমক অমত্তা চিখ্দনা তমলম্মী। অসোমদনা হেনচার্ডনা লুসেটাদা মখোয় অনী অদুক থুনা লুহোংনবা তকশীল্লরোই হায়খি। মথৱায় কনবিখিবা অদুগী য়াম্না তৌবিমন খঙলবী লুসেটানা হেনচার্ডতা শেল-থুমগী মতেঙ পাংজগে হায়জবদা হেনচার্ডনা মদুগী ৱাফম অদু য়াখিদে। হেনচার্ডনা মাগী মহাজন মিঃ গ্রোব্বরদা মখোয় লুহোংলগনি হায়বা অসি খঙহনসি হায়না লুসেটাদা হৌদোক্লম্মী। হেনচার্ডকী ৱাসি তাবদা লুসেটানা ৱাফম অদু য়াবা ঙমলোই মরমদি পোর্ট-ব্রেডিদা মাগা ফারফ্রেগা হান্ননা লুহোংখ্রে অদুগা লুহোংবগী সাক্ষীসু মিঃ গ্রোবর মশামক্তা ওইখি হায়খি। লুসেটাগী ৱাদু তাবদা হেনচার্ড 'সিনি হায়বা ঙমদবমখে থম্মোয় শোকখি। থোকখ্রিবা থৌদোক পুম্বগী ওইরকখিবা মরমশিং লুসেটানা মচা খায়না শন্দোক্লা হায়জরকই : *অহানবদা, মহাক্ত I করিগুম্বা তকশিনবা অমদগী হেনচার্ডকা লুহোংগনি হায়না ৱাশকখি, অদুগা অনীশুরকপদনা ৱৈডন প্রাইয়ডজতা মাগী নুপীবু য়োনথোকপগী ৱারী তারকখিবা অদুনা অদুগুম্বা নুপা অমদা লৌন-লৈনবগী ৱাখল খনবা ওইথোকত্রে হায়না পুক্লীংগী অচেংপা ফিরেপ লৌখ্রে।* লোম্না লুসেটানা ফারফ্রেগা লুহোংখ্রে হায়বা অসিদা হেনচার্ড অসুক্কী মতীক মথৱায় নুংঙাইখিদে। লুসেটানা হরাওনবা থুনা লুহোংনবা তকশিনবগী মহৎতা য়ৈথোক্লবগী ৱাফম হৌদোকলুবনি। অদুবু মসিগী ওন্ন-তৈনবদা ফারফ্রেগা লুহোংখ্রে হায়বসিদি হেনচার্ডকী মফমদদি নোং মংদনা বজ্র তারকপগুম্বনি। হৌজিক হেনচার্ড, লম

খুদিংদা মায়থীবা অমসুং মাঙ-তাকপদা মওইরে। অপাম নুংশিগী লান্দাদা মায়থীরে, শেল-থুমগী লমদা পূমমাং মাঙলে, ফম তারে। হেনচার্ডকী লৈখা তাবা খম থেংবদা নত্তনা মপুং ফানা ইজ্জৎসু মাঙলে।

# ৩০

হান্না শীললাঙখিবা মতুং ইন্না ফারফ্রেনা মাগী উপুশিং অমদি য়ুমগী পোৎ-চৈশিং মাগী নুপীগী লৈফম হায়-প্লেস হোলদা পুরক্লবা য়াথং পীরম্মী। মহাক্না হায়-প্লেস হোলদা থুংখিবা মতমদা লুসেটানা মাবু হরাও তরাম ওকখি। মখোয়গী লুহোংবা অদু লুসেটানা ইলিজবেথপুসু খঙহননীংই হায়না ফারফ্রেদা হায়জরম্মী। অদুগা ইলিজবেথ অসি মখোয়গা অসুম লৈমিন্নবদা য়ানীংদব্রা হায়নসু ফারফ্রেদা হংজখি। ফারফ্রেনা অদুম লৈমিন্নবদা য়ানীংই হায়না মচীন্দা হায়জরবসু মঙোন্দদি ফীবম অদু কয়া যুং চারোই হায়নদি মপূক্লীংদা খনখি। নুপীমচা অদুগা মপুরোয়বগা হান্না লৈনবা মরী অদুদি লুসেটানদি খঙলমদ্রি। মানা ইলিজবেথকী কাদা চঙদুনা ব্রাফমদু খন্না নৈনবা হৌদোকখি। খন্না-নৈনবা অদুদা খঙনরমদবা ব্রাফম কয়া অমসু খঙনরকখি। লুসেটানা ইলিজবেথপু মখোয়গা লোয়ননা অদুম লৈমিন্নসি হায়না কন্না হায়জরবসু ব্রাফমদু ওইথোকপা য়াবা নত্তে হায়না ইলিজবেথনা খঙখি। লুসেটানা ইলিজবেথপু মাগী কাদা অদুম থনম্লগা মপুরোইবগী মনাক্তা অমুক চঙখি। ইলিজবেথতি খুদক অদুদা হায় প্লেস-হোল থাদোক্লমলগে হায়না চপ যুংনা মপূক্লীংদা লেপখ্রে। অহীং অদুমক্তদা মফমদু থাদোকলম্লগা অনৌবা খুদোংচাগদবা লৈফম থিরকপদা অনৌবা য়ুম অমা ফংবদগী মদুদা হোংজিনখি। মানা হোংজিল্লিবা য়ুম অসি হেনচার্ডকী য়ুমগা হেক মায়োক্লবদা লৈরম্মী। লুসেটাগী লুহোংবা অসিনা ইলিজবেথকী থম্মোয়বু মচেৎ মচেৎ কায়হনখি, মাগী নুংশিজরবা নুপাবু মখুত্তগী মীনা লাকখিবগুম থোকখিবা অসিদা মহাক য়াম্না পেল্লমদে। অদুগা মাগী ঙাকলৌ ওইরম্বা কয়াসু মথং মথং কায়থরকখি। অহানবদা অপোকপা মপা মিঃ ন্যুসন কায়নখি, মথংদা ভ্রশিবনা মমা সূজনবু মুনবিখি, মথংদা পোক্তবা মপা হেনচার্ডকা কায়নবা তাখি, অরোয়বদা মহাক্তা নুংশিনজবা ফারফ্রে অমসুং মাবু ঙাকপী শেনবীরিবা মবেম্মা লুসেটাবু থাদোক্লম্বা তাখি। মপুন্সিদা ব্রাফম থোকপা কয়া অমগী মথক্তসু অতোপ্পা কয়া অমসু খাঙবা তাখি। মাগী পুন্সিদু তিংখং মথক্তা মতোমতা থম্বীরম্বগুম তৌরে। অদুবু মাঙদা তাদুনা লৈরিবা পুন্সিগী অব্রা-অনাগী খোঙচৎ লেপতনা থেংনখিগনি হায়না থৌনা ফনা কনাবুসু নিন্দা তৌদনা থেংননবা শেম-শাদুনা লৈখি।

# ৩১

**ব্রায়েনশঙদা** ফরমিটি য়োনবী নুপী অদুগী পাউদম অদু য়াম্না থুনা মায়কৈ থুংনা শন্দোরকখি। পুং ২৪গী মনুংদা চহী ২০ গী মমাঙদা ব্রৈডন প্রাইয়জকী মেলাদা হেনচার্ডনা পাঙথোকখিবা অঙাওবা থবক অদুগী পাউসি কাস্টরব্রিডজগী মনুংদা তাদবা মী অমা ফাওবা লৈখিদ্রে। মসিনা হেনচার্ডকী মিংচংতা অচৌবা চৈফু অমা ওইখ্রে। শেল-থুমগী লমদা মহাক লৈখা তানা মাঙবদা ঈরোম্নুংদা লুপ্পবনি, মাগী পুন্সিগী অহানবা থৌদোক ব্রায়েনশঙদা ফরমিটি য়োনবী নুপী অদুনা ফোঙদোকখিবা অদুনা সামাজগী থাক্তা পুমমাঙ মাঙলবা মীশক অমসু ওইরবনি। অসিগীসু মথক্তা থোকলক থোকলকপা থৌদোক মাগী পুন্সিগী য়েক্লবতা মওইরক্লে। মহাক্কী খুৎতা শেল লৈরক্তবা খুৎ তংলকপগী মতাঙদা কমিসনরশিংনা মসিগী মীতিং ফাওবা তৌরবনি। মশাগী সনাগী ঘড়ী, শেনগাওনচিংবা য়োম্লোকখি। মী অমা ওইনা, লল্লোনবা অমা ওইনা অমসুং নুংশিনবা অমা ওইনা য়ৌনা মায়থীরবা মীশক অমা হায়বদু ওইরে, অদুবু মহাক্কী উপায় লৈজদবা কয়াদুবু থম্মোয়শেংনা ঙাঙথোরকপদদি মীপুম খুদিংবুদি ঙকহনখি। সেনিয়র ওইরবা কমিসনর অমনা মাগী মতৌদু উক্নরগা *শেন্দোনবা মী অমনা মাগুম্না নোম্লুকনা চংপা শাজংতি কৈদৌঙেদসু উখিদ্রি* হায়খি। মহাক্কী লেমহৌবা মশাগী সম্পত্তি পুম্বা য়োম্লোক্তুনা মীগী শেন্দোন শিংদোক্লবা হোৎনখি। মমৈথঙদা মাগী ফজরবা মুমজাওদু থাদোক্লনগা মাগী মেনেজর ওইরম্বা জোপকী খাঙপোকশঙ অদুদা শাইদাংদুনা লৈখি।

# ৩২

**কাস্টরব্রিডজ** সহরগী মখাথংবা শরক্তা থোং অনীখক লৈ। অহানবা থোং অদুদি য়াম্না কুইরবা চেক্কী থোংনি অদুগা অনীশুবা থোংদুদি কুইদ্রিবা নুংনা শাবা থোংনি। নীংবা কায়রবা মীয়াম্না থোং অনীসিগী মনাক্তা হেক হেক লাকই। অহানবা

থোংদুগী মনাক্তনা লমচৎ-শাজৎ খ্বাইদগী হুম্বা মীওইশিংনা য়াম্না পাম্নে অদুগা অনীশুবা থোংসিদনা মতম অমদা লূ-হেল্লম্বা মীওই কয়ানা পাম্নে। অনীশুবা থোংসিদা হেনচার্ডসু মী অতৈগুম্না পুন্সিগী নীংবা কায়রবা অমদি মাং তাক্লবা মতমসিদা হেক হেক চৎলম্মী। নোংমদি হেনচার্ডনা মফমসিদা ফারফ্রেগা থেংনরম্মী। মঙোন্দা য়াম্না নোল্লুকপগা লোয়ননা ফারফ্রেগীদা লাক্তুনা লৈবিরনবা হায়জখি। অদুগা মাগী টেবল চৌকি উপু কাংথোম্নচিংবা পুম্বা মানা লৈদুনা লৈরে অদুনা অপাম্বা পোৎ খূদিংমক লৌবিবা য়াগনিসু হায়রম্মী। মাগী থৌজাল অমসুং মিনুংশিদু হেনচার্ডনা য়াম্না থাগৎখি অদুবু পোৎশিং অদু লৌ হায়বদি মানা য়াখিদে। ইলিজবেথ জৈনসু হেনচার্ডকা য়াম্না নক্লনা লৈরম্মী। নোংমদি হেনচার্ডতু মশা নারে হায়বগী পাউ অমা তাবদগী ইলিজবেথনা মাগী কাদা চঙলক্তুনা মপাগী সেবা তৌখি। থৌওং অসি হেনচার্ডমকন্দি য়ানীংখিদবনি। লায়বকথীবা থৌদোক অমনা মহাক নাবা ফরবা মতুংদা অতনবা লায়না অমনা অমুক নাখি। ফারফ্রেগা মাগা য়ান্নবা অমগী মখাদা চক্ক ককপগী থবক অদু অমুক হন্না তৌখি। মতম খরদি মঙোন্দা শিন্নরিবা থবক্তু ফজনা চখরম্মী। নোংমদি মেয়র ফমগীদমক ফারফ্রেবু খন্নরি হায়বা পাউ অমা শন্দোরকপদা হেনচার্ডকী অরিবা লাইমন্দু অমুক কাওবা হৌরকখি। অদুনা ফারফ্রেবু অমুক্কা তুক্কচবা হৌরকপা অদুনা মাগী থম্মোয়বু য়াম্না শোকহনখি। চহী ২১ যু থকলরোই হায়না চীং-লেম্ন া ব্রাশকখিবা মতমদু ঙসিদি চপচানা মপূং ফারে। ব্রাশকখিবা মতমসি হেক লোইবদগীদি হের্নচাড অমুক হন্না যু থকপা হৌরকখিরম্মী। মতম শুফাৎত্রিঙৈদা হের্নচাডনা তোয়না তোয়না হায়খিঃ-থাখায় অমত্তা মঙায়রে, নুমিৎ ডজন অমত্তা মঙায়রে অসুম্না মশীং অসি নোংমা নোংমগী অসুম অসুম হন্থখি। -নুমিৎ ডজন অমতা হায়রিবা অসি করিনো?, সোলোমোন লোংবেজনা হংখি।

-মরমদি নুমিৎ ১২নি শুবদা ঐ, ঐগী ব্রাশকতগী নাম্থোক্লগনি, হেনচার্ডনা খুমখি।

-করি ব্রাশক্লো ?

-চহী ২১ যু থক্লরোই হায়না ব্রাশকখিবদু, নুমিৎ ১২নি শুবদদি মপূং ফারগনি, অদুদগীদি ঐ ইশামক নুংঙাইরগনি।

# ৩৩

**নোংমাইজিং** নুমিৎ থৃদিংগী নুমিৎ য়ুংবা মতুংদা কাস্টরব্রিডজগী নুংথিল থবক শুবা মীয়াম্না গির্জাগী থবক য়াওরবা মতুংদা মখোয়না থ্রি মেরিনর্স ইনদা হেক হেক পুল্লী। অদুগা মফম অদুদা মখোয়না য়ু পিন্ট* তংখাই অমমম থকই। মহাক্না খাঙলকপা য়াশক অদু ঙাক্লবা মতুংদা য়াশক্তু থুগাইনবা হেনচার্ডনা নোংমাইজিং নুমিৎ অমা খনগৎলম্মী। মীয়াম্না মফম অদু য়ৌরকপদা হেনচার্ডতি হানননা য়ু থক্লম্লে। মহাক্না য়ু থক্লিঙৈদা স্তোত্র (লাইথুরম ঈশৈ) শকপশিংবু মাগীদমক শকপিয়ু হায়জখি। মতম অদুদা ফারফ্রে অমসুং লুসেটাসু গির্জাদা চৎলুবদগী লম্বী অদোমদা হল্লকপদু মখোয়না খঙখি। হেনচার্ডনা তাঙ্গা অদুদা শৈশকপশিংদা শাপ অমসুং মীবু চৈবনা মপৃং ওইবা ঈশৈ শকউ হায়রম্মী। য়ুগী ময়াইনা খুদুম চনশিনগ্নবা হেনচার্ডনা ফারফ্রেবু হৃকথেংননা চৈরকখি। তাঙ্গা অসিদা ইলিজবেথসু মফম অদুদা থুংলম্মী। মহাক্না মপাবু মাগা চৎমিনরসি হায়না থেমজরম্মী। মপানা ফারফ্রেবু ধমকা তৌদুনা কিহল্লগা লাউ-খোংবদুদা পাখৎচখি। অদুগা ফারফ্রেদা চেকশিন্নবা হায়জবা অসি মাগী মথৌনি খনজখি। নোংমা লুসেটা অমসুং ফারফ্রেনা থবক শুফমদা থবকশুবা মীয়ামদু য়েংবা লাকপদা হেনচার্ডনা লুসেটাবু ইকাইবা পীদুনা চৈরগা নোক্লখি মদুদা লুসেটা বুদ্ধি লৌশিং মাঙখি অদুগা মওং অদুম্না তৌবীগনু হায়না চিঠি ইখি। মতম অসিদা হেনচার্ডকা ফারফ্রেগা লৈনবা মরী অসি অসুক্কী মতীক ফৎলমদে মদুদি য়াম্না থুনা খুদোং চাগদবা অমদা ফারফ্রেবু লমন খুমগে হায়না শীংদুনা লৈখি।

* পিন্ট অমগা গেলোন অমগী নিপান থোকপগী অমগা মাম্লে।

পিন্ট $\frac{১}{৮}$ = গেলোন।

# ৩৪

**হেনচার্ডকা** ফারফ্রেগা লৈনবা মরী অসি ৎচিল্লক্তবগা লোয়ননা হেনচার্ডনা ফারফ্রেবু অমুক্তং ফৃগে য়ৈগে হায়বগী থৌরাং ফাওবা তৌখি। হেনচার্ডকী থৌরাং অসি ইল্লিজবেথনা মুন্না খঙখি। নোংমা অয়ুক্তা ইল্লিজবেথনা ফারফ্রে উন্নবদা হেনচার্ডনা মাগী য়েক্লবা ফারফ্রেবু ফৃ-চৈবা তৌগদৌরি চেকশিনবিয়ু হায়জখি। অপাম নুংশিগী লমদা নীংবা কায়জরবসু ফারফ্রেবুদি খুদোংথীবদগী কন্নীংখি। হেনচার্ডনা অসিগুম্বা থবক চথরক্কনি হায়বসি ফারফ্রেনদি থাজখিদে। অহোইনদুম হেনচার্ডকীদমক মীয়ামগী মতেঙগা লোয়ননা দুকান অমা ফাওবা লিংখৎকে খল্লিবনি। অদুবু মদুগী কেরানী অদুনসু হেনচার্ডসি ফারফ্রেগী তমথীরবা য়েক্লবা মীশক অমনি হায়না খঙহনবদগী পামদ পামদনা দুকান লিংখৎপগী থৌরাংদু তোকখি। দুকান-শানি হায়না থৌরাং তৌরমলগা তোকখিবা অদুদসু হেনচার্ডকী থম্মোয়দা তমথীহনবা হেনগৎহনখি। মরক অসিদা সহর অদুগী কাউন্সিল্লরশিংনা ফারফ্রেবু কাস্টরব্রিডজগী মেয়রগীদমক খন্নবা প্রস্তাপ তৌখি। হেনচাদর্ডনা ফারফ্রেবু কল্লকপসু অসুম অসুম হেনগৎখি । মাগী মপুরোইবগা হেনচার্ডকা লৈনবা মরী ৎচিল্লক্তবা অমদি য়েংথীনবা হেনগৎলকপদা লুসেটাসু নে-না তানা লৈজবা ঙমখিদে। অমরোমদা হেনচার্ডনদি মরায়বক থীরবী নুপীমচাসিগী মাঙনবা শিনবদু লেপ্লা লৈখিদে। নুংশা থীজরবী লুসেটানা মানা পীখিবা চিঠিশিংদুগী ব্রাখন্দা ঙাওরিঙৈদা হেনচার্ডনা ফারফ্রেগী মাঙদা চিঠি খরা, পীরক্লিবা নুপীগী মিংদি তাকথোক্তনা পাথোকলম্মী। চিঠিদা সহি তৌরক্লিবী অদুগী মিং পাথোক্লগা মরায়বক থীবী নুপীমচা অদুগী মপুল্লি মাঙনবা ব্রাখল লৈখিবনি। অদুবু মিংমক্তুদি তাকথোকখিদ্রে।

## ৩৫

**লুসেটানা** মাগী কাদগী কনাগুম্বা অমা মপুরোইবগা ৱারী শারি হায়বসি তারম্মী। য়াম্না লাংতক্লনা খঙনীংবা অমা য়াওনা করি ৱারীনো, কনাগা শান্নরিবনো হায়বদু খঙদোক্লবা মপান্দা থোরক্লগা লোম্না তারম্মী। মতমদুদা হেনচার্ডনা মঙোন্দা লুসেটানা পীরকপা চিঠিশিংদু ফারফ্রেগী মাঙদা পারম্মী। লুসেটা কিবনা নুংবঙনরম্মী। চিঠিশিং অদুনা মরম ওইদুনা মাগী অরোনবা খূদিংমক ফোঙদোরক্তুনা সমাজনা মাবু নোক্লখিগদ্রা কিজবা অদুগী পোক্লেপফম লৈখিদে। হেনচার্ডনা থৌদোক অদু ফোঙদোক্লীংবগী অপাম্বা লৈখি অদুগা লুসেটানদি ফোঙদোরক্লগা মদুগী ওইরক্কদবা ফল অদুগীদমক ৱাজখি। ফারফ্রেনা ঈংনা লেম্না লৈবা অদুগা হেনচার্ডনা লুসেটাগী মিং পল্লক্তবা অদুদা লাইবকথীরবী লুসেটা থর মখৈদি পোখাজখি। লুসেটানা চিঠিশিং মঙোন্দা হল্লক্লবা হোৎনগে হায়না চপ য়ুংনা লেপখি। রিংদা মাগা হেনচার্ডকা উনখি। লুসেটাবু মাঙহনগে খল্লুবা হেনচার্ডতু উপাই লৈজদ্রবী নুপীমচা অমবু লমন খুম্নবা হোৎনরুবা অদুগীদমক ইকাইখি। *হৌজিক ঐবু চিংনগনু, ঐনা ঐগী ৱা ঙাক্লনি* হায়দুনা চিঠিশিং অদু লুসেটাদা হল্লক্কনি হায়না হেনচার্ডনা ৱাশকখি। অদুগা হল্লক্কদবা নুমিৎনা মথং নুমিৎকী অয়ুক্তি হায়বদুসু খঙহনখি।

## ৩৬

**নোংমগী** নুমিত্তা জোম্বা জোপনা লুসেটাগী মফমদা থবক অমা ফংননবা ফারফ্রেদা খরা হায়নবীয়ু হায়না তকশিল্লম্মী। লুসেটানা ৱাফম অদুগী মতাঙদা মপুরোইবদা কয়া হায়নীংদবগী মওং উৎলকপদা জোপনা মদু মঙোন্দা ইকাইবা পীবনি হায়না লৌখি। অদুগীদমক লুসেটাবু অমুক্তং লমন খুমগে হায়না চপ য়ুংনা খনখি। নীংবু নীংলবদি থোক্লবা অমসু হেক্তা মরাকপা য়াওই। মানা ময়ুমদা হল্লকপদা হেনচার্ডনা চাজুম নম্বা

ময়োম অমা লুসেটাদা পীয়ু হায়না শিন্নররে। মনুংদা করি করি য়াওরিবগে হায়বদু খঙনীংবা অমা য়াওনা জোপনা কোন্না হাংদোক্লুনা য়েংলুবদা লুসেটানা হেনচার্ডতা ইবা অপাম নুংশিগী চিঠিশিং ওইরম্লে। অহানবদদি চিঠিশিং অদুগী মরমদা জোম্বা জোপনা থোইনা খম্বুরুবা তৌরুদে। অদুবু লুসেটাগী মরাইবক থীবা থৌদোক অমনা হেনচার্ডনা শিন্নবা চিঠিশিং অদু জোপ্না লুসেটাদা পীত্রিঙৈদা মমান্নবা অনীগা লোয়ননা মিক্লন লেগুদা লৈবা ফত্তবা মীয়ামগী পুনফম ওইবা মীথুংশঙ অমদা লৈবা পিটরস ফিংগরগী মনাক্তা চংলম্মী। মীফত্তা ময়াম অদুনা অসুম ব্রারী শান্নরকপদা লুসেটাগী চিঠিশিং অদুগী মতাঙসু জোপনা মীয়ামদা খঙহনখি। ফত্তবা মীয়াম অদুনা লুসেটাগী ব্রাফম অসি মীয়াম প্রজাদা খঙহনবা ফৈ অদুনা *স্কিমিটি রাইড* অমা পাঙথোকসি হায়না লেপ্লখি। অসুম্না মখোয় মশেন অমগা অমগা ব্রারেপ্লরবা মতুংদা জোম্বা জোপনা মথংগী অয়ুক্তা লুসেটাগী চিঠিশিং অদু মশামক্তা হকথেংননা শিন্নখি। চিঠিশিং অদু ফংলবদা মরায়বক থীরবী লুসেটাদি মশাগী ওইনা খুদোংথীবা করিসু লৈব্রে হায়না মতোমতা খঞ্জখি। অদুবু নাকন অমরোমদদি তমথীরবা লাইবক্লা মাবু য়োংকদবগী ঙাইদুনা লৈরি। জোম্বা জোপনসু মাগী লমন খুমনীংবগী ব্রাখন্দা লূপখিবনা খুদোংচাবা অদুখক নাম্বোকহনগে খনখিদে।

## ৩৭

**কাস্টরব্রিডজদা** অসিগুম্বা থৌদোক থোক্লিঙৈদা অতোপ্পা য়াম্না মরুওইবা থৌদোক অমমুক থোক্লরে। কোনুংগী অচৌবা ফম্নাইবা অমা সহর অদু ফাওদুনা নোংমা নোংচুপ্লোমদা লৈবা ইঞ্জিনিয়ারিং ব্রার্ক অমা শজ্জাবা চংকদৌরি। থোঙচৎ অসিদা মহাক কাস্টরব্রিডজদা ঙাইহাক পন্দুনা মীয়াম্না মাবু তরাম তরাম ওক্লদৌরি। রিসেপসন কমিটি অদুদা হেনচার্ডসু য়াওজগে হায়জরুবদা মহাক্তি মিউনিসিপাল বোর্ডকী মেম্বর অমা নৎত্রবনিনা য়াওবা য়ারোই হায়রকখি। অদুনা মাবু কমিটি অদুদা য়াওহনখিদ্রে। অদুম্মক ওইদুনসু কোনুংগী ফম্নাইবা অদু কনা অমত্তনা ওকপা য়ারোই

মাখক্তনা ওক্কদবনি হায়না হেনচার্ডনা হায়খি। মীয়াম তিল্লকপা মতমদা ফম্লাইবা অদুসু য়ৌশিল্লক্লম্মী। হেনচার্ডনা ফিরাল অমা পায়দুনা মীয়াম মরক্তা ফম্লাইবা অদুবু ওক্লবা চেনশিলকখি। মানা চেনশিল্লকপা অদুদা মীয়ামবু খুনিংনা থিন্দুনা ফাওজিল্লক্লগা উনবা লাক্লিবা ফম্লাইবা অদুদা মখুৎ তিংথোকলম্মী। অসিগুম্বা মাগী অঙাওবগী থৌদৌ অদুদা তিল্লিবা ময়াম্না মাবু ঙকনখি। মেয়রগী অথোরিটি পায়রিবা ফারফ্রেনা হেনচার্ডপু ফাদুনা তুংলোমদা ইম্থোকখি। অদুগা মাবু তুংদা পুথোকখিনবা অকনবা য়াথং পীখি। হেনচার্ড শাউবনা মৈ হৌখি। অদুম ওইনমক নুমিৎতুগী থৌরম অদুদি ফজনা মায় পাক্লা পাঙথোকখি।

নিংথৌগী ফম্লাইবনা কাস্টরব্রিডজদা লেঙঙকপা অসি অহমশুবা কিং জজ্গী মতমদা অমুক থোকখি। মদুগী মতুংদগীদি নুমিৎ অদু ফাওবগী মনুংদা অমুক্তা থেংনখিদ্রি। অদুনা মীয়াম্না হন্দক্কী মতাঙ অসিদা থৌরম অসি য়াম্না পাক চাউনা পাঙথোকনীংখিবনি। পৃংখায় অমা মফম অদুদা পল্লম্বা অদু তশেংনা হায়রবদা শাংলবা মতম নত্তে। হন্দক্কী মতাঙ অসিদি লুসেটাগী মফমদদি মাগী পুন্সিদা মতোল লোম্না কারবা খ্বাইদগী ৱাংবা থৌদোক্লি। মেয়রগী লোয়নবী ওইরুবনা মাবু য়াম্না ইকায় খুম্নবীখি। অদুগা কোনুংগী ফম্লাইবা অদুনা মাগা খুৎ শোক্লখি। অমরোমদা ঙসি তিল্লিবা মীয়ামগী মনুংদা মীথিঙ্গাই কাঙবু অমসু য়াওরম্মী। পিটরস ফিংগরদা পাখিবা লুসেটাগী চিঠিশিংগী ৱারোল অদু কাস্টরব্রিডজগী লৈরক খুদিংদা শন্দোক্লবা কাঙবুদুনা হোৎনখি।

## ৩৮

**কোনুংগী** ফম্লাইবা ওকপগী থৌদোক অদুগী মতুংদা হেনচার্ডনা ফারফ্রেবু হান্নদগী হেম্না ফুগে-য়ৈগে হায়বা অদু চপ য়ুংনা লেপখ্রে। মহাক্লা ফারফ্রেগী য়ুমদা চৎলদুনা মাগী ফৌগৈদা উনবা পাম্মী হায়বসি খঙহনখি। ফারফ্রেদি মপাঙ্গল য়াম্না শোনবা মীনি অদুনা হেনচার্ডনা মাবু মখুৎ নামতনা ফাওবা পানবিগে হায়না খনখি। মরম অদুনা মাগী মখুৎ ওইথংবা অদু মশাগা কোম্লনা পুনশিল্লগা ফৌগৈ অদুগী মথক ইথং থংবা কাদা ফারফ্রেবু ঙাইদুনা লৈখি। করি থোক্লগদগে হায়বা খঙত্রিবা ফারফ্রেনা হুই খোংল-খোংলদুনা ফৌগৈ অদুগী মথক থংবা কাদা কাখৎলকপদা হেনচার্ডনা খঙহৌদনা *ঐখোয় হৌজিক মায়গা-*

*মায়গা মায়য়োক্লরে, লাম্বা-লাম্বা পানবা তারে* হায়না লাউরকখি। অসিদসু নত্তনা মাবু কোনুংগী ফম্নাইবা লাকপা মতমদা ইকাইবা পীখিবা ব্রাদু পল্লকখি। তৌরিবা অমদি থোকখ্রিবা থৌদোকশিং অদুগী মরমশিং ফারক্রেনা য়াম্না চুম্না থম্মোয় শেংনা হায়জরবা ফাওবদা হেনচার্ডনা করিগুম্বা অমতা মনাদা হাপখিদ্রে। মরায়বক থীরবা ফারক্রেদি মখূৎ নামা পুনশিল্লবা হেনচার্ডকা খৎনবদা লাম্বা য়াবা মী নত্তে, য়াম্না মপাঙ্গল শোঙ্গবা মীনি। হেনচার্ডকা মায়োক্লবদা মশা ঙাকথোকচবা ঙমদবা মীনি। য়াম্না থুনা হেনচার্ডনা মাবু খুদুম চন্দুনা লাকহৎখি। মথক ইথং থংবা কাদু লৈমায়দগী ফুট ৪০ ব্রাংলিবনি। মদুদগী ইন্তরকপা তারবদি ফারক্রে শোয়দনা শিগদৌরিবনি। *নহাক্কী পুন্সি ঐগী খুৎতা লৈরে* হায়না হেনচার্ডনা হায়রকপদা *অদুদি লৌরো লৌরো। নঙনা মদু মতম শাংনা নীংজরক্লবনি অদুনা ঐগী থব্রায় লৌরো* হায়না ফারক্রেনা খুমলকপদা শাউরম্বা হেনচার্ড খুদক্তা ইকায়বা ফংখি। অদুনা ফারক্রেবু ইন্থদুনা হাংপা ঙমখিদে। তমথীরবা মাগী শাজৎতা হন্দোকপগী ব্রাখন পোকলকখি। চুম্না ইকায়রকপদা নত্তনা ফারক্রেদা মাবুসু ঙাকপিনবা হায়জগে ফাওবা খনখি।

# ৩৯

**ফারক্রেনা** মথং মথং পাঙথোরকপা থৌরমগী মতূং ইন্না মখা তাথরকপদা বদমাউথসতা চৎপা পামখি। অদুবু চৎলমদাইদা মানা কনানা পীরকপনো খঙদবা চিঠি অমা ফংখি। চিঠিদুদা মহাক্লা পায়খৎলিবা থবক অমগীদমক নুমিৎতুগী নুমিদাংব্রাইরমদা ব্রেদর বরিদা লাকপিয়ু হায়না ইরম্মী। অসুম তৌদুনা ফারক্রেনা মাগী থৌরমদু হোংদোক হোংজিন খরা তৌখি। চিঠি অদুগী পান্দমফমদি মথংগী নুমিৎতা পাঙথোক্কদৌরিবা ক্সিমিতি রাইড অদু ফারক্রেবু উহন্নীংদবদগীনি। অদুগা ক্সিমিতি রাইড পাঙথোক্কদৌরি হায়বদুদি খঙহল্লমদে।

ক্সিমিতি রাইড হায়বা অসি ফনাগুম্বা নুপা নৎত্রগা নুপী অমবু নোক্লবগী অমসুং করেম্নবগী মওংদা চখবা খোঙগোয়নবা শোভাযাত্রা মখল অমনি। মমাঙঙৈদদি সহর

অমসুং লবায় থবায় কয়াদা চংনবী অমা ওইনা কেস্টরব্রিডজ অমসুং মফম অতে খরদা তৌনরম্মী। কনাগুম্বী নুপী অমনা মাগী মপুরোইবা অদুদা থাজনিঙাই ওইদ্রবা নৎত্রগা মপুরোইবা অমনা মাগী লোয়নবীদা থীনা তৌবিরবা নৎত্রগা থাজনীংঙাই ওইদ্রবদি হায়রিবা শোভাযাত্রা অসি হেক হেক পাঙথোকই। করেম্নগদৌরিবা নুপা নৎত্রগা নুপী অদুগী মূর্তি ওইনা শারগা ময়াম্না পুদুনা চৎলি। অসুম তৌদুনা মরী লৈনবা নুপা নৎত্রগা নুপী অদু য়াম্না থীনা ইকাইবা পীদুনা সমাজদা খোঙ্গোয়নৈ। লুসেটানা হেনচার্ডতা পীরকপা নুংশি চিঠি কয়ামরুম জোম্বা জোপ্পা পারুবা মতমদা প্রজা মীয়ামদা ফাগী তৌদুনা কুম্মৈ তাহনগে হায়না মমান্নবা কয়াগা ঙাওনখি। মিক্সন লেগুদা লৈবা মী খূদিংমক মাঙন-তাক্ল বা তৌবা পাম্বা মীতা ঙাক্তা ওইরম্মী। মখোয়না শোভাযাত্রা চৎতুনা লুসেটাবু মমাঙঙৈগী শাজৎ অদুদা নুংঙাইতবা উৎনীংলম্মী। অদুগা ফারফ্রেবুদি নুংশিবা মরম্না ইকাইবা পীনীংদদুনা সহর অদুদগী কৌথোক্তুনা অতোম্না মফমদা থানীংলম্মী। মরম অদুদগী মঙোশ দা চিঠি পীদুনা ব্রেদর বরিদা থৈদোক্লবা হোৎনখিবনি, অদুগা থৈদোকপসু ঙমখি। ফ্মিমিতি রাইডকী থৌরাং লোইরে। লুসেটা মতোমতা মাগী দ্রোইং রুমদা লৈরম্মী। অয়ূক পূং৮ লোম তাবদা শোভাযাত্রা অদু চখবা হৌরকলে। লোলা অমগী মথক্তা নুপা অমগী মূর্তিগা নুপী অমগী মূর্তিগা নঙ্গল নঙ্গল ওনশিন্নদুনা থমখি। নুপা অদুগী মূর্তি অদুনা হেনচার্ডকী মওং তাকপা ওইনা শংবান্নবা কোট অমা লিংশীনবী অদুগা নুপী অদুগী মূর্তি অদুনা লুসেটাগী শক্তম মান্নবা চান্নবা ফি শেৎচিনবী । মূর্তিশিং অদু পুদুনা লাকপদা লৈরক কোনশাং পূম্বা মীনা পূমনিন নিনখী। নক্লবা কা অমদগী ইলিজবেথনা শোভাযাত্রা অদু উখি। মদুবু উরুবদগী মানা লুসেটাগী কা তম্না চঙসিনখিদুনা মাবু ইকাইবা পীরিবা অদুদগী ঙাকথোক্লবা ওইনা থোঙ লোনশিনগে হায়না থৌরাং তৌখি। লাইবক থীবদি লুসেটাদো হান্ননা থোঙনাওগী মপাদা লৈরম্লে। মা মশামক হকথেংননা মমিৎতা অশেং অশেংনা শোভাযাত্রা অদু উখি। নোক্লবা অমসুং ইকাইবা পীনবা পাঙথোক্লিবা শোভাযাত্রানি খল্লুবদা ইকাইবনা খম থেংলে। জ্ঞান তাদনা লৈমাইথক্তা হাইথদুনা ব্রাস্থখরে। মতম অদুদা মহাক মশা ব্রাই শংদ্রবী, কুম থা শুরক্লবীনি। মরম অসিদগী মাগী ফীবম য়াম্না ফৎখিদ্রে। মহাক ফরকখিনি হায়বসি কনা অমত্তনা থাজনখিদ্রে। ডাক্টর অমা খূদক্তা কৌখি। মাগী ফীবম য়াম্না লুরে হায়বদগী কাস্টরব্রিডজ থাদোক্তুনা ব্রেদর বরিদা চৎখিবা ফারফ্রেবু কৌহনখি।

## ৪০

**লুসেটাগী** মরাইবক ডাক্তরনা হায়বা খুদিংমক হেনচার্ডসু তাখি। অদুগা ফারফ্রেনা ঝেদর বরিদা চংখি হায়বসিসু মহাক তাখি। পাউ পীনিংদুনা মহাক্না ফারফ্রেবু লম্বীদা ঙাইখি। ফারফ্রেদি মেলষ্টোক লোমদা অমুক চংকদবা লৈরি। অদুনা যুম য়ৌরকপদা পুং ২ রোম চঙগদৌরি। মাগী নুপীগী ফীবম ফংত্রে, খুদক্তা যুমলোমদা লাক্লবা হেনচার্ডনা পাউ পীরবা অদু, ফারফ্রেনা থাজবা ঙমখিদে। অদুনা মেলষ্টোকলোমদা অদুম চংথ্রে। হেনচার্ডতি ফারফ্রেগী যুমলোমদা হল্লক্তুনা লুসেটাগী ফীবম খঙনবা হোৎনখি। লুসেটাগী মপুক্সি খুদোংথীরে হায়বদু ইলিজবেথতগী খঙখি। পুং অনীরোমগী মতুংদা ফারফ্রেসু ময়ুমদা থুংলখি। মপুরোইবগী শকফম উজবা ফংবদা লুসেটাগী ফীবম খরা ফগৎখি। খুদক্তা অতোপ্পা ডাক্তর অমসু কৌখি। অদুবু লাইবক থীবদগী মথংগী অয়ুক পুং ৮ রোম তাবদা লুসেটা তাইবঙপান থাদোক্তুনা লাইরমলেন্দা তিনখি।

## ৪১

**হেনচার্ড** ময়ুমদা হনখ্রে। অয়ুক্তা ইলিজবেথনা লুসেটা লৈখিদবগী পাউদু হেনচর্ডতা তমলম্মী। হেনচার্ডনা মচানুপীবু মাগীদা অমুক লৈরসি হায়না তকনখি। লম্বী চংপদা চোকথরবী মচানুপীগীদমক কা অমা পীদুনা পোখাহল্লম্মী। পোক্তবী মচানুপী অদুবু হৌজিক্তী মানা য়াম্না নুংশিজরম্মী। অসুম্না মচানুপীনা অতোপ্পা কা অমদা পোখারিঙৈদা থোঙদা কনাগুম্বা অমনা কোক কোক থীল্লকপগী মখোল তারম্মী। থোঙজাও হাংদোক্তুনা য়েংবদা ঝাং-চাউরবা নুপা অমা মপান্দা লেপতুনা লৈরমলে। শকখঙদবা নুপাদুনা হায়রকই ঃ

- খুরুমজরি, খুরুমজরি ঐগা ঙাঙজরিবা অসিবু মিঃ হেনচার্ড নত্তবরা?
- ঐগী মিং হেনচার্ড কৌই।
- ...নঙোন্দা বা খরা হায়জবা য়াবিগদ্রা?

- হায়নীংবা হায়বা য়ানি।
- নহাক্না ঐবু নীংশিংলম্বা য়াই।
হেনচার্ডনা নীংশিংদবগী মওংদা মঙক হাইখি।
- ফরে-নহাক্না নীংশিংলমদবা য়াই, ঐ ন্যূসন্নি।

হেনর্চাডকী মমায় অমসুং মমিৎ অশিবগা পাংখক ওইখি। অতোপ্পা অদুনদি মদু খঙখিদে। হেনচার্ডনা মমৈথংদা লৈমায়দা য়েংথদুনা হায়রকই:
- ঐনা মিং অদু নিংথীনা খঙই।

শিথ্রে হায়না খন্নরম্বা মীশক অমনা অসুম্না লাকপা হায়বসি মঙগুম্বা য়ানি, কনানসু থাজনরদ্রবনি। চহী ২০গী মমাঙদা মহাক্না বৈদোন প্রাইয়জগী মেলদা সূজন মমা মচাবু লয়খিবা অদুগী মতুং তাবদা থোকখিবা থৌদোকশিং, মাগী মপুন্সিদা থেংনখিবা থৌদোকশিং, কাস্টরব্রিডজদা লাকপগী মরম পূম্না ন্যূসন্না হেনচার্ডতা নীরম্মী। মসিদসু নত্তনা নিউফাউনলেণ্ডদা চৎপদা ঈরাক্রদুনা ন্যূসন শিথ্রে হায়দুনা পাউ শন্দোকখিবা অদু মরাইবক থীরবী সূজন্না মাগী হান্নগী মপুরোইবগী নাক্তা চৎচবা য়ানবা শিনবনি হায়না ন্যূসন্না হায়খি। সূজন শিরে হায়বা পাউসু ফালমাউথতগী তারকলে। হৌজিক লাকলিবা অসিনা ইলিজবেথ জৈনবু লৌবা লাকপনি হায়নসু হায়রকখি, অদুগা হংখি:
- মাদি কদায়দা লৈ?
- মাসু লৈখিদ্রে, অশেংনমক নহাক্না মসিবু খঙলমগনি।
- শিথ্রবা! ঐঙোন্দা লৈরিবা শেলসিগী করি কান্নরিবা?
হেনচার্ড খুমদনা তুমিন্না লৈ ন্যূসন্না অমুকসু হংই:
- কদায়দা মহাক ফুমখি?
- মমাগী মোংফম নাকন্দা।
- করম্বা মতমদা শিখি?
- চহী অমগী মমাঙ খরা হেনলপ্লা।

হেনচার্ড লৈমায়দা নোম্বুখিবা অদুদগী মমায় হঙ্গৎত্রি। ন্যূসন্না মমৈথংদা হায়রকই:
'মফমসিদা ঐনা লাক্লিবসি করিসু কান্নদ্রে। ...ঐনা নহাকপু অমুক ওৎলরোই।' অসি হায়রমলগা নীংবা কায়রবা ন্যূসন মথবায় শোক্না মপাল থোকখি।

মীনম্বা ঙাঙদুনা ন্যূসনবু চৎহনখিবা অদু থুনা খঙনরকনি হায়বা অসি হেনচার্ড মশানা খঙখি। মসিবু খঙনরকলবদি ইলিজবেথনসু ন্যূসন্নসু মাবু য়েংথিরক্কনি হায়বা অসিসু খঙখি। তৌফম খঙদ্রদুনা আত্মাঘাত তৌদুনা শিরগে ফাওবা হোৎনখি। অদুবু

থোক্লরবা হায়বা অদুনি খল্লুবদা শিবগী ব্রাখল থাদোকখি। নোংমা নৎত্রগা নোংমদি মীনম্বা অসি খঙনরক্কনি খল্লুবদা নীংবা কায়দুনা তৌফম খঙদনা লৈহৌই।

## ৪২

**লুসেটা** লৈরোন চনখ্রে। মতম্না অসুম অসুম হৌখিবগা লোয়ননা মাবু অসুম অসুম কাউনরকলে। ইলিজবেথকী তুংগীদমক খল্লুবদা ফারফ্রেগী লমজিং মখাদা কাউন্সিলরশিংনা লৈবিবা দুকান অমদা কারবার তৌদুনা লৈনবা হায়বদু হেনচার্ডনা য়াখি। কারবার অদু ফগৎলকতুনা মপা মচা মতম খরা নুংঙাইনা পুন্সি লেনখি। অদুবু ন্যসন অমুক হল্লখিগনি খল্লুবদা অকিবা পোকখি। নোংমদি শোয়দনা ন্যসন লাক্কনি অদুগা ইলিজবেথপু পুখিগনি খনবদা মশাদা তপথবা লৈখিদে। মরক সিদা ফারফ্রেগা ইলিজবেথকা লৈনবা নুংশি মরী অমুক হিংলকপগী মওংদা লৈরকখি। ইলিজবেথনা মাবু নোংমা নৎত্রগা নোংমদি শোয়দনা থাদোকলমগনি খনবদা হেনচর্ডকী নুংঙাইফম শুক্রে লৈখিদে।

## ৪৩

**ফারফ্রেগা** ইলিজবেথকা লৈনবা মরীগী ব্রারীসি কাস্টরব্রিডজ সহরদা মীয়ামগী ঙাঙনফমদা ওইরকলে। অদুবু মখোয়না মখোয়গী মরীসিদা অপনবা পীরক্কদ্রা খনবদগী হেনচার্ডপুদি খঙহন্দনবা য়াম্না কন্না হোৎনখি। মখোয়না হোৎনজবতনি হেনচার্ডনদি হান্নানা খঙপ্রবনি। হেনচার্ডনা মখোয় অনী বদমাউথতা উনবা অদু টেলেস্কোপকী মতেঙনা য়েংখি। অসুম তৌরিঙৈদা নোংমা ইখঙ খঙহৌদনা ন্যসন্না লম্বী লমজাওদা লাকপদু হেনচার্ডনা উখি। ময়ুম য়ৌরকপদা ইলিজবেথনা লৌথুপ লৌকোয় লৈতনাঃ '(ও) পাবুং! মমিং থরকক্তবা- শকখঙদবা কনাগুম্বা অমনা মাবু ঙসি নুমীৎয়ুংবা মতমদা বদমাউথ রোডতা নৎত্রগা নুমিদাংবাইরম মি: ফারফ্রেগীদা উনসি হায়না ইরকপা চিঠি অমা ফংই' হায়রকই। 'নুমিৎ খরনীগী মমাঙদা মহাক ঐবু উনবা লাক্লম্মী হায়। অদুবু মঙোন্দা লৌনম অমা তৌবিবদগী মহাক্না ঐবু উনবা ঙমখিদে। ঐ মসি করিনো খঙদে"... "নহাক উনত্রিবা ফাওবদি ঐ চৎপা পামখিদে। ঐ চৎলুরা", হংবদা "হোয়; চৎলু"। হায়না হেনচার্ডনা লুমতক্লা হায়খি।

চিঠি পীরকলিবা মীদু ন্যূসন শোয়দনা ওইরমগনি খল্লুবদা হেনচার্ড তৌফম খঙখিদ্রে, কাস্টরব্রিডজদা মাগী মফম লৈত্রে। নুমিৎ অদুমক্তদা সহর অদু থাদোক্লুনা চৎলগে হায়না চপ য়ুংনা লেপ্লে। অদুগা ইলিজবেথতা হায়রকই:

- ইলিজবেথ জৈন, ঐ 'কাস্টরব্রিডজ থাদোক্লগনি।

"কাস্টরব্রিডজ থাদোকপা!" ইলিজবেথনা লাউরকই" "ঐবু থাদোকপা"? অসুম্না ঋা খরা ঙাওনরবা মতুংদা নুমিৎ অদুগী নুমিদাংবাইরমদা শজিক ফানবগী ফিজেৎ শেংলদুনা খুৎশু-খূলায় য়াওবা থুমোক অমা পুরদুনা মপাল থোরকলে। ইলিজবেথনা ফনা খামজবদসু য়াবা কৌবা মরৈখিদ্রে। অসুম তৌনা হেনচার্ড কাস্টরব্রিডজ থাদোকখি। মমিৎতগী পীরাং চদুম চদুম শিন্দুনা ইলিজবেথ জৈন্না অনীশুবা থোং ফাওবা থিন্দোক্লগা কপ্পুনা লৈহৌই। ইলিজবেথনা হেনচার্ডতগী বিদায় লৌরগা হল্লকপদা মাগা নুংশিনজবা ফারফ্রেগা লম্বীদা উনখি। মখোয় অনী ফারফ্রেগী য়ুমদা থুংঙবা মতুং ঙাইহাক লৈরগা মফম অদুদা মহাক্কী অশেংবা অপোকপা রিচার্ড ন্যূসন উনখি। অপোকপা মপাগা উনবা অদুদা থোকখিবা থৌদোক কয়াগী ঋারী শানখি। ইলিজবেথপু উনসি হায়দুনা চিঠি ইরকপদুসু অতৈ কনা ওইরমদ্রে, মাবু পোকপা মপাবুং ন্যূসন ওইরমলে। ন্যূসনদগী অকুপ্পা পাউ কয়া তাবদা মপানি খঞ্জরুবা হেনচার্ডপু অমুক ইলিজবেথনা ঋারৌখি। মহাক্কী অপোকপা মপাদা হেনচার্ডনা মহাক শিরে হায়জীনবা অদুদা চুম্না ঋারৌবতা নত্তনা শাউনীংবা অমসু মশাদা ফাওখি। ঋারী শাবা লোইশিল্লকপদা য়াম্না ফজবা মওঙদা ন্যূসন্না হায়রকই- 'ফরে, ফরে- খল্লুরগনু-পুম্নমক লোইরে, হৌদ্রে, হৌজিক্তি অমুক লুহোংবসিগী ঋা খন্নগদবতা মঙাইরে' । অসুম্না ইলিজবেথনা হেনচার্ডপু শাউবগা লোয়ননা ঋারৌরকপদা কেপ্টেন ন্যূসন্না হেনচার্ডকী থবক্তু ইয়াং য়াংনা লৌদুনা ইলিজবেথকী থম্মোয় ফাথখি।

## ৪৪

নুমিৎ মঙানি হেনচার্ড খোঙনা চৎলম্মী, তরক্কনিশুবা নুমিৎকী নুমিৎয়ুংবা মতুংদা ৱৈডন প্রাইয়জতা থুংখি। চহী ২৫ রোমগী মমাঙদা মাগী নুপী সুজনগা মচানুপীগা য়োনথোকখিবা মফম অদুদা নুংঙাইতবা ফোংদোকপা ওইনা মফমদু য়েংখি। অদুবু মহাক মফম অদুদদি লৈখিদে। করিগুম্বা মতমদা লম্বীগী নাকন্দা পোখাই, করিগুম্বা মতমদা চরু ইকুদা তুম্মী। অমুক হন্না চরু ককপা শজিক ফানবগী থবক তৌদুনা পুন্সি লেনখি।

অতোপ্পা লৈবাক্কী মফম অমদা চৎনীংলবনি অদুবু মানা লৈরম্বা কাস্টরব্রিডজ অমসুং ইলিজবেথকী মরমদা খঙ্ছরুবদা পাক হেক থবক্তু পাওথোকপা ওমখিদে। মরক মরক্তা ফারফ্রে অমসুং রিচর্ড ন্যুসনগী ব্রাখল খল্লুবদা মহাক মশানা মশাবু মচা নত্তবদা মচাগীদমক য়াম্না হেঞ্জিন্না খল্লুবা অদুগীদমক অপওবা অমনি হায়জখি। অদুবু ইলিজবেথকী পাউ মরক মরক্তা তাবা য়ানবা মাইল ৫০ রোম লাপ্পা মফম অমদা লৈখি। নোংমা শগোলগাড়ী থৌবা নুপা অমগী নুপীনা *সেন্ট মার্টিন ডে* থোকপা নুম্মিৎ অদুদা ইলিজবেথকা ফারফ্রেগা কাস্টরব্রিডজদা লুহোংগদৌরি হায়না ইলিজবেথকী পাউ তমখি। পাউ অদু তাবদা হেনচার্ডনা ইলিজবেথকী মনাক্তা চৎতুনা মাবু ওাকপিয়ু হায়জনীংখি। লুহোংবগী পোৎপাং লৈজদবনা *গোল্ড ফিনচ* হায়বা উচেক মচা অমা পোল অমগী মনূংদা হাপতুনা পুরকলগা কেস্টরব্রিডজ তম্না খোঙনা লাকখি। ন্যুসন্দা মচানুপী শিরে হায়না ওাওখিবগীদমক মাবু হৌজিকসু তুক্কচরমখিগদ্রা হায়বদুদি খওখিদে। মহাক্না কাস্টরব্রিডজ য়ৌরকপদদি লুহোংবদু হান্নরা লোইশিল্লমলে। ফারফ্রেগী ইমুং অদু হরাও তয়ামগী কুম্মৈনা পূমনিন নিল্লম্মী। লায়রবগী ফিজেৎ শেৎলবা, চৎপদা চোকথরবা হেনচার্ড মফমদুদা চওনীংলবসু চওবগী থৌনা লৈখিদে। অদুনা চাখুম্লোমদা চওদুনা হনুবী অমদা ইলিজবেথ জৈন অমসুং ফারফ্রেবু অহল অমনা উননীংই হায়বিয়ু হায়না পাউ পীহল্লম্মী। মতম অদুদদি হরাও অম্না জগোয় শাবা, জগোয়দুদা ইলিজবেথ অমসুং ফারফ্রে মখোয় মশামকসু য়াওবা অদু লোইশিল্লবা মতাওনি। পাউ হেক ফংবগা ইলিজবেথ জৈননা চাখুমলোমগী কাদা চওলম্মী। মহাক্না হেনচার্ডপু হেক উবদা হায়রকই:

- ও!- মসি- মিঃ হেনচার্ডনি।

"করি! ইলিজবেথ"? হেনচার্ডনা ইলিজবেথকী মখূৎ পায়রগা লাউনা হায়খি। "নওনা হায়রিবদু করিনো"? মিঃ হেনচার্ড হায়ব্রা? ঐঙোন্দা অদুম্না ঝারক্লগনু,। ঐবু কাম্নদ্রবা হনুবা হেনচার্ড হায়না কৌ।... ও ইবেম্মা নওগী অতোপ্পা অপোকপা অমা লৈরে -ঐ নত্তবা অশেংবা অপোকপা ..."। ইলিজবেথনা মখূৎ শৎতোক্লগা হায়রকই :- "ঐনা নওবু মতম চুপ্নদা নুংশিরমগদবনি"- ঐহাক হরাওরমগদবনি অদুবু নহাক্না খওলিবদুনি নহাক্না ঐবু অসুক্কী মতীক নমথাক তৌরবনিনা ঐনা করম্না-অসুক্কী মতীক তমথীনা ঐবু লৌনশ্বীরবনিনা নহাক্না ঐঙোন্দা ঐগী পাবুংবু পাবুং নত্তে হায়না নমদুনা য়াহনখি। চহী কয়ামরুম অচুম্বদু খওহন্দনা লৈহল্লকখি; অদুগা ঐগী অশেংবা থম্মোয় শেংলবা পাবুং মহাক অদুনা ঐবু থিবা লাকপদা ঐ শিরে হায়বা তমথীরবা পোৎশকসি পুথোক্তুনা মাবু থীনা থাদোকখি। ও! ঐখোয়বু অসুম্না মতম অমদা ওৎপিরম্নবা মী অমবু ঐনা করম্না নুংশিগদৌরিবা।

মীওইবগী খাওবা ওম্বা শক্তিগী ব্রাংমদা হেনচার্ড থম্মোয় শোক্লা নীংবা 'কায়রে। ওাকপীনবা অমুক্তংদি হায়জনীংবনি। অদুবু অমুক হম্না ইলিজবেথপু ব্রাহল্লরোই হায়রম্লগা মফম অদুদগী মপান থোকস্রে।

# ৪৫

**ইলিজবেথকী** লুহোংবা লোইখ্রে। লুহোংবা মতুং থা অমরোম ফাজিল্লক্লে। নোংমা ইলিজবেথনা মহাক্কী অনৌবা য়ুমদুগী য়ুখল (ফীজং) গী চুথেক্তা গোল্ড ফিনচ হায়বা উচেক্কী অশিবা মশা য়াওবা পোল (শারং) অমা থেংনরম্মী। কনা অমত্তনা পোল অদু মফম অদুদা করম্না লৈরম্লিবনো হায়বা খঙমলমদে। অদুবু মরায়বক থীরবা উচেক অদুদি চারাম্মদুনা শিবনি হায়বসিদি শোয়দ্রে হায়বদু খঙনখি। অশিবা উচেক অদু উবদা মঙোন্দা য়াম্না পুক্নীং লাংতক্লহনখি। নুমিৎ খরা লৈরগা চাখুমগী পাম্নবী হনুবী অদুনা ইলিজবেথকী লুহোংবগী অহীংদা শকখঙদবা নুপা অদুনা মাবু উনবা লাকপদা পুরকপনি হায়না পাউদমখি। ইলিজবেথনা খুদক্তা উচেক মচা অদু হেনচার্ডনা লুহোংবগী খুদোন ওইনা পুরকপনি হায়বা খঙখি। নুমিৎ অদুদগী মানা অমুক য়ুম থাদোক্লুনা চৎখ্রবা হেনচার্ডকীদমক থম্মোয় শোক্লা বাখি। মহাক্লা মপুরোয়বা ফারফ্রেদা হেনচার্ড কদায়দা লৈখ্রবগে হায়বদু খঙনবা থিবীনবা হায়জখি। অদুবু লাইবক থীবদি, মানা হায়জবা অদু ফারফ্রেনা য়াবিরদুনা ফনা কন্না থিরবফাওবদা, কদায়দা লৈখ্রবগে হায়বা করি অমত্তা খঙখিদ্রে। ঈশিংদা চোংথদুনা আত্মঘাত তৌদুনা শিরম্লগদ্রা ফাওবা থন্নখি। মমৈথঙদা থিবগী থবক থাদোক্লগা পাউ তানবা হোৎনখি। নুমিৎ খরা লৈরগা মানচেস্টরগী লম্বীদা নোংপোক পাংনা হেনচার্ড চৎপা থেংনরম্মী হায়বা পাউ তাবদগী ইলিজবেথ অমসুং ফারফ্রেনা মখোয়গী গাড়ীদা তোংদুনা মথঙগী অয়ুকতা অহল অদুবু থিবা চৎলম্মী। মফম কয়ামরুম চৎতুনা থিবা য়াবা থিরবদা মফংলক্লুবা অদুদদি ফারফ্রেনা মাগী নুপীদা মখোয় মশানা থিবসি তোক্লসি অদুগা পাউ ওইনা লৌনবা হোৎনসি হায়খি। মখোয়না ময়ুমদা হম্নবা থৌরাং তৌরিঙৈদা ইথা থাজদনা *আবেল বিটল* থুংলরে। মহাক্লা মখোয়দা হেনচার্ডতি পুংখায়মুক্কী মমাঙদা শিখিবতা মঙায়রী হায়না পাউ তম্লরে। খোঙনা শাংনা চৎপদা চোকথরবা হেনচার্ড লম্বীগী নাকন্দা বাম্মদুনা তাবা, অনকপা খাঙপোকশঙ অমদা মাবু পুশিন্দুনা থম্বা অসিনচিংবা বারীসু আবেলনা তমখি। নোংমা নোংমগী ফীবম ফৎচিল্লক্কবদগী মমৈথংদা লায়কম্নবা ঙমদনা শিখিবনি হায়বদুসু মরীক চুম্না তমখি। ইলিজবেথ অমসুং ফারফ্রেনা হেনচার্ডকী থবায় য়াওদ্রবা হকচাংনা তাদুনা লৈবা ফমুং অদু তাম্না চঙশিল্লম্মী। ফমুংদুদা তাদুনা লৈরম্বা চে অমা আবেলনা পুথোরক্লুনা ফারফ্রে অমসুং ইলিজবেথতা পীরম্মী। চে অদু পেন্সিলনা ইবা হেনচার্ডকী অরোইবা উইল ওইরম্মী। চে অদুদা অবাবা অমসুং থম্মোয় শোকপা বাহৈ কয়ামরুম মথাগী অসুম্না ইরম্মীঃ

- ইলিজবেথ-জৈন ফারফ্রেদা ঐ শিরে হায়রোইদবনি নংত্রগা ঐগীদমক য়ারোইদবনি।
- অদুগা ঐ শেংলবা লৈমায়দা লৈরোন চম্লোইদবনি।
- অদুগা চর্চ শঙবা মীদা শরীক থীংজু হায়রোইদবনি।
- অদুগা কনাগুম্বা অমত্তনা ঐগী অশিবা হকচাং য়েংগে নীংলোইদবনি।
- অদুগা ঐগী কূগী তুংদা তেথা-নাওইবীশিংনা চংলোইদবনি।
- অদুগা ঐগী   মোংফমদা লৈশুনচিংবা থারোইদবনি।
- অদুগা কনা অমত্তনা ঐবু নীংশিংলোইদবনি ।

*মসিদা ঐনা ঐগী মীং ইরি।*

*"মাইকল হেনচার্ড"*

ডোনল্ড ফারফ্রেনা চে অদু পাবা লোইরগা ইলিজবেথতা শিননবা মতমদা "ঐখোয়না তৌগদৌরিবসি করিনো"? হংলকপদা ইলিজবেথ-জৈন্না খুদক্তা পাউখুম নিংথীবা পীবা ঙমখিদে। মমৈথংদা পিরাং চদূম চদূম শীম্বগা লোয়ননা হীক্লা হীক্লা কপ্লদুনা হায়রকই:- ও! ডোনল্ড ! মসিনা থম্মোয়সি কয়াদা শোকহল্লবা! অরোইবা কায়নরমদাইগী মতমদুদা ঐগী থৌজাল য়াওখিদ্রবা ৱাঙাঙশিংদু ঙাঙলমদ্রবদি ঐ অসুক য়াম্না ৱারমলোইদবনি... অদুবু করিদি তৌনীংঙাই লৈরি ... মসি মঙায়রে"।

তাইবঙ মীরমলেন থাদোকলমদাইদা হেনচার্ডনা থম্মোয়গী মৈচাক ফোঙদোক্নুনা ইরম্বশিং অদু ইলিজবেতনা ইকায় খুম্নজখি। অরোইবা মাবু উনবা লাকপদা ভাব তাহৌদবদগী শেরাম্নবা ৱাখল্দা ৱারৌখিবা অদুগীদমক নুংঙাইখিদবা, মাবু তানম্থোকখ্রবা মতুংদা থুনা মাগী খোজুল লীখিদবা কয়াগী অৱাবা ৱাখলগা লোয়ননা নীংঙমদবা কয়া থম্মোয়দা ফাওরকখি। হৌজিক্তি পূম্নমক লোইরে। হৌখিবা চহী কয়াদা লেনখিবা পুন্সি মরেন কয়া লোইরবদা, মতম অসিদগী হৌনা ইলিজবেথ জৈন্না নোংলৈ নুংশিং য়াওদ্রবা ঈংলবা ঈশিং নুংশিংকী তাইবঙ পুন্সিদা মাগী পুন্সি লেনখি।

# লোইরবা



## লমজিং পব্লিকেসনস না পুথোকখ্রবশিং

- ➡ প্রকৃতিনা তেংথাবা (শৈবেং)ঃ ডা মোইবাংথেম নবা সিংহ
- ➡ পুন্সিনা পুন্সিগীদমক (বেডিও ড্রমা )ঃ ডা এম, প্রিয়োবর্ত্ত সিংহ
- ➡ ওঝা হেডমাষ্টব (বেডিও ড্রমা সেবিএল)ঃ নোংযাই তখেল্লম্বা
- ➡ মপোক অসিমা ফংজবগীদমক (শৈবেং)ঃ নহাকপম বিবেন সংহ
- ➡ হে থম্মোই (বেডিও ড্রমা সেবিএল)ঃ ডা এম প্রিয়োবর্ত্ত সিংহ
- ➡ কাষ্টররব্রিডজগী মেযব (নেভেল)ঃ এম বাজেন্দ্র সিংহ